[illegible]

# এন্তোন চেখোভকী

## ৱারীমচা খরা



হন্দোকচবা:

ভবেন্দ্র লোংজাম্বা

ꯑꯦꯟꯇꯣꯟ ꯆꯦꯈꯣꯚꯀꯤ ꯋꯥꯔꯤꯃꯆꯥ ꯈꯔꯥ

এন্তোন চেখোভকী ৱারীমচা খরা

[illegible]

# এন্তোন চেখোভকী ৱারীমচা খরা

ভবেন্দ্র লোংজাম্বা



সীৱেবস মণিপুর

**Anton Chekhov**

*(A collection of forteen short stories)*

*Translated by:* **Bhabendra Longjamba.**

Kongba Keithel, Imphal, Manipur-795001




ঐহানবা থোকপা : ২০০৯

কোপী মশীং : ১০০০ (লীশীং অমা)

ফোংজবা : ডাঃ ওক্রম নোবো সিংহ,
কোংবা নোংথোম্বম লৈকাইনা
সারেবস মণিপুরগীদমক ফোংজবা।

ফংফম থোকপা : হন্দোকচনা মশা

মমল : ৯৮/- (মণিপুর ওবার্নিপান)

লাইবিক ফংফম : মণিপুরগী মকওইবা লাইবক যোনফমশীং।

নমফম : চেংলৈ প্রিন্টর্স, য়াইবিপোক খোইবোম অতাউবুং কৈথেল,
য়াইবিপোক মণিপুর- ৭৯৫১৪৯।

# ৱা অম-অনীদং

অতোপ্প জাতি অমগী সাহিত্যবু অতোপ্প জাতি অমনা খঙনীংই, খঙদবসু যাদর্বানি। অদুনা লোল অমগী সাহিত্যগী লাইরিক অতোপ্প লোল অমদা অনুবাদ থবাগ য়াওনা তৌনবি অমসুং মদুবু মী কয়ানা পাম্না পানবি।

মণিপুরদসু মসাগী লৈজরিবা সাহিত্যগী মথক্তা অতোপ্প লোলগী সাহিত্য মকুওইনা বাঙ্গালীগী লাইরিকসিংবু মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌদুনা মীয়ামদা পাবা ফংহনবগী থবক কুইরবগী মমাঙদগী তৌবক্লি। অদুগী মথংদা সংস্কৃত, অংগ্রেজী, হিন্দীনচিংবনা লাইরিক কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা পাপাব কয়াব নুপ্তাইবা লীনি, অমসুং অতোপ্প জাতিগী সাহিত্যগা সকখঙ মাযখঙনহল্লি। মতাংসিদা, লাইরিক হৈবা মী খরখক নত্তনা কনাকী সান্তিগ্রাসি মীচম অযাম্বনা মসক মহা ও কয়া পাক সন্না খঙনদ্রি। লাইরিক পানিংবা মণিপুরগী অচম্বা মী ওইরিসিংদা মসিসু খঙহনফম ফংহনফম থোকপ্রা খন্দুনা এক্সেপ্ত্রান চেখোভকী রাবী মচ হবা মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌজক্কবনি চেখোভ অমুক 'নীনা সক্রাক্লবগী মথৌ তাদ্রবনি। কনাদী সান্ত্রগী মমীং চৎপা অইবা অমা ওইরবত্রা নত্তনা মালেমগী অফাওবা রাবীমচা ইরবসিংগী মনুংদা চন্দুনা মাবু সকখঙনারবনি অমসুং মাগী রাবীসিংবু মালেমগী মীয়াম্না পাম্না পানরিবনি মতাংসিদা পনগৌনিংবনা, মাগী রাবীমচা 'দ বেৎ' হায়বসি ঐখোয়না আই এ ক্লাস তম্লদা (১৯৫৩ ৫৮) ঐখোয়গী অংগ্রেজী সাহিত্যগী পাঠ্য ওইনা তম্লকখি। মতেমদুদা পাবক্কানি ওইনতনক খনখিন্না মদুগী ফজবদু থেইনা খঙখিদে, খল্লুদে। লাইরিক তম্বা তোঞ্জগা কাইনথংদা ফজবকই। কুইদ্রবগী মমাঙদা চেখোভকী রাবীমচাগী লাইরিক অমা পাকবদগী, মদুদগী পঙ্গসাং সাংদবা তবামবি খক্তং খনগৎলগা অনুবাদ তৌখিবনি।

ঐদি লাইরিকসি ফোঙবা ঙম্নবগী পাঙ্গল ইলৈমক লৈজদে। লাইনা থৌজানবদুনা নোংমা তাঞ্জা অমদা ইনাও ইবুঙো দাঃ ওক্রম নোবো সিংহগা, কোংবা নোংথোম্বম লৈকাই, উন্নবদা ঐনা নঙোন্দ রাফমদু হৌদোক্লবদা মানা ফোঙবিগে হায়না হবাও হবাও যাবিবকাখি। অদুগী মতুংদা অমুক ইনাও ইবুংঙো

সাঞ্জৌ চেংশৈ লাকপদা ব্রবীদু মঙোন্দ তৌকবদা লাইবিক নম্বগী থৌদাং মানা তৌবিবগে হায়দুনা ঐগী খুৎই লাইবিক্তু মানা পুবিখিদুনা থবক পাওথোগপিবকখি। ঐনা মখোযবু থাগৎলি হায়বখক্তংনদি মখোযনা তৌবাখবা অদুগা মতীক-মপা চান্নবা ওইদে। মখোযনা ঐবু মযাম্ব ওইনা নুংসিবী হায়বসিমদি তসেংলে, অদুনা মখোয়গী তেবাংদা ঐগী নুঙাইবগী পন্দোন লোম্লে হায়বসিনা মখোযনা হেন্ন নুঙাইবিগনি খল্লি।

লাইবকসি পাত্তংক্লনা ঐনা "স" খত্তংমক সীজিন্নাব। অসেংবা মৈতৈলোনগী ব্রাহৈ নত্তবসিং ইবকপদি মখোয মসাগী লৈজবা বানান অদু কাযদনা সীজিন্নবগী ছ,শ,ষ নচিংবা মযেক অসি অদুম থাম্ম, হৃদম ওইনা শান্তি, ছাত্র, বর্ষা অসীনচিংবা। মখোযগী ব্রাহৈ সীজিন্নবদা বানান লাল্লুবদি তৌতেদবা থবাক্লি। অর্থ ফৈবেংননা চৎখি। মৈতৈ মচা অনম্বগী লৈযেংদগী (খোঙ্গেক্লা মতাংদা য়াম্না খঙ হৈবা মী খবখক নতুনা) ছ,শ,ষ গী খোম্লোক হায়বা ওন্নদে। অদুগা অমবোমদনা মযেক অমনা সক্রাক্লবা খোঙ্গোক্ল ব্রাহৈদু হায়বদা চপচানা থোকহনগদবনি। অদুনা মযাং মচাসিংনা ঙাঙবদাদি মদুগী খেন্নবা খোঙ্গেকসিংদু সীজিন্নদুনা ঙাঙই। মৈতৈ মচানা মতম পুম্বদ সীজিন্নবিবদি 'স' হক্তংনি। ছ,শ,ষ ইবম্বা ব্রাহৈ পুন্নমক পাবদাদি "স" গী খোঙ্গেক্তা হ বক্তান মযাংলোল ওইববা ফাউবদা। অদুনা মৈতৈমচাগী লৈতানগী ব্রফম পুক্লাংদা চিংসিল্লগা ঐনা 'স' হায়বা মযেক অসিখক্তং সীজিন্নজবনি।

অনবাদক

## য়াওফম ঃ



---

# সেন থানবী (চানবী)ঃ (দ বেৎ)

নাকেন্থাগী অহাংনি। মাগী লাইবীক শফম কাদুগী মনুংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলদুনা অহল ওইববা বেঙ্ককী মহাজন অদুনা চহী তবামঙাগী মমাঙদা হেমন্ত থাগী নুংদাংবাইবম অমদা মাগী মযূমদা তৌখিবা পাটি অমবু নীংসিংলি। নুমাং অদুদ হৈব-সিংলবা মী কয়া তিনখি অমসুং নুঙাইবদা ব্রনী কযা সানখি। সানবিবা ব্রবীসিংদুগী মনুংদা সিবগী দাণ্ড পীবা হায়না একম অদসু যাওনমখি। মদুদ লাকখিবা অতিথিসিংদুগী মনুংদা ঈ-পাউগী থবক তৌবা মীওই (জর্নেলিষ্ট) অমসুং লাইবক লাইস হৈবব মীসক কযা য়াওনা অযাম্বা মীনা সিবগী দণ্ডি মওং অসিবু যানীংদবা ফোঙদোক্লখি। মদুগী দণ্ডি মখল অসি মতমগা চুনদ্রবা, অচুম্বা লমচৎ গ্রাথল্লোনগা তায়োন্নববা অমসুং খৃষ্টানগী লৈনাক্তুদি পক্লদবা পোংসক অমনি হায়না খন্নখি। সিবগী দণ্ডিগী মহুত্তা পুন্সিচুপ্পা ফাদোক পীবগী মওংসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা চৎহনফম থোকই হায়না মী খবনা মত পীনবকখি।

"নংখায়না হাযবিবদু ঐদি য়ানীংদে," হাযবকখি বেঙ্ক মহাজন যুম্বু অদুনা অতিথিসিংদুদা অদুগা সমথবকই, "সিবগী চৈবাক নত্তুগা পুন্সীচুপ্পা ফাদোক হাযবিবা অনীমক অমত্তসু পুন্সিদা থেংনখিদ্র, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না

ভাবনা সাজিন্দুনা য়েংবদা, সিবগী দণ্ডিসিনা পুন্সিচৃপ্পা ফাদোক তাবদগীদি হেন্না অচুম্বা লীচং অমসুং মিনুংসি খণ্ডবগী মওং লৈ। সিবগী দণ্ডিনা মীদুবু খুদক্তা থুনা হাংলে, অদুগা পুন্সীগী ফাদোক তাবদনা মীদু তপ্পা তপ্পা সিহনবনি। মীহাংপা মখল অনীদু করম্বনা মিনুংসি খণ্ডই হায়গনি? মিনিত খবগী মনুংদা হাংপদুগা নত্তুগা চহী কয়া চণ্ডনা নণ্ডগী হকচাংদগী নথম্বায়দু সুমদুনা লৌথোকপদুগা।"

অতিথিসিংদুগী মরক্তগী অমনা মোত পীবকই, "অনীমক্তু তত্ত্ববিধিগী মতুংইন্না য়েংলবদি ফত্তবা চপ মান্নে। মরমদি মখোয় অনীমক্তগী পান্দমদি মান্নে, মীগী থবায লৌথোকপনি। বাজ্য (ষ্টেত) হায়বসি ঈশ্বরদি নত্তে। মখোয়না অমুক হঞ্জিনবিগে হায়না খল্লকপা মতমদ অমুক হঞ্জিনবিবা ওমদবা পোং অদুবু মখোযনা লৌবগী অধিকার লৈত্তে।" অতিথিসিংদুগী মনুংদা উকিল নাহ অমা য়াওরম্মি, চহী কুনগা মণ্ডা তমক সুরিবা। মাগী মোত মযাম্না হংলকপদা মানা খুমখি, "সিবগী দণ্ডি অমসুং পুন্সিচৃপ্পা ফদোক পীবা হায়ব অনীমকসি তত্ত্ববিধিদা ফত্তবা চপ মান্নে , অদুবু অনীদুগী মনুংদা অমা ঐহাকপু ফংদবা য়াদে হায়ববদি ঐদি অকোনবগীদু ওইনা সোয়দনা লৌগনি। কবিগুম্ব মওং অমদা হিংদুনা লৈবনা সৃকহিং হিংদবদগী হেন্না ফৈ।"

মদুদগীদি চান্ননা হকথী থোক্লা য়েংনবা হৌরকখি। মতাংদুদি বেঙ্ক মহাজন্দ খবগা নাহা ওইবিবনে, খরগা সাওগনবনে, অপাইবা পৃক্লাংগী মচিং অমা খণ্ডহৌ হৌবক্লনা, তেবলদা খৃত্তুমনা কন্না থীল্লগা উকিল নাহাদুদা ওন্সিদুনা লাওবকখি, "মদু ওইদবা বানি! অদোম চহী মণ্ডা ফান মী কনা অমগুগা উন্নহন্দনা নথন্ত তোখাইনা বন্দি ওইনা থম্বদা (সোলিটরি কনফাইনমেন্ত) লৈবা ঙম্লোই হায়বা, লুপা মিল্লিয়ন অনী থাবেসে।"

উকিল নাহাদুনা খুম্নকই, "হায়বিরিবদুবু চান্ননমক হার্য়াববা বাফম ওইরবদি, অদোমগী পোন্থাদু ঐনা চারে, অদুবু ঐদি চহী মণ্ডাখক্তংবু লৈবিবোই, চহী তরামণ্ডাদুম লৈথোকপিগে।

"তরামণ্ডা হায়বা? য়ারেসে! তৌনরসি," হায়বকখি মহাজন্দুনা। "ময়াম পৃম্নমক তাবিযু, ঐনা লুপা মিল্লিয়ন অনী থারেসে!" "মদুদা ঐসু য়াজরে! অদোম্না মিল্লিন অনীনা অদোমগী পোন্থা ওইবিরে, অদুগা ঐনা ঐগী ঈনীংতম্ববু পোন্থা ওইদুনা থারে", খুম্নকখি উকিল নাহাদুনা।

অসুম্না, মথোং-মবম খণ্ডদবা, ব্রাখল য়াওদ্রবা সেল থানবীদু চত্থখি। লমচৎ মাণ্ডলবা, পূক্লিং তায়াং-তসোইববা, মসীং থীগুমদনা য়াম্বা সেল মিল্লিয়ন কয়া পায়ববা মহাজন্দুদি সেম্থানবী অদুদা নুঙাইজখি, পেঞ্জখি। নুংদাংগী চাক্লেন চাবা মতমদুদা মহাক্না উকিল নাহাদুদা কবেম্নদুনা হায়বকখি, "ব্রাফমসি অমুগুংগা তিন য়োথদুনা খলহৌবনা ফনিদা ইবুঙো নহাক, মতম লৈবিঙেসিদা। মিলিয়ন অনীগা হায়দুদি ঐগুোন্দদি কৈসু লৈতবা পোৎনি, অদুবু নহাক্কীদি পুক্নীগী নুঙাইববা মমল য়ামত্থবা মতমগী চহী অহুম মবীদি অবেশ্বদা মাঙগদৌবিবনি। ঐনা চহী অহুম মবী হায়াকবগী মবর্মদি নহাক মদুদগী হেক সাংথনা লৈবা ঙম্লক্লেই। নবাইবক থীববা নূপা, মসিমসু কাউগনু, মীনা নমদুনা তৌহনবদগী নসানা যাজনা লৈজাখবা বান্দ অদুনা তেন্না খাঙবদা ব্রব পোৎ ওইবক্কনি। নসানা ননীং তম্বা ফংনিংবা মীকুপ্তা নীংতম্বগী আধকব ফংবা য়াদা মীনিকো হায়বা ব্রাখল খম্বকবদা নহাক্কী বান্দ লৈবিঙগী মতম পূম্নমক্ক নাকোক মনুংদুদা হূ কামাসন্দুনা পোত্থাফম খণ্ডলোইদৌবনি। নহাক্কীদমক্তা ঐ ব্রাবী।"

অদুগা হৌজিক্কা পম্নমকসি নীংসিংলুবগা, হঙ্কৎ-হন্দা চঙনা বেঙ্কব অদুনা মতেংমতা হায়ইজে, "মদুগী সেম্থানখিব অদুনা কবি কান্নদগী তৌখিব? নূপাদগী পুক্নীগা চহী তবামঙ মাঙবদুনা কবি কান্নবগী অমসুং ঐনা লূপা মিল্লিয়ন অনী হুন্দোকপনা কবি কান্নবা? সিবগী দাগুনা পুক্সিচুম্না ফাদোক তাবদগী হেন্না ফৈ নত্তুগা ফাওে হায়বসী মসিনা প্রমাণ তৌবা ঙম্লগদ্র? নত্তে, নত্তে, লাল্লে। তৌখবাসংদু অপঙবা অমসুং অর্থ যাওদবা থবক গুক্লান। ঐগী মতাংদা হাসবগনা, মদু ফঙবা হৈনবীদা চূববা মী অমগী মাচং মসোন হায়বদুনি, অদুগা মাগী মতাংদা হায়বগনা চুম্না পৈসদ্দবু মিহৌবগী ব্রান...।

অদুগী মথংদা মহাক্না নুমীত্তুগী নুংদাংব্রাইবমদুদা মখা থোকখিবা থৌদোকসিংদু নীংসিংলকখি। মখোযনা অসুম্না লেপ্লখি, মহাজন্দুগী ইংখোলগী মনুংদা লৈবা যুম অমদা যাম্না চেকসিন্না কূপ্না যেংসন্দুনা নূপাদুনা মাগী বন্দি ওইবগী মতমদু মপুক্নী লেনগদবনি। ব্রাফমসিমসু যানবে, চহী তবামঙাদুগী মনুংদা বান্দদুনা য়ূমদুগী হোজঙদু লান্দুনা থোক্লকপা য়াদবা, কনাগুম্বা মী অমতা উনবা যাদবা, মীগী খোঞ্জেল অমতা মাগী মনাকোংদা তাহন্দবা, নত্তুগা মঙোন্দা চিঠি অমসুং পাত্ত চে অমত্রা ফংতনবা য়াদবা হাযনা। মহাক্না অপাম্বা ঈসৈগী

যম্থ অমসুং পানিংবা লাইরিক ফংহনগনি, অমসুং মহাক্না অতোপ্পদা চিঠি ইবকপা. য়ু অমসুং চুকপ থকপা য়াগনি। যানবা কানাবগী মখাদুদা মহাক্না মপানগী সংসাবগা ঈ-পাউ ফাওননবগী পাম্বেসি অগীকপা থোঙনাও মচা, মদুগীদমক্ত থৌওইনা সেম্বা, অমখক অদুদা তৌনগদবনি। মনা অপাম্বা পোৎ, খুদিংমক লাইরিক, ঈসৈ নোংমাইগী পোৎ, য়ু, অতৈ-অতৈ কয়া মহাক্না চেদা ইদুনা তাল্লক্রবদি মসীং কক্তনা ফংহনগনি, তৌবতব পোৎসিংদু থোঙনাও মচাদুদা পীসিল্লক্লনি। কুমজা ১৮৭০ গী নবেম্বরগী তাং ১৪ গী, পং ১২ তাবা মতমদগী লৈবা হৌবগা নবেম্বর ১৪, কুমজা ১৮৭০ গী পুং ১২ নি ফাওবা লৈগদৌরিবা চহী তবামঙা সাংবা ফাদোক্কী মতমদু তসেংনমক মী পোং উনহন্দবা অচীকপদা অম্বাফম তাবা মতৌদু (সোলিটাঁব) ওইহনবা যাননাবা অকুপ্পা মবেল (অকবা অমসুং অবায়বা) পুম্নমক তুকহৎনা য়ান চে অদুদা ইদুনা যাওই। হায়নরিবা মতম অদ্ মপৃং ফাগদৌবা মিনিট অনীখক্তং ঋালিঙৈ ফাওবগী মনুংদা বন্দি অদুনা হার্যাবিবা ঋাফমসিংদু হাইফেত্তং থুগাইনা চৎনবা হোৎনবকপদা, বেঙ্কব অদুনা মঙোন্দ পীফম থোকপা পৈসা পীদবা যাবা ছপ্পা হংযবা ঋাফম অমসু যান্নচে অদুদা ইদুনা হাপ্প।

মহাক্না ইবগা পীথোকবকপা ঋবোল মচা মচাসিংদু যেংবদা খঙবা ঙম্মি, ফাদোক তাবগী অহানবা চহীদু বন্দিদু তবক-তবক খুনু থোঙগুম লৈবা অমসুং থব্রায নুঙাইতবগী অকনবা চৈনা চৈথেং অম্না মসাদা ফাওই হায়বা। মাগী লৈফমদুদগী। অহীং নুংথিল খাক্তনা পিঅনো থোংবগী মখেল লেপ্তুনা তাখি। য়ু অমসুং মৈখু থকাখদে। মহাক্না অসুম্না ইবকই, যুনা পুক্লীংগী অপাম্বা কযা মথূম-মবাঙ হৌরল্লি, অমসুং অপাম্বা পোৎ হায়রবাসিনা বন্দি অমগীদি তর্মাথবা খ্বাইদগী ফক্তবা য়েক্লবনি, অদুগীসু মথক্ত কনা অমগা লোইনদনা অফবা অহাওবা য়ু ইতোমতা থকপদগী হেন্না নুঙাইতবা তনবা পোৎ অম অমুক লৈতে। অদুগা চুকপকী মৈখুনা কা মনুংগী নুংসীৎ সেংহন্দে। অহানবা হৌবকপা চহীদুদা মহাক্না পীয়ু হায়না তাল্লকপা লাইরিকসিংদি অনম্বনা তয়াং তসোইবা চবিত্রগী ওইবা, কোচি থাংবা নুংসি নুংওম্না প্লোট ওইবা উপান্যাসসিং,পাবদা পুক্লীংদা থুক্লাউবা অমসুং ওইথোক্লোইদৌবা ভাবনা সাদুনা ইবা ঋাবীগী লাইরিকসিং ঙাক্তনি।

অনীসুবা চহীদুদদি মাগী কৈসুমসঙ ওইবিবা কা অদুদগী পিআনোগী খোঞ্জেল অমুক তাখিদ্রে,অদুগা বন্দিদুনা ক্লাসিক্কী লাইবিক খক্তা পীবকউ হায়না তাল্লকখি। মঙাসুবা চহী অদুদনা ঈসৈ যন্ত্রগী খোঞ্জেল অমুক তাবকখি অমসুং মহাক্লা য়ু তাল্লকখি। চহী চুপ্পদুমা মহাক চাবা, থকপা, ফমুংদা হীগ্রুনা লৈবা, তোয়না তোয়না হাকাম চনবা অমসুং মসা মতোমতা সাউনা চৈজবা, ঙাঙজবা তৌবা নত্তনা অতৈ থবক অমত্তা তৌদে হায়না মাবু সেন্নবিবা কাঙবুদুনা থোঙনাওদা যেংবদা উই হায়না পাউর্দাম্মি। মহাক লাইবিক সূকপা পাখিদ্রে। কবিগুম্বা কান্দা মহাক্লা অহীংদা ফমদুনা ইদুনা লৈ। পূং কয়া সাংনা ইদুনা সুম লৈখি, অদুগা মথংগী অয়ুক্তা মানা ইকবিবা পুম্নমক লোইনা সেগাযখি। অমুক্তা নত্তনা কযাবক মহাক্লা কপ্পা থেংনখি, তাখি।

তকুকসুবা চহী তম্মাই হেল্লক্লবা মতম অদুরাইদদি বন্দি অদুনা তোঙান তোঙনবা লোলসিং, দর্শণ শাস্ত্র, অমসুং ইতিহাসগী লাইবিকসিং থরায তানা লাংতক্লনা পাবা হৌবক্লে। মহাক লাইবিক পাবদা পুক্নীং পূংলূপ লূপখ্রে, মহাক্লা কযা যাম্না পাকসন্না পাবহগে হাযবদা,মহাজন অদুনা মাগী লাইবিক পীনবা তোংনবদা অৱাবা অমা ওইখি। চহী মবীগী অসাংবা মতমদা মহাক্লা তাল্লক্লনা লাইবিক ভোলুমে চাংবদক লেম্ম লৈদুনা পীখি। হযবিবা মতমসিগী মনুংদা বন্দিদুনা ইবকপা চিঠি অমা মহাজন্দুনা ফংখি, মবোন্দি অসুম্না, "ঐগী নু 'সজবা জেইলব, ঐনা বহৈ পবেং খবখক তোঙান তোঙনবা লোন্দা ইদুনা থাজবি। লোলসিংদুবু হৈবা মীদা পীদুনা পাতনবিযু। ঐনা ইবিবদুদা মখোযনা অথানবা অমযাও যাওনা থেংনদ্রবদি অদোমগী ইংখোল মনুংসিদগী নোংমৈ অনুঙং কপ্পিবকউ হাযজবি। ঐনা হেংনজবগী মতম অবেম্বদা তাদ্রে হযবসি নোংমৈ মখোল অদুদগা খঙবা ওইজগে। তোঙান তোঙনবা যুগসিংদা অমসুং তোঙান তোঙানবা লৈবাক্ত লৈবমাখবা লাইশোক্লুম্নবা মীওই কযানা তোঙান তোঙানব লোন ঙাংখি, তৌইগুম্বসুং চপ মান্নবা মৈবী অমখক্লা মখোয পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চাক্লুনা লৈখি। মখোয়না খল্লিবা রাফম অসিবু ঐনা খঙবা ঙমজকবদা ঐগী থম্মোয়মুংদা ফাওবক্লিবা স্বর্গগী ওইবা নুঙাইবাস নহাক্তি খঙদ্রেদকো! মদু নঙসু ফংজবর্বাদকো!" বন্দিদুগী নীংজবা আশা থুংখ্রে। মহাজনগী য়াথংদগী মাগী ইংখোল মনুংদুদা নোংমৈ খূংকাপ অনীবক কাপখ্রে।

মতুং তারকপা তরাসুবা চহীগী মতাংদদি বন্দিদুনা টেবল ননাক্তা সূকহৌ হৌগত্তনা ফল্লগা খৃষ্টানগী মপাও ইবা লাইরীক (গোস্পেল) অদু নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লাইরিক অমত্তা পাখিদ্রে। চহী মরীগী মনুংদা পণ্ডিতকী ওইবা লুপ্ত-লুপ্তবা লাইরিক ভোল্যুম চাতরুক পাদুনা মূমুৎ তানা খণ্ডবা ঙর্মখিবা মহাক্না ইরায় লায়না খণ্ডবা য়াবা লাইরিক মচা অমখক পাবদা চহী অমগী মতম মাঙহল্লিবদু উবদা বেঙ্ককী মহাজন্দুনা অঙকপা অমা ওইনা খনখি। খৃষ্টানগী মপাউদু পারবা তুংদা বন্দিদুনা ধর্মগী মরম নৈনবা লাইরিক (থিওলোজি) অমসুং ধর্মগী ইতিহাসকী লাইবিকসিং পাথরকখি।

মাগী বন্দি লৈগদৌবা মতমগী অরোইবা চহী অনীদুদা বন্দিদুনা চীলহাও থিবা তৌদনা হায়নীঙাই লৈতনা য়ামখ্রবা লাইবিক মখল মখা কয়া পাখি। মতাং অমদনা মহাক্না প্রাকৃতিক বিজ্ঞানগী লাইবিকসিং পূক্লীং লূপ্না পাখি, অদুগী মথংদা বাইবল নত্তগা সেক্সপিয়রগী লাইরিকসিং তাল্লকখি। রসায়ন বিজ্ঞান (কেমিস্ট্রি) অমসুং হীদাক লাংথক্কী লাইরিক, উপন্যাস, দর্শন শাস্ত্রগী নিবন্ধ নত্রগা থিওলোজিগী লাইরিকসিং পীরকউ হায়না মতম অমত্তদা চিঠি অমখক্তং ইদুনা হায়রকপা মতাং কয়াসু য়াওবকই। জহাজ কায়দুনা হিবাক্রববা মী অমানা মথ্বায কঞ্জনবগীদমক মমাঙদা তাউদুনা লৈবা উতেক ব্রাতেক অফং অফংব লাঙতক্লনা পায়বগী মতৌ অদুমক মাগী লাইবিক খৃৎপাদুগা চাংদম্নিঙ্ঙইনি।

(২)

ব্রাবী পূম্নমকসি অহল ওইবক্লবা মহাজন্দুনা নীংসিংলুবগা মপক্লীংদা খল্লকখিঃ "হয়েংগী পূং১২ তাবদদি মহাক মাগী মনীং তম্বা ফংগ্রগনি। ইনখিবা কাবারগী মতুংইন্না ঐনা মঙোন্দা লুপা মিল্লিয়ন অনী পীদবা য়াররোই। ঐনা মঙোন্দা সেনফম অদু পীথোকখিবা তারবদি ঐদি পূল্লোই লোইবেদো, ঐ মরু ফংনা মাঙবা তাবনি।"

চহী তরামঙাগী মমাঙদদি মাগী পৈসা মিল্লিয়নসিংদু মসীং থিবা ঙমদনা য়াম্লম্মী, ঙসিদি, মানা মীগী তোল্লিবা সেন্দোনগা মাগী অসেংবা মরল মথুমগা করম্বনা হেন্না য়াম্লিবনো হায়বসি মথন্ত খম্থজক্লবদা মসাদা অকিবা অমা ফাওরকখি। ষ্টোক এক্সচেঞ্জদা মথোঙ মরম খঙদনা দাও য়েংবী তৌখিবা,

ভাবনা সাবা থবক পোখি কযা পায়খৎখিবা অমসুং অহল ওইবক্লবা ফাওবদা লাকসিন্দবা ঙমদনা লৌখিবা পুক্নীংগী য়ক লাওবী অপাম্বসিং পুম্নমক্কিনা মবম ওইদুনা ম'গী মবল-মথুম পুম্নমক ময়েং তাসিল্লক্লুনা মতম অমদা নাপল কাবম্বা, মানা তৌবা থবক্তা চিংনবা লৈবমদবা, থম্মোয চাওবম্বা ক্রোধপতি অসি ঙসিদ ক'বক কাবক্কী থাক্তা লৈবা বেঙ্কব অমগী থাক্তা হন্থদুনা মহাক্না কাববাবদ থ'থিনবা সেনফমগী দাও য়াব য়াদবগী পাউ তাবদা থম্মোয় থক থক নীক্লা লিনা হিংজবিবা মীসক অমা ওইবে। মখূৎ অনীমক্লা মকোক্তা পাযসিল্লদুনা নীংবা কাযনা অহল অদুনা মতোমত মুকম মুকম সোঞ্জে, 'ফত্রবা, পাপীগী সেন চানবী মদুগী মীদু হৌজিকফাও সিদ্রিবা কবিগীনে? মদি হৌজিক চঠী নীফুদা ভর্ষবি। এগী নামৈ সেল ফ'ওবা য়াওনা মান খোক্লুনা লৌত্রগনি, মহাক লুহোংখিগনি, মপুক্তি নুঙ'ইনা হিংখিগনি, এক্লচেজদ মদাও যেংখিগনি, মদগা' এনা মাগী মতৌদু ভিক্ষাবী অমগী মতৌগুম কম্লক্লা যেংদুনা লৈগনি, অমসুং নুমীৎ খুদিংগী মানা এতঙান্দা হোংবা লৈতনা তাযবা ব্রাহৈদু গগনি "এনা পুক্নীদা নুঙ'ইবা ফংজবসি নঙগী নপান্নমনি, এ মতেং মচা অমা পাংজনো" নত্তে, মদু এ খাঙবা ঙম্লোই। এগী তিক্ষাকোক ওইবগী ফাংম অমসুং চেপ্লা প্রসিদগী কল্লনবগী উপায়দি নূপা অসি সিবনা ওইগদবনি"

পূং অঙম তাবগী দাং দাং যৌখ্রে, মুম তাব বেঙ্কবদুনা, যূম অদুদা লৈবা মীপুম হদাংমক ঙম্না তুমখ্রে অমসুং মপান্দা উনাগী স্রোৎ স্রোৎ লাতনা লেঙবগী মখোল নওনা অতৈ পেঞ্জেল অমতা তাখিদ্রে। যুম্না তপ্না মখোল খোকহন্দনা মহাক্কী মৈনা চাক্লবা উপুদুগী মনুংদা হপ্তুনা থমখিবা চঠী তবা মঙা হাংদোকখিদ্রবা সোগী সোজে অদু লৌথোক্লুনা মাগী ওভবকোংকী ফবীংখাওদা হর্পাচল্লগা মাপী যমগী মপালদা থোক্লকখি।

মপানগী ইস্কোলদু য়ুম্না মম্নম্মী অমসুং ঈংলন্মি। নোংস চুবন্মি। ঈসিং ঈননা যাউবা চীক চীক লাওনা ঈংবা নুংসীৎনা ঙংলদুনা য়াঙনা ইংখোলগী অকোযবা মফমাসংদুদা সিংলন্মি অমসুং উপাল ব্রাপাল পুম্নমক পোখাফম খঙহল্লমদে। মমীৎ সংদোক্লদুনা বেঙ্কবনা যেংখিবদা লৈবাকসু উদে, অস্তৌবা মূর্তিসিং অমত্তসু উবা ঙমদে, যূম কৈসু উদে, উপালসু উবা ফংদে। বন্দি সঙ লৈবিবা মফমদুদা চত্তুনা মহাক্না চৌকিদাবদুবু অনীবক হন্না কৌখি। খুন্নক্তে।

তসেংবমক্তি চৌকিদাবদু নোং নুংসীৎ অদুদগী খুদোং থীবা নঙদনবা কদাইদনো মফম অমা চত্তুনা থূগ্তুনা খাঙবদগী চাকসঙদবা নত্তগা গ্রীনহাউস মনুংদবা তূমদুনা লৈখ্রবজাৎনি।

অহলদুনা খনখি, "কবিগুম্বা লাইবক ফদুনা ঐগী অপাম্বসি পাঙথোকপা ঙম্বা তাববদি চিংনবা পূন্নমক অহানবদা চৌকিদাবগী মথক্তা তাখিগনি।"

অমম্বদুদা মহাক্না সিড়ি অমসুং থোঙ মাদুনা থিখি অদুগা বন্দিসঙদুগী হোজঙ মনুংদা চঙখি। অথূবা হোজঙদুদা মাব-মাবদুনা চঙখিদুনা মৈখেৎ খেৎখি। কনাগুম্বা মী অমত্তা লৈবা উদে। কাংথোন অমদি লৈবা উই, মথক্তুদদি ফমুং ফিবোন্দি লৈতে, অমসুং কাদুগী কাচিন অমদা অমুবা খাংয়োৎনা সংবা মৈফৃ অমদি লৈবা উবম্মি। থোঙদা নপ্পিবা চাজূম অদু মপোপ কাযদনা অদুম লৈবম্মী।

ঙাল্লম্বা মৈখেৎ মকদুনা মৃৎত্রবদা অহলদু পাখত্তুনা মসাপুম্বা থক থক নীক্লা খোঙনাও মচাদুগী মনুংদা লোন্না মুন্না য়েংখি। বন্দিগী কা মনুংদা মোমবত্তি অমা মুসি মুসি থাল্লি। বন্দিদু তেবল মনাক্তা ফম্মি। মাগী মনঙ্গন, অমুবা মসম অমসুং মখূৎসিংদু নত্তুনা অতৈদি উবা ফংদ। তেবল মথক্তা, অবাম চৌক্রি অনীদুগী মথক্তা অমসুং তেবল মনাক্তা থাবিবা গালিচা ফিদাদুগী মথক্তা ফাক্তোক্লবা লাইবিক কযা ঈচাই চাইনা তাদুনা লৈবি।

মিনিট মঙাদি হৌত্রে অদুবু বন্দিদুদি অমুঙৎং ফাওবা হাইফেং লেঙলক্তে। চহী তবামঙা ফজিন্দুনা থম্বদুদা মহাক মচালেঙদনা তূমিন্ন ফমদুনা লৈবা হৈনমল্লে। বেঙ্কবনা থোঙনাওদুদা খুদোম্বীনা তেক তেক কাম্বী, অদুবু মদুগী পাউখুম পীবা ওইনা বন্দিদুদি মসাদু কবিমত্তা লেঙবা খোৎপা তৌবক্তে। অদুগী মতুংদা বেঙ্কবনা য়াম্না সাজেন তৌনা থোঙ মথক্তা নপ্পিবা চাজূমদু থূগাইদুনা সোজৈদু সো মখূন্দুদা থিংজিনখি। কোট্টীং কাববা রায়খূদগী ক্রেক ক্রেক লাওবা মখোল অমা থোক্লকখি অমসুং থোঙদু গে লাওনা হাংদোক্লকখি। মীগী খোঙথাং মখোল অমসুং পাখৎপগী খোল্লাও অমা থোক্লক্লগনি হায়না বেঙ্কবনা খনখি, তৌইগুম্বসু কবিমত্তা তৌদনা মিনিট অহুম হৌত্রে অমসুং কা অদু হায়গী মতৌগুম্না পূমচীক চীক্লা অদুম লৈবম্মি। কা মনুংদা চঙলগে হায়না মপূক্লীংদা লেপ্লে।

খ্বাঝগী মী মান্দবা মী অমখক লেঙ-ওৎপা তৌদনা তেবলগী মনাক্তা ফম্লি। সন্দদা উনসাতনা কৃপ্লবা, খোইবি খোইবি নৃপীগীদৌনা সাংবা মসম পাল্লবা অমসুং মওং চাদনা চোল্লবা কোই হৌববা মৃর্তিনি। মমায়দু লৈঙাঙ মচু চঙলপ নাপু মচুগী কুচুনি, মখজাইদু ঈচাং চাংঙি, ময়াংলেন্দু চপত্রিক চপ্লা সাংঙি, অমসুং অফাবা মকেক অদুবু সৌদুনা শ্রাথবিবা মখূৎ অনীদু ময়াং কংমনাখবা অমসুং নৌমনখিবনা য়েংবদা অকিবগী মসক্তি। মসমদুদি পৃংঙৌ ঙৌগ্রে, কংখ্রিবা ময়াং খূৎকং, চঠী লৈসিন্না উবিবা সকক্নম অদু উকবগা মহাকপু চঠী নীফু খক্তমক ঙাইহিববা মীান হায়বদা কনানসু থাজবোই। মহাক তৃমদুনা লৈবমখি...। তেবল মথক্কুদা মকোক লৃকথদুনা লৈবি, অদুগা মকো ক্রুগী হেক মমাঙমক্তদা কবিগুম্বা খবা ফজবা খৃংহৈদা হৈবা চেবাং অমা তাদুনা লৈবি।

বেঙ্কবনা মপৃক্লীংদা খনখি, "তোল্লবা জীবা মবাইবক শীববা নৃপা মহাক্ত তৃম্লিনেসে, পৈসা কোটি কোটি মমঙদা উবম্বা য়াইসে মাদি অদুগা, ঐনা তৌগদবসি, সিকম নাকল্লবা মীসি পায়বগা ফমুং মথক্লিদা লংথবা, অদুগা মোন অসিনা হাইফেৎনং সেব ফুলহনবা, অদুনা য়াবে, অদুদগী হৈ-সিংথ্রব মী লাক্কুনা 'থিগৎলবসু তমথীবা' এওংদা মীনা হাক্তুনা সিবগী খূদম চাংদম অমত্তসু থেংনববাই।"

তেবলদা লৈবিবা চেদু বেঙ্কবনা লৌখত্তুনা পাকবদা অসুম্না ইবমখি-

"হযেংগী পৃং১২ তাবা মতমদা ঐহাক নীংতম্বা অমুক হন্না ফংলগনি অমসুং মী অতৈগা তিন্নবগী অধিকাবদু ফংলগনি, তৌইগুম্বসুং ঐনা কাসি থাদোক্কুনা কৌবৌগী মঙাল উবা ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদা -ঙুগী নফমদা ব্রাহে খবা হায়হৌবা দবকাব লৈ হায়না ঐনা খল্লি। য়াম্না রাখল চনীং তানা অমসুং ঐগী ঈথক্তগা কৃপ্পা য়েংদুনা লৈবিবিব ঈশ্ববু য়েংদুনা বাসত্তুনা হার্যানর্বাসনি নীংতম্বা, পুন্সী, হকচাংফবা হায়বিবা পেৎ পৃম্নমকসি ঐনা তৃক্কচ্চবা পোক্কে, অদুগা নখোযনা লাইবিক্তা থেংনবিবা অফর্বনি নুঙাইবনি হায়বিবা পৃম্নমক অদুসু ঐ পামদ্রে।

চঠী তবামঙা চৃপ্পা সংসাবগী পৃন্সীসিগী মবমদা য়াম্না কৃপ্পা থিজিন্দুনা নৈনকবে। পৃথিবীবুসু মীবুসু ঐনা উখিদ্রি হায়বসিদি চুম্লবমক্লি, তৌইগুম্বসুং

নখোয়গী লাইবিকসিংদুদা ঐনা মনম নুংসিববা য়ু কয়া থক্লুবে, ঐ ঈসৈ কয়া সক্লুবে, সজী অমসুং লমওক কয়া জঙ্গলদা সাদানবা চৎলুবে, নূপী কয়াগসু নুংসিনকবে... নখোয়গী কবিসিং অমসুং লাইগুম্লবা মী কয়াগী মিত্রংগী পঙ্গলনা সেম্লবা নোংদোন লৈচিলগুম ফজববী নূপী কয়ানা অহীংদা লাক্লুনা ঐবু উন্নবৈ, অমসুং ঐগী নাকোংদা অঙকপা য়াবী কয়া নাপ চীক্লা তন্নদুনা ঐগী কোক অসি উক-ক লৈনা ঙাওখি। নঙগী লাইবিকসিং অদুদা ঐনা এলব্রুজ অমসুং মাউন্ট ব্ল্যাঙ্ককী মতোল লোম্লা কাকই, অমসুং মফমদুদগী নুমীৎনা তবং তবং হন্দোক্লকপদু ঐনা উখি অমসুং আকাশ অমসুং মহাসাগববু ঐনা নুংদাংয়াইবমগী ঈপোম হৈবব মঙাল মবক্তা মীৎফম হোংদনা য়েংখি, অমসুং ঙাক্রানবা সনাম্চু মাল্লবা চীংজাও কযাগী চীংদোলসিংবু য়েংখি। মফম অদুদগী ঐগী কোকতোন্দগী হৌবকখিবা নোংথাংগী মৈবী কযান নোংপুবা অম্বা লৈচিল কয়াবু খাইবোক খায়দুনা চৎখিবা ঐনা য়েংদুনা লৈখি। অসংবা উমং কয়, লবূক কযা, তুবেল, পাৎ সহব কয়া কযা উকবে। সমুদ্রগী লাইবেন্থীনা ঈসৈ সকপসু তাকবে, অমসুং যাওসেনবসিংগী বাঁশীগী সুব কয়াসু তাকবে, ঈশ্ববগী মবমদা ঐগী ইফমদা য়াবী সান্নগদৌবগী পাইথবকখিবা ফজববা লাইবেন্থী কযাগী মসাসাগল তুফাংসিংদুসু খুৎনা সোক্লুবে...। নঙগী লাইবিকসিং অদুদা ঐনা পাইথকই লৈখা ফংঙমদনা লুপ্তব অকবা কোম্লুং কযদা, গ্রঙক অঙকপা মীনা তৌঙমদবা থবক কয়া পাঙথোক্লুই, মী কয়া হাৎলুই, শহব কযা মৈ থাদোক্লুই, অনৌবা ধর্ম কযা সন্দোক্লুই, ঐনা লৈবাক কয়া কযা জয় তৌকই ..

নঙগী লাইবিকসিংদুনা ঐঙোন্দা লৌসিং জ্ঞান পীবে। তাইবং মীওইবগী পোখাবা নাইদ্রবা কোক্লা যুগ যুগ কয়া চঙনা সেমগৎলকখ্রবা য়াখল-লৌসিং পূম্নমক্কু ঐগী কোক মনুংসিদা গুলি গুম পাক্লা তাসিন্দুনা হপাচিন্দুনা থমস্রে। নখোয মযাম পূম্নমক্কুগীদি ঐনা হেন্না সিংলে, খঙলে হাযবসি ঐ খঙলে।

অদুগা, নখোযগী লাইবিক পূম্নমকসি ঐ তূককচবে জ্ঞান অমসুং সংসাবগী অফ নুঙাই পূম্নমকপুসু তূককচবে ঐনা হৌজিক। পূম্নমকসি মমল য়াওদবা কান্নদ্রবা, তাঙদু-লৈতাদবা, মায়াগী মসক ওইবা অমসুং লৌনম্ব পোৎ ঙাক্তনি মায়া মবিচিকাগুম। নখোয় নাপল তৌজবন্না য়াই, সিংলম্না য়াই

অমসুং ফজবম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং লৈখুন মনুংদা হূত্তুনা লৈরিবা উচি মচাদুগা কবিসু খেন্নবা লৈতনা নখোয় পুম্নমক অসিবা হায়বদুনা মালেমগী লৈমায়দগী হুমদুনা পুখিগনি, অমসুং নখোয়গী তুংগী চাবোল সূবোল, নখোয়গী ইতিহাস, নখোয়গী সিনাইদ্রবা তৌওম্বা নতীক নয়াই পুম্নমক চাকথেকখিগনি নত্তুগা উন ওইনা লৈখিগনি মালেম পৃথিবীসিগা লোয়ননা।

নখোয় অচুম অবান খন্নবগী ৱাখল মাঙম্রবনি অমসুং অবানবা লম্বেলদা চৎলবনি। অবানবা মীনম্ববু নখোয়না অচুম্বনি হায়না লৌবে, ফজদবা অথীবা অদুবু ফজবগুম্না খল্লে। নখোযনা ঙক্কনি, কবিগুম্বা অশুকপা থৌদোক অমদগী কমলা পাম্বীদা কমলা ওইনা পাল্লকপগী মহূত্তা হঙেই অমসুং চুম ঙক্তা ওইনা মহয পাল্লকপদা, নত্তুগা আতবগুলাশনা সগোলগী হুমাং মনম ওইন নম্লকপা থোক্লবদি, মবম অদুনা, স্বর্গগা মালেমগা ওন্নথোক্লবিবা নখোযবু উকবদা ঐনা নখোযবু ঙক্লি। ঐনা নখোয়বু অমুক মসক খঙলুবা পামদ্রে।

নখোযনদি মসি য়াওদ্রবদি য়াদ্রে হায়বিবা পোৎসিংদুবু ঐনা পামদ্রে তৃক্কচবে হায়বসি থবক ওইনা উৎননবা, মতম অমদদি মদুবু ঐনা স্বর্গগুম্না খন্দুনা মঙ মঙজবম্বা লুপা মিল্লিয় অনীদু ঐনা থাদোক্কলবনি অমসুং তৌজিক ঐনা মদুবু তৃককচবে। পৈসাদু ফংনবগী ঐগী হক অদু ফংদনবা, হায়নখিবা মতমদুদগী মাঙজৌননা পৃং মঙা ঙনখৎনা ঐ চৎম্রগনি , অমসুং মওং অদুদা য়ানখিবা ৱাফমদু থুগায়জবগনি..."

তেবল মথক্ত লৈবম্বা মাগী চেদু পাকবগা বেঙকবদুনা ওম্ভোকপা মখলগী মীদুগী মকোক্তা চূপাখি, অমসুং মহাক্না বন্দিসঙদুদগী কপ্না কপ্না মপাল থোক্লকখি। কবিগুম্বা মমাঙগী মতম অমওদা মানা সৈনক এক্লচেজদা সাথীনা মাঙবা মতাংদা ফাওব, মসানা মসাবু নিন্দা তৌজবা মতাং অমুক্তা ফাওবা বেঙ্কবদুদা লৈখিদ্র, হন্দক্কী মতাং অসিগুম্না। ময়ূম যৌববদা মহাক্না ফমুংদা হীপথখি, তৌইগুম্বসুং কপ্নীংবগা ৱাখল ফুনগৎলকপগা তৌদুনা পৃং কযা তূমথবা য়াখিদে।

নোং ঙাল্লগা চৌকিদাবসিংদু কুচু তাইফেৎ তাইনা পাখৎনা চেল্লক্কুনা তম্লখি, কাদুদা লৈবম্বা নৃপাদুনা য়ুমদুগী থোঙনাওবোমদগী লীৎথোক্কুনা কোম্বোং লোমদা চৎখিবদগী মসক উখিদ্রে হায়না। বেঙ্ক মহাজন্দুনা মাগী

মনাই মসন খরা পুরদুনা বন্দি য়ূমদু তান্না খূদঙা চৎখি অমসুং বন্দিদু চেনগ্রে হায়বদু ময়েক সেংনা খঙখি। মী অতৈ অতৈনা কান্নদবা ৱারেম থৌরেম ৱারী কয়া ঙাঙনরক্লবসু সেংদোকপা য়াননবা লূপা মিল্লিয়ন অনী থাদোক্লস্বগী মরমদা ইরস্বা চেদু মহাক্লা লৌসিনখি, অমসুং ময়ূমদা হল্লক্লগা মদুবু মৈ চাক্তবী উপ্পুদুগী মনুংদা সো লোজিন্দুনা থমখি। ❑

# ফম্মাইবা অমগী পুন্সী লোইখিবা

নীংথিবরা নুমীৎগী নুংদাংবাইরম অমদা মসক মতৌদসু পাঙবাং বাত্তবা সরকাবগী ফম্মাইবা মচা অমা ওইজরিবা ইভান চেভিয়াকোভনা ওর্কেস্ত্রা অমগী অনীসুবা পরেংদা ফম্নদুনা মমীত্তা ওপেরা-গ্লাস উপ্লগা লে ক্লোচেসদে কোর্নেভিল (লীলা মমীং) য়েংলম্মি। মদুদা লীলা য়েংবা ফম্লিবদু মাগী পৃক্লীংদদি স্বর্গদা লৈবমুক নুঙাইজবা ফাওবম্মী। তৌইগুম্বসুং খূদক্ত খঙহৌদনা ('খূদক্তা খঙহৌদনা' হায়বা বাহৈসি ঐখোয়না বারী কয়াদা তত্তনা থেংনৈ; অইবনা মদু হায়রিবদু চুম্মি পৃন্সীদা থাজ ওইথোক্তবা থবক কয়া থোকই), খূদক্তা খঙহৌগদনা মানা মাগী ওপেরা গ্লাস লৌথোকখি, মাঙলোমদা হাইফেৎ লূকথখি, অদুদগী 'হাক-থী'। মহাক হাকথী খনখি, পার্বিরিবনা হেন্না খঙবিরবা বানি। কদাইদনো মফম অমদা কনাগুম্বা অমনা হাকথী খনবদা য়াদবা লৈতে, অথিংবা পীদে। লৌমীসু হাকথী খল্লি, অমসুং থানাগী অচৌবা ইবুঙোসিংসু খল্লি, অদুগা করিগুম্বদা নিংথৌগী বাতান্নবা থল্লিবা অঙম্বসু হাকথী খল্লি, মীপৃম খুদীংমক হাকথী খন্নে। চেভিয়াকোভ করিমতা নুঙাইতবা পাখৎপা মসাদা ফাওখিদে। হাকথী খনখিবদুদা কনা কনা সাওনীংবা নুঙাইতবা য়াওব্রা হায়না কিজনা নাক-য়েৎ অকোয়বদা য়েংখি। অদুদগীদি মহাক ইকাইদবা য়াদ্রবা মতাং

অমা লাকখি। মাগী ফমফমগী মমাঙ পবেংদা মাগী মমাঙমক্তদা ফল্লিবা অহলদু মাগী অতাঙবা মকোক অমসুং লুসমদু মাগী খুৎমোজাদুনা য়াম্না কন্না তৈথোক্লগা মচীন্দা কবি কবিনো খবা ঙাঙখি। অহলদু হাইবে দিপার্টমেন্টকী জেনেবেল ব্রিজিয়ালোভনি হায়বা চের্ভিয়াকোভনা খঙলম্মি।

মপুক্লীং মনুংদা খনখি চের্ভিযাকোভনা, "ঐনা মঙোন্দা হাকথী খঞ্জিল্লুবে। মহাক ঐগী অফিসব মকোক মক্তি নত্তে, অদুবু ঐনা তৌকবিবা অদুদি নাতে চাদবা থবক্নি। ঐ মঙোন্দা লাল্লে হায়জদবা য়াদে।"

মখৌনাও খৌদেম থোকই 'অহম' হায়না (য়াঙাঙবা নুঙাইনবা) চেভিয়াকোভনা, মমাঙ লোমদা কাখৎলি, অদুগা জেনেবেলগী মনাকোং মযাদ তপ্না হায়কই "ঐবু ঙাকপিযু, যোব এক্সেলেন্সী, ঐনা অদোমদা ওন্জিন্দুনা হাকথী খঞ্জকবে। মদু ঐনা সোযখিদুনা...

"সাওদেদ, যাবে, য়াবে-"

ঈশ্বব য়েংদুন হাযদবিবসিনি, য়াবৌবিগনু। ঐ- ঐনা তৌগেদনা তৌজখিবা নত্তে...।"

"ও!, অমুক্ত ফজন ফমদুনা লৈযু হায়বা ঐ লীলাস অমুক্তা তাগে হাযবা!"

চের্ভিযাকোভ হায়ফম খঙদনা তৌফম খঙখিদে। অপঙল্সই চুবা মীদৌনা মথোঙ খঙদনা হাযফেৎ মোমোন তৌদুনা ষ্টেজ লোমদা যেংবা হৌবকখি। কুম্মেদু যেংইদি হায়ববু মসাদা নুঙাইবগী ইথিল অমদি পোকপ ঙমখিদ্রে। চবাঙনবা লৈতাফম খঙদবা য়াখল অমনা মাবু ওৎপা হৌবকখি। মথংগী লীলা হাফ থাবকপা মতাংদু মানা ব্রিজিআলোভকী মনাক্তা চঙসিনখি অমসুং মাগী অকিবদু হাইফেৎ ফাথজবগা কিজনা তপ্না হাযবকখি, "ঐনা অদোমদা ওন্জিন্দুনা হাকথী খঞ্জম্রমাল্লে। ঐবু ঙাকপিযু। অদোম্না খঙবিবিবদুনি, ঐ ঐনা তৌগে খন্না তৌজখিবা নত্তে..."

"য়াবেনে, কৈদৌবগে অদুবো মীনা য়াবে হায়মক্তদা। মদুগী য়াদুদি ঐদি নীংবু নীংসিংদ্রবনি, অদুগা নঙনা মদুতা হায়দুনা লৈবদনা!" হায়রকখি জেনেবেলদুনা, মাগী মখা থংবা চীনবান্দু পেথোক্লদুনা।

চের্ভিআকোভনা মপুক্লীংদা খনজে, "মানদি মচীন্দাদ কাউথোকত্ত্রে হায়বি, অদুগা মমীত্তদি সাওনীংবা য়াবৌবগী মতৌ মাল্লি," অদগা মহাক্তা

জেনেবেলদুবু থাজদবগী মীৎয়েংনা য়েংলম্মি। 'মদুগী মতাংদা মা মখা তানা শ' ঙাচনীংখিদে। ঐনা তৌগেদনা তৌখিবা নত্তে হায়বসি মহাক্না থাজনবা মযেক সেংনা হায়দবা য়াদে, হাকথী খনবা হায়বসিদি মথন্তা হেক্ত তৌজনকপা থবক্তি হায়না অদু নত্তবদি মাগী মতুংলোমদগী ঐনা তিন সীৎচিল্লকপোই খনম্লগনি মা'না। হৌজিকমকপুদি মানা লুনা খন্দ্রবসু মতুংদদি ঐবু ফত্তনা সোযদনা লৌম্লগনি।"

ময়ূমদা হল্লক্লবা কান্দা মানা ব্যাবহাব কাযবা থবক অমা তৌখিবগী ব্রাবীদু মাগী নুপীদা সীৎ নাম্না তম্লে। মাগী ব্রাবীদু তাবগা মাগী নুপীনা ব্রাফমদু তয়াং তসোয়না লৌবে হায়না চেভিআকোভনা মপৃক্লীংদা লৌজখি। ব্রাবীদু তাবদা অহানবদদি মাগী নুপীদু খবা পাখৎপা মতৌ মাল্লম্মি, অদুবু ব্রিজিআলোভ হাযবদু মাগী নুপাগী মকোকথোংবা অফিসব নত্তে হাযবদু খঙলদ্দি মানা কবিসু নাংচুংখিদ্রে।

মাগী নুপীনা হাযবর্কখি, "অদুমকপু, অমুক্তং চত্তুনা লাক্লে হাযজকবদি ফৈ। মানা নঙবু লমচৎ ব্যাবহাব লৈতবা, লৈবাক মীবক তিন্দবা মী ওইনা উখিবা যাই।"

"নঙনা হাযবিবা অদুমক অচুম্বনে তো অদুনেইবা! ঐনা মাগী মফমদা লাক্লে হাযজখ্রবনে, অদুবু মাগী মতৌদু কাইদামা তৌএইবা, মওং তাবা, লৌবা যাবা ব্রা অমফাও ঙাঙলক্তে। অদুগা মতমদুদা মাগা ঐগা নে-না তানা ব্রাবী সানববগী মতমসু ফংখিদ্রে।"

মথংগী নুমীতুদা চেভিআকোভ মকোই মবাং নাম্না ককথংলে, মাগী পোষাক নীংথিনা সেৎচঙবে, অদুগা ব্রাফমদু ব্রিজিঅলোভপু ভাব তানা খঙহন্নবা চৎখি। জেনেবেলদুগী মী ফমফম কাদুদা চঙখিবদা ব্রাচৎ ব্রানোম্বা মী মযাম অমগী মযাযদা জেনেবেল ফমদুনা লৈবম্বদু উখি, মী উন্নবা হৌবম্লে। জেনেবেলদুনা পাকইবা মী মযামদু মথং মথং ব্রাহং পাওহংদুনা ব্রাবী ব্রাতাই সানববা মতুংদা মানা চেভিআকোভতা য়েংলকখি।

"যোব এক্সেল্লেন্সীনা নীংসিংবিবমগনি, ঙবাং 'অর্কাদিয়ান'দা ঐনা হাকথী খঞ্জিনজখিবদো - ফত্তবা খবা চোংখ্রমাল্লে সোযদুনা। ঐবু ঙাকপিযু..." হায়জবকই ফম্লাইবা মচাদুনা।

"করিনো মথোঙ খঙদবা ব্রা! মফম্মরাং খঙদবা মী! ঐঙোন্দ কবি ব্রা হাযবা লাকপানো?" ওক্লুনা খুম্নকখি জেনেরেলনা।

চের্ভিআকোভনা মপুক্লীংদা খঞ্জে, "মা ঐগা ব্রা ঙাঙননীংদ্রেসে!" মমায মায়থোঙ লাংসিঞ্জে। "মহাক সাওরমাল্লে, ব্রাফমসি মঙোন্দা ময়েক সেংনা খঙহন্দবা য়াদে...।"

ম'গা উন্নগদৌবা অরোইবা মীদু উন্নরবা মতুংদা জেনেবেলনা মনুংগী কারোমদা চঙখিগে তৌবমক্তদা চের্ভিআকোভনা প্রপ প্রপ চঙসিল্লক্তুন' সোম্থাংননা হায়রকই, "য়োব এক্সেলেন্সি! ব্যাবহাব থোক্তে ব্রাবৌবিগনু, ঐনা তসেংনমক হায়জবিবসিনি, ঐগী পুক্লীংদা যাম্না নীঙঙমজদবা ব্রাজবা অমা পোকচদুনা তৌবনি। নহানগীদু ঐনা তৌগে খন্না তৌজখিবা নৎচদে। "অদুম হেন্না খঙবিবন্নগনি...।"

ব্রাবীবগী মাযথোং অমা উৎলগা জেনেবেলনা মখূৎ হাইবকখি। "নঙগী ব্রাবীদু নুঙাইনবা অদুম পঙহায় হাযবা ফাগিগুম্বনিদা, ইবুঙো" হাযবন্নগা অদুম চ'ঙস্ত্রে, থোক্লকস্ত্রে।

চের্ভিআকোভনা মথন্তা খঞ্জে, "ঐনা ফাগি তৌবির্বনি হায়বিনেসো অদুবু ফাগী তৌবা যাবা ব্রাফমদি নত্তে মসিদি, ঐদি তসেংনা হাযজর্বান। মানা জেনেরেল অমা ওইবসিদা ব্রাফমসি মহাক সেংনা খঙবা ঙমদ্রমাল্লে! ওসেংনা মানা অসুম হাযনা তৌববদি, ধমকাজাও অসিদা ঙাকপিযুগা মতুংদা অমুক হায়জরবেই, পাপীগী মচা! ঐ মঙোন্দা চিঠি অমা ওইনা ইবগা থাবগে, চত্তুনদি উন্নরবেই, মাবু হেক উন্নত্রবা ঐ নবক তাথ্রগে!"

ময়ূমদা লাক্লা লাক্লা অসুম্না মহাক্ল। খনখি। মানা হায়বিবা চিঠিদু জেনেবেলদুদা ইখিদে। মওং মওং কয়া খনখি অদুবু ইননবগী মচাক অমত্তা মকোক্তগী থোক্লউ য়াখিদে। মথংগী নুমিত্তা জেনেবেলগী মফমদা চত্তুনা ভাব তাননবা ব্রারী তৌবা তাখি। চের্ভিআকোভনা সোম্থাংননা হায়জে অদুগা জেনেরেলনা "কবিনো হাযনীংলিবদো' হায়না হংবগী মীৎয়েংগা লোযনা য়েংলগা তাখি, "য়োর এক্সেলেন্সি, ঐনা ঙরাং লাকচরগা নাকোং ব্রাই খবা চিলহঞ্জস্ত্রে, অদুবু ঐদি ফাগী চঙ্গৎচখিদবনি, ঐবু ফাগী তৌই তাকর্পিখিবদো। ঐনা হায়নীংলম্বদি ঐনা হাকথী খঞ্জিজখিবদুগী ঙাকপিযু হায়জবা লাকপনি,

ফাঙ্গীগা হায়দুদি মঙদা ফাও মঙজদে। কবি ঈতীক নৈবগে মদু তৌজনবগী" ফাগী তৌবা হায়বদুদি ব্যাবহাব লৈতবা মতৌ উৎপানি মদু তৌবদি সোয়দনা থৌগল্লোন কায়বনি।

মমায় ঙাংসঙ ঙাঙসিন্না, মসা থক থক নীক্লা, ঙংলদুনা লাওবখি জেনেবেলনা, "চথোকস্রো, চৎলু!"

কিখিন্দনা মসাদু বাম্বগে তৌবদুনা চোউস্মাকোভনা মতৌমতা মুকম মুকম সোন্না হায়জে, "আ...কমদৌবা?"

চোঁভআকোংকী মথবাক্তা কবিগুম্বা অমনা ফাওবেং লেংখিবগুম তৌখি। থোক্লকপদা থোঙদা খুদি থীজিংখি অমসুং অসুমনা সোথোক য়ৌবকখি, মমীৎ তন্দন পাইথ, মনাক্কোংদা কাংদ অমত্তা তানা ঙমখিদে, লম্বী চিদাইদাইদা সনসাদুনা চৎখি। অপু ন-বা অমনা পুবগুম ময়ূম য়ৌবক্লবদা, মফি মবেল তেংদোক্লনা সোফা মথক্তা হীপথখি, অদুদগীদি, মখায় লানস্রে। ❑

# য়াঙ্গংবগা অনোয়বগা

নোংমা মরূপ অনীখক রেল ষ্টেসন অমদা থেংনরম্মি; অমনা মসা নোয়, অমদুনা ময়াঙ কণ্ডিং। সানোয়বদু ষ্টেসনদুদা চাক চক্রবর্তী ঙায়রি মাগী মচীনবান্দু থাওরেক কারি অমসুং হৈয়াই অমুনবদৌনা ইরং লংলি। শেরি অমসুং ফ্লুঅর-দ- অরেঞ্জর থক্কুবগী নুংসিবা মনম কোক্তি। য়াঙ্গংবা নূপা অমদুনা ট্রেন্দগী কৃমথরকপদা ঙায়রি, অমসুং মাগী হেন্দবেগ, পোংয়োমসিং অমসুং উপুমচাসিং ট্রেন্দগী লৌথরক্লি। মাগী মসাদু ওকসা অমসুং কোফি পাউদর মনম নম্মি। মাগী মতুংদা লেপ্লগা কিরুপ কিরুপ য়েংলিবা মখদাঙ সাংতক তৌবী নূপীদুনা মাগী মতৃনি অমসুং মরেপ ৰাংবা মমীৎ উইরুম উইরুম তৌবা নূপা মচাদুনা মাগী মচানি।

য়াঙ্গংবদু হেক উবদা সানোয়বদুনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রকই, "পোর্ফিরি! পোর্ফিরি নত্রুনে? মরূপ অরিবী! কুইরেদা উন্নখিদবা!"

'হরে কৃষ্ণ! মিশা! অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ! কদায়দগীনো লাকইবসিবু, কদোমদগীনো?" ঙক্লা হায়করখি য়াঙ্গংবদুনা।

মরূপ অনীদু লেংওন্না ওন্না অহমলক হন্না কোল্লিন্নখি অমসুং মমীত্তা মপী ঈরা চেন্না মুন্না য়েংনদুনা লৈনখি। মখোয় অনীমক্কী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদনা মথৃম মরাঙ হৌনখি।

নুংসিনা কোসিন্নরুবদু থাদোক্লরকপদা য়াঙ্গংবদুনা হায়রকখি, "মরূপ অরিবী! সুমহাইনা উন্নগনি হায়বসি মগুদা ফাউ মগুদে, য়েঙোই, ঐঙোন্দা মুন্না অমুক্ত য়েংলকউনে! নগুসে থায়নগী ফজবদু অদুম হন্দ্রিনে! থায়নগী ঐগী নুংসিবী মরূপতু করিমত্তা হোংদ্রি, থায়নগী মসা নানবীদু অদুম ওইরিনে! কৃষ্ণ, কৃষ্ণ! ফরেসে, নগুগী হীরী খরা তন্নক্লোসে! নগুবু সেল থুমগা খরা পায়বব্রো? নগুবু লুহোংলব্রা হায়বা? নগুনা উবদা খগুলন্নগনি, ঐদি য়ুম পাল্লে। য়েংঙুসে! তু, সিদা লৈরি'সে ঐগী নূপীনে, মমিংদি লৌসিয়া কৌএ। হান্নদি ভাঞ্জেনবাচ ওইরম্মী হৌজিকপুদি লুথেবান ওইরে। অদুগা সিদৈসিনা ঐগী ঈচা নূপা নথানিএল নে, মা ক্লাস থ্রি তমজবে। নথানিএল, মহাকসে ঐগী অগাং ওইবিঙৈগী মরূপ্নে! ঐখোয় স্কুলদা লাইরিক পূন্না তম্মিন্নরকপনে!"

নথানিএলদু ঙাহাক বাখল খৈছ্রে অদুগা মাগী তুপীদু লৌথোকখি।

য়াঙ্গংবদুনা মখা তাথরকখি, "ঐখোয় অনী ক্লাস অমত্তদা পূন্না তম্মিন্নরকইদনা নগু নীংসিংলিব্রা, নগুগী তম্মনবা লাইবিক্তু চূরূপ অচাকপা অমনা মৈ থাদোক্লুবগী মখোয় ময়াম চগুদুনা নগুবু হেরোস্ত্রাতস হায়না নমিং থোনবিদুনা ইতৎ তত্তনা লক্লবিখিবদো? অদুগা, ঐবুনা মীগী বাবী লীগনবগীদমক মখোয়না এফিআলতস থোনবিদুনা ময়াম চগুদুনা লক্লবিখিবদো? ঐখোয় অনীসি কযা মথোঙচারকখিদ্রিবনোদো! নগু করিগী মাবু কোইরিবনো নাথানিএল, সিদ' খগা নক্লা চগুসিলকউনে! অদুগনে, সিনা ঐগী নূপীনে, হান্নবুদি ভাঞ্জেনবাচ ওইবম্মি হৌজিকপুদি লুথেবান ওল্লে।"

নাথানিএলনা ঙাহাক বাখল তৌখি অমসুং অদুগী তুংদা মপাগী মতুংদা চগুদুনা লোংখি।

"ফরে, ফবে, নগুবু কবম কবম পাল্লিবগে, মরূপ অরিবী? নগুবু হৌজিক থবক তৌরিব্রা নত্ত্রগা পোখাববরো?" মথায় হরাওনা মরূপতুবু য়েংলগা সানোয়বদুনা হংলকখি।

"ঐ থবক অমা তৌরিয়ে, মরূপ অরিবী। ঐ কোলেজিয়েৎ এসেসব ওইনা থবক তৌবা চহী অনী ফারে, অদুগা ঐ ওর্দর ওফ সেন্ট স্তেনিস্লাস কী মনা সু ফংল্লে। তোলোপ্পুদি য়ামদেদা, অদুবু মদুদি থোইনবু খল্লুদেদা! ঐগী নূপীনা ঈসৈ খরা খবা অসুম তম্বীরি অমসুং ঐনা ইরন্নাই উগী চুরূপ হাপ্নবা

উপু (সিগবেৎ কেস) সাই, য়াম্ম ফজগ্রনা পোত্তনি। অমমদা ৰবল অমদা ৮০.ল্লি। অমুক্তদা কনাগুম্বনা ৩৫ নম্ভ্রগা অদুদগী হেন্না লৌবগদি সোয়ন্‌ন খবদি তাবী। কৈনো কৈনো তৌদুনা অদুম হিংনবা হেৎনাব। ঐ দিপাৰ্টমেন্ট অমদনি খণ্ডদে অমদনি খণ্ডদে লৈবশ্বানে অদুবু হৌজিক, নঙনা উবিবসি মণ্ডায় সবকাবনা ঐবু মফমসিদা অমুক থবিবাক্লবসিনি। ফবেনে, নহাক্কীনা কমদৌবা" নঙ হৌজিক্কাদি ষ্টেত কাৰ্ডেশল্লব ফাওবদি ফম কাবল্লগানিনা, ওইদ্রিববো"

"নঙ্ডেদা, মৰূপ অবিবী, মদুদগী খবা ব্রাংবা ফম অমা হায়বকউদনা ঐ প্রিভি কাউন্সিল্লব ওইবা কুইবে। ঐ একমান (বিলাই) অনী অমসু ফংগ্রে।" খুম্নকখি সানোয়বদুনা।

যাঙ্গংবদু খুদক্তা কুচু থোক ওনখি অমসুং মানা লেপ্লিবা মফমদুদা উয়ুংগুম লৈখি লেঙদনা। নোকপগী সকফম অমা উৎপদা মমায়দু ফৈবেং তুবোং চিংলে, মসাদু পীসক পীৰ্কাসিন্না সুংজিনগ্রে, মসাদু কোম্থগ্রে অমসুং মখুত্তগী চেগী উপু মচাদু পায়সিনবদা সুদেক্লে অমসুং মমায়দু খুইজিনখি। মাগী নুপীগী মখদাংদু হান্না সাংবদগী খবা হেন্না সাংদোক্লকখি, নাথানিএলদুনা লেপ্লম্বদগী সাবধানগী মওংদা লৈবৰ্কখি অমসুং মাগী ফুৰীৎ খেংগ্রাওসিংদু কুদাম ফজনা পাক্সিনবা হৌবৰ্কখি।

'ঐ, মহাশয়- পাও তাজবদা নুঙাইজে, তসেংনা হাবওজে। ঐগী মৰূপ অমনা, অঙাং ওইৰ্বিভৈগী মৰূপ অমনা খণ্ডহৌদনা অসুক চাওবা মী অমা ওইবিববা! হী! হী! হী! (নোকপা)

সানোয়বদুনা পীসুম সুক্তোক্কুনা হায়বকই, "য়াবে, পংহেন হোঁঞ্জন্নসু থাগৎলক্কনু' হান্নদগী খোঞ্জেলগাদু ওন্দুনা মওং অমদা ঙাঙলক্লিবদুনা কবিগী" নঙ ঐসে নুংসিত্তুবা থায়নগী মৰূপ্লে, ঐগী ফমদা নঙনা অদুক য়াম্না ব্যাবহাব তৌবগী থোইনা কান্নদে।"

নোৰ্কসিন্নবদুনা অমসুং মসাদু অমুক্ক হেন্না পীকসিন্না তাসীনজবদুনা য়াঙ্গংবদুনা খুম্নৰ্কখি, "তৌববসু কায়দেদা; ওঃ তসেংনমক্কীসু তৌদৌনিদা! ঐখোয়' ইবুঙোনা (মহাশয়) থৌজানবীবা মীৎয়েং খজিক্তং য়েংবিবদা ঐগী পুক্সিদা থৌজাল ঈবীক হীকপিগুম ওইগদৌবিবনি। য়েংবিয়ু, মহাশয়, মানা

ঐগী ঈচানূপা নাথানিএলনি, অমসিনা ননাইগী লোয়নবী লুইসাগনি, মহাক চৌজিক লুপেরান অমা ওল্লে হায়বা য়াবে...।

সানোয়বদুনা মাগী বাদু ওক্লুনা নমহক্লুনা খুম্লিংখিবনি, তৌইগদবসুং য়াঙ্গংবদুগী সকফমদুদা য়াম্না তোম্ছজবা, যেংবদা নুঙাইতবা অমসুং কা হেন্না ধ্যাবহার তৌসিনবগী মমি পাকসন্না তাবদু উরুবদা মহাক তুক্কচচবা পোক্লক্লে। মহাক মমায় লৈখোকল্লে অমসুং মখূৎ তিংখোক্লক্লুনা বিদায় তৌরক্লে।

তিংখোরক্লিবা খূক্লুগী খূৎসা অহুম খক্তদা ওইনা য়াঙ্গংবদুনা পায়রে, মসাদু কোম্ছদুনা খুকমজরগা চিনা মচানা থীক থীক নোকপগুম্না নোক্লকখি হী! হী! হী!

মাগী নুপীনা মোমোন তৌজে, নাথানিএলনা মখোঙদু ক্রু ক্রু নৈবদা চুপা তখি। মখোয় অহুমদু হায়ফম তৌফম খঙখিদে। ❑

# অপরাধী (মরাল লৈরবা মী)

মীওই মিতৌ পীকপা মসাসু পাবা লৌমী অমা বিচার তৌরিবা ম্যাজিস্ট্রেৎ অমগী মমাঙদা লেপ্লি। য়ুংনা য়ুংনা লাংবা ফুরীৎ অমা লীৎলি অদুগা ফি থাদুনা ফোৎলবা খোংগ্রাও অমা সেৎলি, মকোই মওং চাদনা চোম্মী, মমায় চম্মী, অমসুং সাংনা চোমথরক্লিবা পীসূমদুনা খুমখিদুনা মমীত্তু য়াউদ্রবা মাপ্লি অমসুং মাগী মসক্কু উরুবদা অনীরক হন্না য়েংনীংদে, পুম্নমক্সিগী মথক্তা লুফক য়ৈরবা নীংথি নুঙাইনা হাৎপিদ্রবা মসমদুনা মসক্কু য়েংবদা মি (তীন) মপীগুম সাথীনা উই। মখোঙদসু খোঙউপ উপ্তে।

মৎজিস্ট্রেৎনা হংবা হৌরকই, "দেনিস গ্রিগোয়িএভ, সিদা খরা চঙসিল্লকউ অদুগা ঐনা হংলিবসিংসি খুম্মু। হৌখিবা জুলাই থাগী তারিখ তরেৎতা ইভান অকিনফোফ হায়বা রেলবে য়েংসিনবা নূপদুনা পেট্রোল্লিং চৎপদা চামগা নীফুমাতোইগুবা ভর্স্ত অদুদা রেলতালী ফারিবা স্ক্রু অমা হন্দোক্লুনা লৈরম্বা থেংনখি হায়। নঙবু মানা ফাবা মতমদা নঙোন্দগী ফংবা নৎ অদু সীনি। হায়রিবসি চুম্না?

"করিনো হায়বিরিসিবু?"

"অকিনফোফনা পীরক্লিবা পাউ অসি চুম্না হায়বা?"

"হোয়, মানা হায়বিবা থবক্তু ঐ তৌজখি।"

"ফবে অদুদি নঙনা নং অদু হন্দোক্লুবগী মবমদি কবিগীনো?"

"কবিনো হায়বিবিবসিবু?"

"নঙগী 'কবিনো হায়বিবিবসিবু' হায়বা ৱাহৈদু অমুক হায়বক্লনু, অমসুং ঐনা হংলিবসিগী পাউখুম পীয়ু, কৈদৌবগী নঙনা নং অদু হন্দোক্লুবিবনো হায়বা? কবি দবকাব লৈবগী হন্দোক্লুবিবা?"

"দবকাব হায়বা? ঐখোয়দি মদুনা খোই চোপ্পী, ঙা ফাননবা মিসি ওইনৈ। "

"নঙনা ঐখোয় হায়বিবসিদি কনা কনানো?"

"ঐখোয় হায়বদি ময়াম, ক্লিমোভতা লৈবা লৌমীসিং।"

"তাওসে, নৃপা, স্বায়দা অপঙবগা সাসিন্নগনু! তাবা য়াবা ৱা ঙাঙজু, অদুগা মিসিগা হায়দুন ঐঙোন্দা মীনম্বা ৱা ঙাঙগনু!"

মমীং কুফেং কুফেং খপ্লদুনা সোম্থাংননা হায়বকই দেনিসনা,

"ঐ পুন্সিদা মীনম্বা অমুক্তসু ঙাঙজখিদ্রি। মিসি হুন্দ্রবদি কনানা ঙা ফাবা ঙমগদৌবিবনো, যোব ওনব? খোইদা সেল ময়েক মচা অমা নক্লগা বোচ (ঙা মচা মখল অমা) হাপ্লগা হুনবদা মিসি (অকম্বা পোং) য়াওদ্রবদি খোইদু লৈখা য়ৌনা লৃপকনি হায়না খনবিব্রা? ঐবু মীনম্বা ঙাঙঙিসু হায়বিবি!" আস হায়বগা নোকই দেনিস অদুগা মখা তাই, "সেল ময়েক মচানা চোপ্লদি লৈখা তাহন্দনা ইমায়ম মথক্তা চোপ্লবুদি য়াই। বাসকুম্বা, পাইক কুম্বা ঙবিল গুম্বদি লৈখাদা থাকপা খোইচাক্তা থুই, লৈখা তাহন্দনা ঈমায়দা থাকপা খোইদনা গার্ফিস কুম্বা ঙা থুই, অদুগা মখোয়দুসু পঙনা ফাদে। অদুদা, ঐখোয়গী তুবেলাসিদদি গার্ফিসসু অমত্তা লৈতে, মখোয়দি ঈসিং অচৌবদা লৈবা হৈনৈ।"

"নঙনা ঐঙোন্দা গার্ফিসকী ৱাবীগা তৌসিল্লকইবদি কবিগীনো?"

"কৈনো হায়বিবিসিবো? ঐঙোন্দা ঙা ফাবগী মবমদা হংবিখিবদাইনে? ঐখোয়গী অম্বাইদা লৈবা মী লোইনা অদুমহায়না ঙা ফানৈ। মিসি শুন্দ্রবদি ঙা ফাদে হায়বদুদি পীকত্রবা অঙাং মচা ফাওবনসু খঙঙি। অদুবু তসেংবমক্তি মদুগী মবম সৃকখঙ খঙদবা মী লৈতবসু নত্তে, অমসুং মখোদুদি মিসি য়াওদনা ঙা ফাবা অদুম মচংলি। অপঙবা মীদি নিয়মগাসি ইনব নত্তেনে।"

"অদুনদি, নঙনা হায়বিরাসি নং অদু নঙনা ঙা ফানবগী মিসি ওইননবা হন্দোক্লুই হায়বসিনিনে?"

"অদু নত্তুবদি কৈদৌনবা ঐনা নত্তু হন্দোক্লুদোইবা? অদুবু ঐনা থ্রি কাপ্পী সান্নকুগদ্রো?"

"অদুদবু, নঙগী খোইদু লূপহন্নবগী থবক্কুদি মিসি মচেৎ অমা নত্তুগা নোংমৈমন্ন অমনা নত্তুগা যোপী অমনা নত্তুবসু অতৈ কাবনো অমনা সাবা যাইনা।"

"মিসি হাযবিবা পেন্তু উদা পানবা নত্তেদো, মদু পৈসানা লৈকগদবনি হাযবা, অদুগা য়োৎপীদি মদুদা সীজিন্নবা য়াদে। খোই লূপহন্নবগীদমক্তদি নওগী হেন্না ফবা অমা লৈত্রে। মাদি লূমসু লূম্মিদো অমসুং মসাগী অহোব মঙল অমসু য়াউজবেদো।"

"মানা পঙগ্রবা, সকখঙ খঙদবা মীগা সাসিন্নবিবসে কয়াদনোসো নঙ ঙবাংখক্কগা পোকপা অঙাং নত্তুগা অতিয়াদগাদা তাবকপা মীদৌনগা ঙাঙনিনেসে। খঙঙব্রা, হাই গাধা, নত্তু হন্দোক্লুবগদী কবি ফল লাক্লনি হাযবা নঙ খঙদব্রা? সেন্নবিবা চৌকিদাব অসিনা মদু থেংনবমদ্রবদি গাড়ী অমা গুব্বং চত্নুনা মী লোইনা সিবমগদোইনি, অমসুং নঙনা মখোয় মযামদু হাৎলমগদৌরবনিনে?"

"বিষ্ণু, বিষ্ণু, হায়হৈদেদা, য়োব ওনব! ঐখোয়সিবু লাইগা অমত্রা থাজদবা মী ওইনা খনবিব্রা? লাই খুকমদুনা হায়জসি, থোকহনবিদনবা, ঐখোয়দি মী হাৎলুবগী থাদি থম্বু থম্বিখো, নোংমতসু মদুগুম্বা থাখল ফাওবা খঞ্জকদে! হে ঈশ্বব, ঐখোযবু থৌজানবিযু, ঐখোযবু কনবিযু! সাহেবনা অদুগুম্বা থাদুবু কবম্মা হায়বিবিবনো?"

মসাগী হৈনজবী অর্থ লৈতবা মীনোক অমা নোক্লুনা দোনিসনা থাজদবগী মওংদা ম্যাজস্ত্রেৎতা মমীৎ কুফেৎ কুফেৎ তৌনা যেংখি, অদুগা হায়বকখি, "হুম! ওম্বোকপা হাযবদুনি! অসুক কুইববা মতমসি ঐখোয় খুলগী মী পূম্নমক রেলতালীগী নং হন্দোক্লনতা লাক্লবিবনি, অদুবু গাডী গুব্বং চৎপা অমত্তা ঙসিফাওদা তাশ্রব্রা হায়বা? করিগুম্বা ঐনা বেলতালী মসাং অমা লৌথোকখি হায়রো, নত্তুগা তালী মথক্তা উ অমা ফৈনা থমজিল্লি হায়বো,

অদু ওইবা তারবদি বেলগাড়ীদু উলাব লোংবা য়াই হায়বা, অদুবু, হে ঈশ্বর, নং অমগী ব্রাফমদুবু— নোক্তুম নোকচনীংই!"

"অদুবু নংসিং অদুনা রেল তালীদু নাখোক্তনবা ফাদুনা থল্লির্বানি নঙবু খঙদবা জাংলা?"

"হোয়, ঐখোয় মদুফাওবদি খঙজে, অদুনা ঐখোয়না নং পুম্নমক্তুদি লোইনা হন্দোক্তুনা লৌথোক্তিবদুনি, ঐখোয়না মতম চুপ্পদা খরদি খাক্তুনা থমজবম্বনি, ঐখোযনা থবক্তু তৌবদা চেকসিন্না তৌজবনি, ঐখোয় ভাব তাজে।"

দেনিসনা হাকাম চম্রন্মি অদুগা মাগী মচীন মপাদা মখূৎনা ক্রোসগী মওংদা কারন চংলম্মী।

"হাকুম স্বাইদগী পাঙলাপ লাপ্তবা মফম অমদা রেলগাড়ী অমা তালীদগী নাম্থোক্তুনা তাখি। মদু কবম্না থোকখিবনো হায়বদু হৌজিক্তি ঐ খঙলে," হায়বকই ম্যাজিস্ট্রেৎনা।

"করিনো অদোম্না তাকপিবিবদুবু।"

"ঐনা হাযবিবসে, হকুম বেলগাড়ী অমা তালীদগী নম্থোক্তুনা গুকং চংখিবদু কৈদৌবদগীনো হায়বদু হৌর্জিক্ত খঙলে হায়বা।"

"হোয়, সাহেবখোয়দি মদুগুম্বা থবক ময়ামসি খঙননবা লাইরিক লাইস ফজনা তম্বীবক্লবনি, তৌবিবা থোক্লিবা থবক পুম্নমক্তি কমদৌবনো হায়বদু সাহেবখোয়না লোইনা ভাব তাবা ঙম্মিবির্বানি, তৌইগুম্বসুং চৌকিদার অদুদি থবক পুম্নমক লোইনা খঙবা ঙমদবা লৌমীমচানি, মানা ঐবু কোংকী ওকসম পায়দুনা হেক্তা চিংদুনা পুবনি। মী অমা ফাদুনা পুগ হায়রবদি হান্না অচুম অবান খঙদোক্লগা কোন্না ফাদুনা চিংদুনা পুগদবনি। অদুবু লৌমী মচা হায়বদুদি লৌমী অমগী জ্ঞান অদুখক্তমক লৈবনি। ব্রাফমসিমসু ঈসিনবিয়ু, যোর ওনব, মানা ঐবু অনীবক খূৎ থাদুনা ফুখিবনি চীন্দা অমুক অদুগা থবাক্তো অমুক্কা।"

"নঙগী নয়ুমদা থিবা হূম্বা তৌবদা অতোপ্পা নং অমসু ফংখি। মদুনা মফম কদাইব্রাইদা অমসুং করম্বা কান্দা হন্দোকখিবনো?"

"হায়বিবা পোং অসিবু অঙাঙবা উপু মচাদুগী মখাদা লৈরম্মি হায়বা নং অদুবু ওইবব্রা?"

"মদু মফম কদাইদা লৈরম্বনো হায়দুগী মরমদা ঐ করিমত্তা খঙদে, অদুবু পোত্তুদি থেংনদুনা ফারক্রে। মদু মফম কদাইব্রাইদা হন্দোকখিবা নংনো?"

"মদু ঐনা হন্দোকচরুবা নং নংচদে, মদু ইগ্নাসকা হায়বা মমীং নামা তাঙবা সিমোন হায়বদুগী মচানুপা অদুনা ঐঙোন্দ পীরম্বনি। অদুনা ঐনা হায়জখিবা উপু অঙাঙবগী মখাদা লৈরম্বা হায়বদুগীনি, সুমাঙদা কাঙ্কোৎ মনুংদা লৈরম্বা অদুনা মিত্রোফানগা ঐগনা পূন্না হন্দোকমিন্নখিবনি।"

"মিত্রোফান হায়বনা কনা?"

"মাবুরো? মিত্রোফান পেত্রোভনে। মাগী মমীংসি অমুত্তা তাবীখিদ্রিব্রা? ঙা ফাননাবা লাং ময়াম সারগা ভদ্রলোক কয়াদা য়োল্লিবা নূপাদো মানিদনা। মাগী থবক্তুদা মাদি নং ভারি ভারি দরকার লৈবনি। মাগী থাবক্তুদা মাদি নং দজন অমমম হাপ্পনি মাগীদি।"

"মুন্না তাউ! দণ্ডবিধানগী ধারা ১০৮১ দা অসুম্না হায়রিবনি 'কনাগুম্বা মী অমনা তৌগে য়াউনা রেল লম্বীদা অমাঙ অতা থোকহল্লবা, অদুগা মদুনা রেলগাড়ীদা গুরুং চৎপা য়াবা ফীভম থোকহল্লবা, অমসুং থবক্তু তৌরিবা মীদুনা অদুগুম্বা ঘটনাদু থোকপা য়াই হায়নসু খঙলবা'— হায়রিবসিবু নঙবু তারিব্রো? 'মীদুনা মদু থোকপা য়াই হায়নসু খঙলবা' 'অদু ওইরবদি মহাক সোয়দনা অহকপা দণ্ডি ফংজনি।" মদু নঙনা খঙলমদবা য়াই, মদুগী নং হন্দোকপগী থবক্তুনা করি ফল ওইবা য়াবগে হায়বদু। মদুগী ফংগদবা দণ্ডিদি লোই থাবা অমসুং থবক অল্লাবা সূহনবা অসিনি।"

"অচুম্বমক্কি, ঐনা খঙবদগীদি অদোম্মা হেন্ন মুন্না খঙবীবনি। ঐখোয়গুম্বা মীসিদি করি অমত্তা খঙদনা পঙহিং হিংজবনি। ঐখোনা অদুগুম্বা ব্রাফম ময়ামদুদি করম্না খঙজরুগনি?"

"পূম্নমকসি নঙ লোইনা নীংথিনদি খঙজি। নঙ মীনম্বা ব্রা ঙাঙলি অমসুং কৈসু খঙদবা সাসিন্নরি।"

"ঐনা কৈদৌবগী মীনমজগদৌরিনো? ঐবু থাজবিদ্রগা ঐখোয়গী খুন্দা লৈবা মীপূম খূদীংদা হংবিয়ু। খোই চোম্নদা মিসি হুন্দ্রবদি রোচ হায়বা ঙাদু নত্তনা অতৈদি কৈদৌঙৈদসু ফাদবনি, মিসি হুন্দ্রবদি গদজন (ঙা মখল অমা) ফাওবা কয়া থুদবনি।"

"হৌজিক নঙ গার্কিসকী ৱাবীদু অমুক হন্না তৌবক্কদৌবেনে!" অসি হায়রগা ম্যাজিস্ট্রেৎনা মোমোন তৌই।

"ঐখোয়গী ভুরেন্দদি গার্কিসতি লৈতেয়ে? মিসি হন্দুনা খোইদু লূপথহন্দনা তাওন্দুনা খোই চোপ্লবদি ঐখোয়না কবিগুম্বা কান্দা পর্চকুম্বা ঙাগাদি ফাই, অদুসু পঙতোয় তোয়বজাৎ নত্তেদা।'

"হো, নঙগী ৱাদু লেপ্লো!"

ঙাহাক চেক মোক লাওনখিদে। অহানবদদি দেনিসতু মখোঙ নামতনা লেপ্লম্মি, অদুদগী মখোঙ অমদুনা অমুক সিন্দুনা লেপ্লে অমসুং তেবললোমদা মুন্না যেংদুনা লৈবম্মি, মমীক্তু তন্দন শাইবদৌনা ঙৈহাক লৈতনা ভোয়না ভোয়না কৃপ্লম্মি, মমাংদা লৈবিবা তেবল ফিদা অসংবা মচুদু মানা উবা ঙল্লমদে। ম্যাজিস্ট্রেৎনা য়াম্না থুনা লাইবিক ইবম্মি।

"ঐ নঙবু ফবগা জেলদা থাজিনবা তাবে।"

দেনিসতু মমীং কুফেং কাফেং ঙাহাক লৈতনা কৃপ্লম্বদু তোকপ্লে, শীসূম অসোঙবা অর্নাদু থাক্কৎলকলে অমসুং ম্যাজিস্ট্রেৎতুদা কবিগুম্বা খবা খঙনীংবগী মওংদা যেংদুনা লৌখিবম্মি।

"জেলদ' থাজীনবীগনি হায়বিরিবসিবু কমদৌবজাৎনো'? যোব ওনব, ঐদি থবক য়াম্ন' চীঙবা মীনি! ঐ হৌজিক মেলা মফমদা চৎলগা গ্রিগোবদা মানা থাউ লৌখিবগী তোনখিবা কবল অহুমদু লৌসিঙককগাদবনি।"

"ৱা ঙাংগনু' ঐঙোন্দা ৱা মবক থৎলক্কনু!"

"ঐবু জেল চঙদৌবিবা! চঙফম থোকপা মবম লৈববদি চঙবসু ময়াই, তৌইগুম্বসুং, ঐনা হিংজবিবা পুক্সি খূৎহিং অসিদবু কা'বগী জেল চঙগদৌবিবনো, মবম লৈব্রা'? ঐনা কনাগী মপোৎ হূক্কবসু লৈজদে, ঐনা কনাগুম্বা মী অমগসু য়ৈনা-সুনকবসু লৈজদে। ঐনা ভাবা পীবগী মতাংদা সহেবনা খনবিরিবদু ওইবগনা, বেইলিফনা (গোমস্তা) হায়বিবা খূদিংমকসু থাজবীকগনু। ভদ্রলোক অমদা হেক্তা হংবিয়ু, মদুগী বেইলিফ অদুদি হুবানবনি, সার!"

"ৱা ঙাংগনু!"

সোম্বাংননা হায়জৈ দেনিসনা, "ঙাঙজববোই। ঐনা হায়জবিবসু সোয়দ্রবনি, ঐ ভাগবত পায়দুনা ৱাসক্তুনা হায়জগে বেইলিফ অদুদি মাগী

হিসাব পাসাব লোইনা সেরান তুরান সেমদোকপনি। ঐখোয়গী ঈমুংদা ইচীল ইনাও অহুম নৈবনি কুজমা হায়বা অমগা, গ্রিগোরি হায়বা অমগা, ঐ ইসাগা ...।"

"নওসে ঐনা ঙাঙলিঙৈদা ওথ্বোক্লা মরক থৎত্রেদা। হায়, তারিত্রা, সিমোন! মসিগী নূপাসি পুথোকখো।" লাওরকখি ম্যাজিস্ত্রেৎনা।

পেতি ফাবা সিফাই অনীনা দেনিসপু ফারগা কাদুগী মপান্দা পুথোকখিবদা মানা মতোমদা হায়জখি, "ঐখোয়গী ঈমুংদা ইচিন ইনাও অহুম্নি। ঐনা ঐগী ইয়াম্বগী দায়ি পুবা য়াবা পোৎ নত্তে। কুজামানা মাগী সেন্দোন সীংদ্রগা দেনিস ঐনা দশা তাবা! নখোয়না নখোয় নসাবু বিচারপতিনিগাসু হায়জরি! ঐখোয়বু মতম অমদা ফজনা য়েংসিনবিরম্বা জেনেরেল (সেনাপতি) অদু হৌজিক্ক নৈরম্বা তারবদি নখোয় বিচারপতিসিংসি মানা নথৌ ফজনা তৌহল্লমগদৌবনি। নখোয়সি খরা ভাব তাফম থেকপনি , অমসুং মথোঙ মরম খঙদনা ঙাওরি ফৈরি ফাদোক পীরোইদৌবনি। মসানা দণ্ডি ফংফম থোকপা নৈরবদি লীচৈনসু ফৃ হায়বা...।" ❑

# তৃমিল্লৈয়ু লাওনু !

খববগী পাউপীবা ওইবা ইভান ক্রাম্নুকিন কয়া অদুক মমীংচৎপা পাউমীমক্তি নওে, যাইমবপ্পনি, মহাক মতম পৃম্বদা ময়ূমদা অহিং থেঙনা য়ু ঙাওদনা, চীংলেম্মা অমসুং ৱাখল লুথনা খন্দুনা হঞ্জিল্লকল্লি। মাগী সকফমদু য়েংবদা ধানানা থিবা লাক্কদৌবোই খনবগী চিংনবা নত্তুগা মতোমতা অস্থাঘাত শ্রৌজনীংবগী মায়থোঙদৌনা উই। মাগী কা মনুংদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্বদগী লেপখি, মখুৎনা মকোক্তু স্রু স্রু নোইবদা মসমদু ইফা ফাই, অমসুং লাএর্তেসনা মচল নৃপী সিখিবগী লমন খুম্নীংবদা ঙাঙখিবা থোঞ্জেল অদুগুম্না হায়রকই- "ঐগী ৱাখলসে চরাঙনবে, ঐগী থৱায়সে আঃ লকানুং যৌনা ৱারে, অদুম ওইনমক ঐ ফম্নগা কারিগুম্বা খবা ইগোদি খল্লি! অদুবু মসিনি হিংবা পুন্সি হাযবসে!" অইবা মী (লেখক) অমগী আত্মাদা মতম পৃম্নমক্ত অৱাবা ওইহল্লিবা তায়োম্নবা থৌদৌ হাযবদি মহাক্লা মথ্বাই নুঙাইতবা মতমদনা ভাবোকপু নুঙাইহনবা অমসুং মথ্বায় নুঙাইবা মতমদনা ভাবোকপু মমীত্ত মপী তাহ্নবা ওম্বগী ৱাখল পৃম্নমকসি ফোঙদোক্তুনা বর্ণনা তৌদুনা কনগুম্বা মী অমত্তনা ইথোরক্লিবসি করিগীনো। উম, ঐদি থৱায় হৱাউদুনতা লৈফম থোকই অমসুং কনাগুম্বা অমত্তগী খন্দবা তাই অমসুং অৱাবগী চৈথেং ফজনা ফংলবদসু লৌসিং তানা

লৈবা তাই, ঐসিনা হকচাং ঙমদ্রবা ফাওবা, ঈচা সিগদৌববা ফাওবা, নূপীনা (ইতূনা) সাথীনা অৱাবা ফংলবা মতমদা ফাওবা।"

ৱাহৈসিংসি ঙাঙনা ঙাঙনা মখূদুম সীংদুনা নীকই অমসুং মমীত্তু ঙোবোং ঙোবোং ওনখত্তুনা য়েংই। অদুগী তুংদা মহাক তূম্ফম কাদা চঙখ্রগ' মাগী নূপীবু হৌদোক্লুই।

"নাদিয়া" কৌকই অদুগা হায, "ঐ কবিগুম্বা খবা ইগে তৌবি। মী লাওহল্লকনু। অঙাংসিং লাঙলবদি নত্ত্রগা বুজাবিদুনা নাখোক্লক্লবদি ঐ লাইথিক ইবা য়াদে। অদুগা হোবেনৱাই ঐঙোন্দ চা অমতংগা— আ অদুগা য়াযবদি বিফস্তিক (সনসাগী চীঙ্গাক মখল অমা) পীবকপসু কাওগনুকো। নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি চা য়াওদ্রবদি ঐদি ইবা ঙমদে হায়না। চা খক্তুননি ঐবু থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তল হাপ্লিবসে।"

মাগী কাদা চঙলক্তুনা কোৎ, ৱাসগাৎ (ৱেস্তকোৎ) অমসুং খোঙচুপ লৌথোকই। মফি মবোল হোংদোকক্লিঙৈদা ৱাখল কযা খল্লি, অদুদগীদি মবাল লৈজদবা মীনা থম্মোয়দা ৱাবৌখিবগী মওংদা সকফম হঞ্জিন্দুনা তেবলদা চঙদুনা ফম্লে।

নুংতিগী তোযনা সীজিন্নগন্দবা পোৎসক অমত্তা তেবল মথক্তা তাদে। মাগী মনাক্তা লৈবা পোৎ পূম্নমক, পোৎ মচা অমফাওবা, লোয়না মবম অথ লৈবা মাপ্লি অমসুং মাগী মাগী মথৌ অমমম পাঙথোক্তদবা মাপ্লি। স্বাইদনা অফাওবা অইবসিংগী থবাক ফাওবদমক ওইবা মূর্ত মচাসিং অমসুং ফোতোসিং, অম্বাইদনা খুৎই লাইবিক (মেনুস্ক্রুপ্ত) মপৈ অমা, বেলিনাস্কগী লাইবিক কযা মদুগী মনুংদা লাইবিক অমদি চেনা অমা থেকচিল্লি, মূকফূ থম্ফম ওইনা সীজিন্নবা কোক্কী তুম্বাগী মনীংথংবা মচেৎ অমা, কাবক কাবক থূপচিনবা খববগী চেনা অমা মদুগী কলম অমগী মথক্তা ঈাগোক মচুগী পেন্সিলনা অচৌবা খুৎইদা 'থিবাংদা' হায়না ই। মনাক্তুদা মচীন ঈৎপদা ঙায়বিবা পেন্সিল দজন অমা অমসুং অহনবা কলম কযা য়াওবা পেনহোলদব কয়া অমসু লৈ—পূম্নমক অসুম্না থৌবাং লাঙলিবদু মাগী প্রতিভাগী ফজববা ঈচেলনা মকোক মনুংদা চেম্বৱক্লবা মতমদুদা অৱাৎ অপা লাক্তুনা মাগী থবক্ত অপনবা থোক্তনবগীদমক্তনি।

লোংনা হীপখি ক্রন্সকিন মাগী অরাম চৌক্রিন্দুদা অমসুং হীরম অমগী মতাংদা ব্রাখলদা লৃপ্তুনা লৈখি। সামোভর মৈ থাগৎনবা হোৎনবদা মাগী নূপীনা ফেনাৎ তোংদুনা ফদ্রৎ ফদ্রৎ কোয়চৎ চৎপগী মখোলদু মানা তায়। মতমদুদা মাগী নূপীদু তৃমসীৎ ফাদ্রি, মানা খঙজবী ফাওবদা, মরমদি মাগী নূপীগী মখূত্তগী সামোভাবগী মখূম নত্তগা মখোঙ অমা নাম্থখিদুনা লৈবাক্তা তাখিবা তত্তনা তৌই। সামোভারগী ফী ফী কান্বা মখোল অমসুং সা থাউদা তাউবগী মখোন্দু মাগী মনাকোংদা খূদক্তা তারকখি। মাগী নূপীদু সামোভরদা থাননবা সীং খায়বসু লেপ্তে অমসুং মৈফৃ মনাক অদ্বাইদা কোক-কাক কোক-কাক পঙয়েদা য়ৈ—অমুক্তা মৈফৃগী মখোঙ গম লাওনা থিংজিনবগী, অমুক্তসু মৈ লৈখৎ-লৈথ তৌননবা মরৈগী মখোল অদুগা অমুক ফায়ার বোক্স মখূম খুমজিনবগী মখোল। খূদক্তা খঙহৌদনা ক্রান্সকিনগী মসা থক-থক নীকখি, পাখত্তুনা মমীৎ লাউনা পাঙখোকখি অমসুং মনাতোন্দা সূৎ-সুৎ চিখত্তুনা মনম নমখি।

ময়া কাথোক্তুনা নুংসাসোর হোল্লি অমসুং হৈনেদবদগী মমায় সুগৎলগা হায়রকই "বিষ্ণু বিষ্ণু! মৈতাল চাকপগী মৈখু মনম্লিদনা!" 'মৈখু মনম শুক্তা শুইবে!' মীগী অৱাবা খঙদবী লমহেনবী নূপীসিনা ঐবু সোর ফুলহন্দুনা হাংকে হায়না খল্লমাল্লেনে! "ও তারিব্রো, হরে কৃষ্ণ, সুমহায়না তৌরবদি ঐ করম্ব লাইথিক ইবা শুমগদৌরিবনো?"

মহাক্তা চাকসঙদা ফৎ চঙসিনখিদুনা মাগী নুঙাইতবা অৱাবা ময়ামদু পাউদম্লবে। অদুদগী হৎ হঞ্জিল্লক্তুনা মাগী অবাম চৌক্রিদা ফমদুনা, লেঙদনা মাগী হান্নাগী অৰুবা ব্রাখলদু খন্দুনা লৃপ্তুনা লৈরবা মতমদুদা মাগী নূপীদুনা খূনীং কাঙনা কাঙনা থীন্দনা চঙলক্তুনা চা কপ অমা পুসিল্লকখি। মহাক মচী লেঙদে, মখূৎ খূৎসাসিংদুনা পূং খৎপদৌনা মরাইবক্তা খত্তুনা লৈ অমসুং মতৃনা চঙলকপদু খঙসিন্নদবা সাই। মরাল নৈজদবা মীনা থম্মোয়দা ব্রারৌবগী সকফম অমুক লৌখি।

কনগুম্বা অমনা ফজবা হূমাই অমা খূদোল তৌবিরকপদা লৈসাবী মচানা তৌবগুম্না, মাগী ইরিবা পোত্তুগী মমিং (তাইতল) ইদ্রিঙৈদুদা ফনা কুইনা কেথদুনা লৈ, মসাবু মমল কাউখৎহন্নবগী মতাগুম। মদুদগী মখূৎ অনীদু চিরাইদা পায়রগা মসাদু তুম্বক তাসিল্লি অমসুং অনাবা ফরকপদা তৌবদৌনা

চৌক্রি মাখাদা মখোঙ অনীদু চিংসিল্লি অমসুং হৌদোংনা সোফা মথক্তা কূল্লগা তৌবদৌনা মমীত্তু তন্না তম্খায় খক্তং পাঙথোক্লুনা লৈখি। কাইনথঙদা তন্দে মান্দে তৌনা কলম থস্ফমদা মখূৎ লামথোক্লকখি, অমসুং বিচারপতিনা সিবগী দণ্ডি পীবগী হুকুম ইরমদাইগী কলেজাদুগা লোয়নননা মানা ইরিবা পোত্তুগী মমিং ইরে –

'ইমা, ঐ ঈসিং থক্লিংঙে!' হায়না মচানূপানা লাওরকপগী খোঞ্জেল মানা তারকখি।

'তূমিল্লৈয়ু! বাবা লাইরিক ইরি। লাঙগনু!' হায় মমানা।

বাবা লাইরিক কন্না ইরি, সূপ্লেপ লেপ্তে, ৱাহৈ অমত্তা ককথত্তে, চেনা কাঙথোক্লবগী মতমফাও লৈতে। অফাউবা অইবসিংগী মূর্ত্তি তম্খাইসিং অমসুং ফোতোসিংদুনা মাগী কলমনা জ্ জ্ থুনা চৎপদু য়েংলি অমসুং মখোয়না অসুম্না খল্লমগদবা মাল্লিঃ " আহাঃ, ইনাও! ইথৌ, অদুম ইথৌ!"

'লাঙগনু!', কলমগী খোঞ্জেলনা হায়রকই।

'লাঙগনু ! তূমিল্লৈয়ু !', অইবগী খূকউনা তেবলদা থেংলুবগী নীকপদুদা তেবল মথক্কী মূর্ত্তিসিং থেংজিন্নবদা থোক্লকই খোঞ্জেল।

ক্রাস্নুকিন খূদক্তা লেপখৎলি, কলম থম্মি অমসুং মখোলদু মুন্না তায়। খোঞ্জেল অনেম-অৱাঙ লৈতনা তাবদা গোরো-গোবো লাওবা মখোলনি। মদু মখোয়গী ময়ূমদা তাংদুনা লৈবা ফোমা নিকোলাইৎচনা থংনবা কাদুদা লাইসোন সোন্দুনা লাই খুরুম্বগী মখোলনি।

মাবু কৌরগা ক্রাস্নুকিন্না হায়, "তারিব্রা! লাইসোন্দু খরা তূমিন্না সোনবা য়াদব্রা? ঐ লাইরিক ইবগা অমতা য়াদ্রে।"

কিজনা খুন্নকই ফোমা নিকোলাইৎচনা, "সাওবিনু, ৱারৌবিনু।"

"লাঙনু, তূমিনলৈয়ু!"

লামায় মঙা ইবা লোইরবদা ক্রাস্নুকিন তীংলি য়াঙলিরগা ঘড়ী য়েংই।

"বিষ্ণু বিষ্ণু!' পূং অহুম তারম্মেদনা ' ঙাঙজে মতোমতা। 'মী পূম্নমক লোইনা তূম্ন-হীপ্নব্রে; ঐদা ঙায়রে তূমদ্রিবা, ঐ ইতোমতা ঙায়রে থবক চিল্লিবসি!"

মসা পূমতেক তেল্লা চোকথরদুনা, মঙক্তু নাকন নামদা চেপথরদুনা তূম্ফম কাদা চঙখ্রে অমসুং মাগী নূপী হৌদোক্লুই।

'নাদিয়া, ঐ চা অমত্তংগা থকখিগেবা! ঐসে - ঐ হকচাং য়াম্না চোকথরে' চোকথরবা খোঞ্জেলদা হায়রুই।

পূং মরী তাদ্রিফাও মহাক লাইরিক ইদুনা লৈবনি, অমসুং পূং তরুক তাবফাওসু অদুম মইনিংবনি, তৌইগুম্বসুং মাগী ইগদবগী মচাক্তু লৈত্রে, লোইথোকখ্রে। মথরায় পান্দবা পোৎসিংদুগী মমাঙদা মহাক্লা মাগী মরৈ-মরা চাউজবা অমসুং কলেজ্জা উথোকচবা, মদু তৌরুবদা মফমদুদা মাগী মথক্তা ফৈ-ফত্তে হায়বিনবা কনাসু লৈতবা, মাগী ককচেং মহুম্মুক্তা চাউবা ঈমুং-মনুংদুগী মথক্তা অসূপ্পা মপূ ওইদুনা ওৎপা-নৈবা তৌজনবা নোংদম্বনা থাবীরকপা, পূম্নমক অসিনা মাগী পুন্সি হিংবগী নুংঙাইবা মহাও অমা পীবিরি। ময়ূমদদি হিংচাবা মচা, নিংথৌ অমা সাজবা মীসক অসিনা, ঐখোয়না খবরগী ওফিসদা চৎলুবদা ঈতৎ তত্তনা উরিবা অদুনি, মাগী ওফিসদা লৈবদদি কয়াদা পীকত্রবা, তোনখ্রবা, ৱাঙাঙবগা ঙমজদবা, সোনখ্রবা মী ওইরিবনো!

ফমুং চঙখিবদা মানা হায়খি, "ঐসে ওহ্মোক্লা ৱারে, তূম্বগা য়াগদৌবা মান্দ্রে। ঐখোয়গী থবক্তে হায়দনা তৌরিবাসিনা নরক তাবগা মান্নরবা পোৎ ওইনা হেক তৌরদনা, মীনসু সীংথবিদবা ৱানা ৱারিবা, মীনাইদা মীনাইদৌনা থবক তৌবা তাবা, থবক অসি সূবদা হকচাং থোইনা ৱারুবদি নত্তে, ৱারিবদি কোকসিনি। ব্রোমাইদ দ্রোপ খরা থকচিন্দ্রবদি য়ারোইদৌরে। লাইনমক খঙনি! ঈমুং-মনুং নূপী-অঙাংগী খন্দুনা তৌবগী ৱানি, অদু নৎলমদ্রবদি মসিগী থবকসি নহান্না লাক্নুনা লংথোকখ্রগদবনি! অসঃ, সুমহায়না মীগী থৌদা মখা পোন্না ইবগী থবক তৌবসিদি ওহ্মোক্লা ৱাস্ত্রবজাৎনি।"

মহাক য়াম্না নুংঙাইনা তূমখুন হুন্না তূমথখ্রে, অদুগা নুংখিল পূং অমা অনী তাবা ফাওবা তূমদুনা লৈখি । ওহ্মোকপনি, মহাকসিনা করিগুম্বা অফাওবা অইবা, নত্তুগা সম্পাদক অদু নত্তুগা চুম্নগী লাইরিক ফোঙবা মী (পব্লিশর) অমগা ওইরম্বা থোক্লবদি মহাকসি কয়া সাংথনা মসিদগী হেন্না তূমথরমগবা, করি মমঙগা মঙলমগবা!

পাখৎচনা মাগী নূপীনা খোঞ্জেল তপ্পা হায়জৈ, "ওরাং অহিংচৃঙ্গা অমা মাদি ইদুনা লৈত্রবনি। নখোয় লাও-লাক্কনুকো!"

কনা অমত্তা বা-লাং ওাওবা, নত্ত্রগা খোঙথাং কন্না থাংবা, নত্ত্রগা মখোল অমত্তা থোকপা ওম্মখিদে। মাগী তৃম্বদু থৃগায়রুবগা য়াপোৎ নত্তে, অমসুং মদুদা থুগাইরুবা মীদুদি লোইরে।

'তৃমিল্লৈয়ু! লাওনু!'- বাহৈসিনা অমেওবা ঈপোমদা ঈমুংগী কচিন কোয়া থুংনা সন্দোকখি। ❑

# লুহোংবগী পোৎলোইঃ (ত্রোসু: The Trousseau)

থায়না ঐখোয়গী মতমদা ঐনা উখিবা য়ূমসি য়ামশ্রে - অচৌবা কয়া অমসুং অপীকপা কয়া, নুংনা সাবনা কয়া অমসুং উনা সবনা কয়া, অমনব' কয়া অহনবা কয়া অদুবু ঐনা উখিবা ময়াম পূম্নমক্কি্দগী খ্বাইদগী হেন্না পৃক্লীংদা কাউবা ওমদনা নীংসিংলির্বাদ অমখক্তংনি।

ঐনা হায়বিবা য়ূমসি তসেংনমক্কীদি য়ূম কৌবা য়াদবনি, মদু নেমত্রিক নেম্বা অপীকপা খাংপোকসঙ অমনি, থোঙনাও অচুম শাল্লি য়ূমদু, য়েংবদা নাইটকেপ উপ্পী মনম পোনবী হনূবীমচা অমা য়াম্না মাল্লি। মাগী ফক্লাংসিংদু অঙৌবা মচু তয়, য়ূমথক্তুনা খাপ্রানা (তাইল) কৃপ্নি অমসুং মৈখূ উতোং (চিম্নি) অদুনা কীখ্রবে, অমসুং য়ূম্নদুগী মপূবোক, পুবেন্নাককপা ময়াম্না থাবীবম্বা কল্রংচক, চিগোংলৈ অমসুং পোপ্লার (অৱাংবা উপাম্বী মখল অমা) শাম্বীশিংগী মসা-মৱেংনা পূমউপ উক্লিনখ্রে য়ূমদু। উপান-ৱাপাল কয়া কুংনা হৌদুনা খঞ্জিনখিদুনা য়ূমদু মসক উবা ফংদ্রে অদুবু মদু উকরবদি অপীকপা শহরগী য়ূম মচা অমনি হায়দবা ওল্লোই। য়ূমদুগী অচৌবা ইংখোলদুগী শরীং ইন্না অপাকপা অসংবা ইংখোল কয়াসু লৈ, অদুনা মবম ওইদুনা লম্বীদু মোক্কো স্ত্রীত কৌই।

অশীকপা য়ূমদুগী থোঙজাওসিংদু মতম চূপ্পদা থিংদুনতা লৈ; য়ূমদুদা লৈরিবা মীসিংদু ঙানবগা হৈনবজাৎ নত্তে। মখোয় মঙানগী দরকার লৈতে। য়ূমদুদা লৈরিবা মীসিংদু নুংসিং অসেংবা পামদবনা থোঙনাওসিংদু মতমচূপ্পদা লোন্দুনতা লৈ। করুংচাক, চিগোংলৈ অমসুং বর্দোক পাম্বীসিংগী মনুংদা লৈবা মীওইসিংদি প্রকৃতিবু কয়া থৌওই-ৱাওইদে; কালেচ্ছা মতমদা কোয়বা লাকপা মীসিংতদা ঈশ্বরনা প্রকৃতিগী ফজববু খঙদবা থাগৎচবা ঙম্নগী শক্তি পীনবীরম্বসি। মখোয়গী মফমদদি মী অতৈসিংসি সাধীনা খঙদনা লৈববা মী ওইনা লৌরি। মখোয়না লৈরিবা মফমসি মমল মগুন মখোযনা খঙজদে। ঐখোয়গী লৈজবিবা পোৎ ময়ামসি মখোয়না করিসু খল্লুদ্রে, মদু ঐখোয়না পাম্মু পামদ্রে। য়ূম অদুগী মপান্দা উচেক ঙাক্তুনা খুন্দাবা মালেমগী স্বর্গগুম্লবা উপাল-ৱাপাল হৌবা মফম অমা লৈ; অদুবু অৱাবনি! কালেচ্ছাদা মদুগী মনুংদা চঙবদা সোর ফুল্লি অমসুং সাই, অদুগা নিংথমথাদনা টর্কিস বাথতা ঈকক্সবগুম লুম্মু লুম্মু সাই, হুকচাংদা অতনবা পোকহল্লি, ওঃ ওম্মোক্লা হৈনখিদ্রবজাৎনি!

চহী কয়াগী মমাঙদা ঐনা থবক অমা লৈদুনা য়ূম মচা অদুদা চৎলুই। য়ূমদুগী মপূ কর্নেল চিকামাসোভনা মাগী নূপী অমসুং মচানূপীগী মফমদা চিঠি অমতা পীবিরুচো হায়দুনা চৎপনি। পুস্কিগী অহানবা ওইনা কোয়কব্বা থৌদোক্তু ঐ ময়েক সেংনা নীংসিংলি। মদু ঐ কৈদৌঙৈদা কাউবা ঙমদ্রবোই।

কবিগুম্বা অদোম্মা য়ূমজাও কা অমদগী পার্লরবোমদা চঙাসল্লুবা মতমদা মদুদা লৈরম্বা চহী নীফুরোম সুরবী মসা মউ ফবী নূপী অমনা অদোম্মা চঙলকপদা ঙক্তুনা অমসুং কিদুনা য়েংলকপগী দৃশ্যদু অমুক্তা চিংসিন্দুনা যেংবিয়ু। অদোমসি 'সকখঙদবা অতিথিনি', 'নাহা পাখঙনি' হায়বা ৱাফম অসিখক্তংনা মাগী অঙকপা অমসুং পাখৎপদু পোক্লবগী মরম অদুম মওইজরে। অদোমদি খৃত্তা য়োখোক নক্তুগা সীংজং নক্তুগা রিবোলবরগা অমত্তসু পায়রকপা নত্তে, অদুগা অদোমদি মোযোনসু নোক্তি মায়থোঙদা, তৌইগুম্বসুং মানা অদোম্মু য়াম্না পাখৎনা কৌরকপা (স্বাগত তৌবা) অদুগী মওংদু অমুক্তং খন্থবিয়ু।

"ঐগীদা লেঙবিরক্লিবা মহাশয় নহাকপু কনা ওইবিরবনো?" খোঞ্জেল নীক্না হায়রকই নূপীদুনা, অদুগা অদোম্না খঙবিরে মহাক্তি চিকামাসোভগী নূপী সোয়দনা ওইরম্ননি হায়বা।

ঈসাগী সক ঈসানা তাকচরে অমসুং লাকপগী মরম হায়রে। ওক্রম্বা অমসুং কিরম্বদু ফখিদুনা নুঙাইবগী অহৌবা খোঞ্জেল ঋাঙাংতনা খোম্থাং য়েন' চংশ্রে-য়মজাও কাদগী পর্লরদ', পার্লরদগী চাকচাভম কাদা, চাকচাভম কাদগী চাকসঙদা, অদুদগী পোংথফম কা মচাদুগী মনুং য়ৌনা। হবাও নুঙাইবগী নাহৈগী খোঞ্জেলতনা তোঙান তোঙানবা সুরদা খোম্থাং য়ৈদুনা য়ুমগী মফম খূদীং থুংনা নিনখি। মিনিট মঙাগী মতুংদদি, ঐনা পার্লর মনুংদা চাওরবা অমোনবা ফোঙ-ফোঙ সাবা সোফা অমদা ফমদুনা লৈবা মতমদুদদি মোস্কো স্ত্রীত সীনবা থুংনা লাঙনবগী মখোল তাবে।

কা মনুংদ্ধ ফি কর্পুর মনম হা-হা নম্মি অমসুং ঐগী নাকন্দা থারিবা চৌক্রিদুগী মথক্তা ফি মচা অমনা য়োমদুনা লৈরিবা অহনবা খোঙঙুপ জুরাদুগী মনমসু কন্না ফাউরকই। থোঙনাওগী কম মথক্তা স্তিলগী চফ্সিংগী মরক্তা মশ্লিন ফি মচেৎ মচেৎসু তাদুনা লৈ। মদুগী মথক্তা অতনবা হয়িং ময়াম চক্তুনা লৈ। ফক্কংদনা মিংসেল চনবা, মতোন্দা মচেৎ অমা কায়রবা, বিসোপ অমগী ওইল-পোর্ত্রেইত অমা থেক্তুনা লৈ। বিসোপকী লাইদুগা হেক থংননা চম্প্রা মচু মান্না হঙ্গামপান চঙবা মচুগী, যেংবদা জিপসী (বেগাবোন্দ) সক্তা মানবা মপা-মপু কয়াগী অয়েকপা লাইসিং থেংলি। তেবল মথক্তনা থিম্বল (দর্জিগী খূদোপ) অমা, লং-সুত লংচাক মকোল অমা অমসুং তল্খায় অমা ফোংলবা খোঙমোজা অমগা তাদুনা লৈ। লৈমায় মথক্তনা পোষাক তুননবগী নমুনা (পেত্তর্ন) ময়ামগা তুবা লোইসিন্দ্রিবা নূপীফূরীৎ অমুবা অমগা তাদুনা লৈ। থংনবা কা অদুদনা তফিং তফিং ইপা-পাখংনা হনুবী অনীখক্লা লৈমায় মথক্তা চাইদুনা লৈরিবা পোং ময়ামদু খোমজিনবা লাক্করি।

হনুবীদুনা হায়বকই "ঋারৌবিবা য়াদে, কাসি য়াম্না চাইশ্রে।"

য়ুম্ব নূপীদুনা ঐঙোন্দা ঋারী সানা সানা তৌফম খঙদনা চমম্বনা তুংলোমদা লৈরিবা থোঙ অদোমদা হনূবী অনীদুনা পোং লোইসিল্লিবা মায়কৈ

অদোমদা য়েংই। থোঙজাও অদুসু খোয়দৌ সাউগৎলত্রা করিনো খরা অমুক কাথোক অমুক থিংজিন তৌদুনা লৈ।

মেদাম চিকামাসোভনা থোঙদুদা ওসিন্দুনা হায়, "করি তৌগে হায়রিনো নঙবু?"

নুপী মখোয় মসেল, ঐনা খঙখিদনবগী মওংদা, ফ্রেঞ্চ লোন্দ বা খরা ঙাঙনখি।

মেদাম চিকামাসোভনা মমায় ঙাংতক ঈকাইখিবা সকফমদুদগী ঐনা খঙবা ঙমখিবদি, 'ঐখোয়সি ফ্রেঞ্চ লোন ফজনা ঙাঙবা ঙম্লেকো!' হায়না মপুক্লীংদা খঞ্জবা ৱাখলদুনি।

থোঙজাওদু খুদক্কুদা হাংদোক্লকখি অমসুং চহী তাবামাপল্লোম সুরগদবী, মস্লিনগী ফি সেৎপী সনাগী পেন্তি ফাবী লৈসাবী অমা চঙলক্কুনালেপ্লে,-ঐনা নীংসিংবদা কোক্লেং মকুনা সাবা হুমাই মচা অমা মাগী পেন্তিদুদগী য়াম্লে। চঙলক্কুনা মহাক ফমথে অমসুং ঈকাইবা মতৌ মাপ্পা লৈ। মাগী ঈকাইবা হৌরকপসি হয়িং মথী হাইফেৎ কাবা মাগী অসাংবা মনাতোন্দুদগী ওইনা তৌই, অদুদগী ঈকাইবগী মচুদু সন্দোকখিদুনা মমীংলোমদা, অদুদগী কোক্কী চিরাইবোমদা চৎখি।

মেদাম চিকামাসোভনা হায়রকখি, "ঈবেম্মা, সিদা ফম্লিবসি মনেচকা হায়বদুনে, মহাকসে পাখংনে অদুগা— "

ঐনা ঈসা ইতোমতনা মঙোন্দা সক্তাকচখি অমসুং মফমদুগী অকোয়বদা ফি মচেৎ ময়াম লৈবদুদা খঙনীংদুনা হংখি । মমাসু মচাসু মমীং হঙ্গনা য়েংদুনা তুকথখি। মমাদুনা খুল্লকখি, "এসেম্মন নুমীত্তা (হোলি থর্সদে) ঐখোয়গীসিদা মেলা অমা তৌই, মদুদগী ঐখোয়না পোৎ ময়াম অমা লৈহৌবগা মথংগী মেলা অমা য়ৌরক্লিঙৈগী মনুং অসিদা ঐখোয়না ফি তৃদুনা লৈ। তৃবগী থবকসি ঐখোয় ঈরেপ লেপ্তে। ঐখোয়গী পিটরনা ঐখোয়বু ঈয়েং য়েংসিনবিদে অদুনা ঐখোয়না কেথোক মৌথোক্লা লৈবা ঙমজদে। ঐখোয় ইসাগী ফি-বোল ঈসানা তৃজবা তাই।"

"অদুবু অসুক য়াম্না ফি ময়ামসিদি কনানা সেত্তোইনো ? সিদা লৈরিবদি নখোয় মী অনীখক্তনি!"

"এঃ ফি ময়ামসিবু ঐখোয়না সেৎকদবোই খনব্রা? মখোয়সিং অসিদি ঐখোয়না সেৎকদবা নত্তে, মসিদি কন্যাগী পোৎলোই হায়বা পোত্তুনে।" হায়: ইমা, অদু হায়রুরিদো করিগীনো? করি ব্রানো নঙনা ঙাঙলিদো?" ঈকাইবদুনা মচা নূপীদুনা হায়বকই কল্লা। "মানা তারগা ঐ লুহোংগদৌরবোই নীংখিবা য়াই! ঐদি কৈদৌঙেদসু হোঙলোই! সুকহোং হোঙলোই!"

হয়ববুদি অদুম্মা মানা হায়জববসু 'লুহোংবা' হায়বা ৱাহৈদু পল্লকপদদি মমীৱুদি ইলং-লংনা মকা লাম্না পাঙই।

চা পুসিল্লক্লে, বিস্কিটসু জামসু মাখনসু য়াউনা, অদুগী মথংদা হৈজামপেৎ মহয়গা সঙ্গোম মপালগসু পুথোকরক্লুনা পীজরে। পূং তবেৎ তাবদা মখেল তকক তৌদুনা নুংদাংগী চাক্লেন চাবে, অমসুং চাক চাবিঙে মনুংদুদা থংনবা কা অদুদগী মখোল হৌনা হাকাম চল্লকপগী খোঞ্জেল অমা তাখি। ঙক্লুনা ঐনা থোঙলোমদা য়েংখি; নূপা খক্তুনা অদুগুম্বা হাকাম চনগদবনি।

"ঐগী নূপাগী মনাওনূপা গ্রিগোরিনি, হৌজিক্কীদু", মেদাম চিকামাসোভনা হায়রকখি, ঐনা ঙকচানবদু উবদা। অদুগা মখা তবকখি, "মহাক ঐগীসিদা হাকুম চহীদগী লৈবকপনি। ৱাবৌবিবা য়াদে, মহাক্তি থোক্লক্লুনা নহাক্তা উন্নৌ হায়বা য়াবোই;মাসে লম্বোইবগুম্বা মীতানি, মীতোপ উন্নবসি মাসি য়াম্না কিজে। মহাকসে মঠ (আশ্রম) অমদা চঙগদবগী থৌবাং তৌবির্বান। মহাক সিফাই খল্লিঙৈদা মথ্বায় সোকপা মতাং খবা থেংনখিমাল্লে, অদুনা মথ্বায় নুঙাইমন্দদুন... "

চাক তোক্লবা মতুংদা গীর্জাদা কৎননবা গ্রিগোবিনা লোনবা ষ্টোল (পাদ্রিনাসেৎনবা পোষাক মখল অমা) মেদাম চিকামাসোভনা পুথোবক্লুনা ঐঙোন্দ উৎলি। মনেচকানা মাগী ঈকাই থীগনবী মতৌদু মীকুপ খবদংগী ওইনা নাথৈহনস্ত্রগা মানা মাগী পাপাগীদমক্ত লোনবিবা হীদাকমনা হাপ্পবা খাউমচাদু পুথোক্লুনা য়েংহল্লি। মাগী পোত্তু উবদা ফজমন্দুনা ঙকপগী মওং সাজিন্নৈ ঐনা, মদুদা মানা হাইফেৎ ঈকাইদুনা মমাগী মনাকোংদা কবিনো খবা তৃমিন্না স্ক্র-স্ক্র তৌদুনা হায়খি। মমাদুনা মমীৎ লংথোক্লকখি অমসুং মখোয়গী ফি থম্ফম কামচাদু য়েংউসি লাও হায়রকখি। কাদুদা চঙলবদা মফমদুদা সাবং উপু অচৌবা মঙাগা উপু মচা মচা ময়াম অমা লৈরম্বা উখি।

"মসিদৈসি— কন্যাগী পোৎলোইনি! ঐখোয় ঈসামক্তা মসি সাজবনি",
হায়রকই মমাদুনা তপ্পপ্পা।

অচৌবা সারং উপুসিংদু য়েংনা য়েংনা ঐনা মীওক-মীচান ফবী যুম্মুসিংদুদগী বিদায় লৌখি। মখোয়না কন্না হায়মনবদগী নোংমা মতুংদা সোয়দনা অমুক কোয়রক্লনি হায়না ঐনা ৱাসক্লুনা মখোয়দা হায়খি।

চহী তরেৎকী মতুংদা ঐনা মফমদুদা (শহর মচাদুদা) কোর্টকী কেস অমা তেঙবাংনবা চৎপগী মতাংদা ঐগী ৱাসক্লু ঙাকখি। ঐনা হান্না চঙলুরবা মসক খঙলবা যুম মচাদুদা চঙলুবদা হান্না মমাঙদা তাখিবা ৱাহৈ ৱাতা ময়ামদমক অদুম তাখি, মখোয়না ঐবু সক খঙবিরম্মি! তসেংনমক ঐবু কাউবিবমদে! ঐগী পুন্সিদা অহানবা ওইনা মখোয়গী যুমদা কোয়ক্ববগী থৌদোক্তু মখোয়গী মফমদদি য়াম্মা মকওইবা কাউঙমদবা থৌদোক অমা ওইরম্লে; অমসুং কনাগুম্বা অমগী মফমদা তোযনা থোক্তুবা থৌদোক্তি কুইনা অদুম মানা নীংসিংদুনা লৈগল্লি। মমাদুনা লৈমায মথক্তা ঈগোক মচুগী ফি অমা তিংখোক্লুনা কপ্তনা য়াত্তুনা লৈরম্মি; হান্নদগীদুম হেন্না কল্লন্নি, মপোক্তি খরা তৌরম্লে। মচানুপীদুনা সোফাদা ফম্লদুনা লৈরেং লোল্লম্মি। মফমদুদা হান্নগুম ফি মচেৎ মচৎ তাদুনা লৈরম্মি. হান্নগুম্বা ফিকর্পুর মনম অদুম নম্লম্মি, হান্নগুম্না মপান মচেৎ অমা কায়বা লাই অদু অদুম থেৎলম্মি হান্নগী হান্ন, করিমত্তা হোংলমদে।

অদুবু, ফনা হায়বা সাবনি, অহোংবদি খরা লৈরম্মি। ফক্লাংদা বিসোপকী লাই থেৎলিবদুগী নাকন্দা পিটর চিকামাসোভকী অযেকপা লাই অমা থেৎলম্লে, অমসুং নুপীসিংদু অৱাবা ফোঙদোক্লুনা কপ্তুনা লৈবম্মি। সেনাপতি (জেনেরেল) গী ফমথোল কারবা মতুং চয়োল অমা লৈরগা মহাক লৈখিদ্রবজাৎনি।

হৌখিবা থায়নগী ৱারী কয়া হৌদোক্লদুনা নীংসিংনবা মতুংদা জেনেরেলগী নুপী লুপ্তাবী অদুনা কপ্পা হৌরকখি।

মহাক্না হায়রকখি, "ঐখোয় য়াম্না ৱারকপ্পবনি। পিটরসি ঐখোয়গী ঈরক্তা ওসি লৈত্রে- নওবু ৱাসি তারব্রা? ঐখোয়গী হৌজিক কনাসু লৈত্রে অদুনা ঐখোয় কদায়দনো হোংবা তাবনি। গ্রিগোরি হিংলি হায়ববু ঐখোয়না মঙোন্দগী অফবা অমত্তা আশা তৌদে। মহাক আশ্রমদা য়াওখিবফাও

ঙমদ্রবনি- য়ু থকপনা মরম ওইদুনা, অদুগা মাদি হান্নদগী হৌজিক্কা হেন্না থঙ্কৎলক্লে, মথ্বায় নুঙাইতদগী। ঐ সেনাপতি মকোক্কী (মার্সেল) মফমদা চত্তুনা মাগী মথক্তা ৱাকৎলগনি। খন্দুনা অমুক্তা য়েংউনে, মহাক্কা সারং উপুসি কয়ারক্লি ফক্কায়গ্নিবা অদুগা -মনেচকাগী থমজবা লুহোংবগী পোৎলোইদু লৌথিবা অমসুং মদু মহাক্কা লাই খুরম্বা যাত্রিকসিংদা পীথোকর্ম্নিবা! উপু অনীদা য়াওবা পোৎ লোইনমক মহাক্কা লৌথ্রবনি! মানা অসুম্না অসুম তৌরবদি ঐগী মনেচকাগীদি লুহোংবগী পোৎলোই অমত্তসু তাহৌররোই।"

তৌফম খঙদনা মনেচকানা হায়রকখি, "করিনো, ইমা নঙনা ঙাঙলিবদুবো। মদু মানা তাবগা তসেংনমক ঐসে সুক্ক লুহোংলরোইদবা অমা ওইনা খনম্রনিনে!"

পুক্লীংদনা অশা অমসুং মমীত্তনা শামজবী ৱখল অমগা লোয়ননা সিলীং মথক্লোমদা য়েংখৎলম্মি, অমসুং ৱাফম অসিমদি তসেংলে মদুদি মহাক্কা হায়দোকম্নিবা ৱাফমদুদা মহাক্কী থাজবা লৈতে হায়বা।

মী মচা অমখক কা মনুংদুদা ফৎ লাওনা চঙলকখি অদুগা উচিদৌনা অমুক লীংথোকখি। মহাক মকোক তাঙঙি, কোৎ ৱাওথাংনবা অমা লীংলি অমসুং খোঙঙুপকী মহূত্তা গোলোশ (খোঙঙুপ মথক্তা উপ্লবা খোঙঙুপ অচৌবা) ওইনা উপ্লি। ঐনা খল্লি, "মহাক্কি গ্রিগোরি হায়বা মীদু ওইরমগনি।"

মমাগা মচাগদুদা ঐনা য়েংলম্মি। মখোয় অনীমক চহী য়াম্না লয়সিল্লে। মমাদুগী মসমদু মচী মচাদা পোক হৌবে, অদুগা মচানুপীদুনা খুইরে অমসুং কোম্বরে, অদুনা মরম ওইদুনা মমাদুনা মচানুপীদুদগী মহী মঙা ফানা হন্নগদৌবা মাম্দ্রে।

মহাক্কা ঙসাই ঙাঙখিবা ৱাদু কাউথোখিদুনা নুপী অহল অদুনা হায়রকই, "য়াম্না থুনা ঐ মার্শেলগী মনাক্তা চৎলনি। ঐ গ্রিগোরিগী মথক্তা ৱাকৎপা পাম্মি। ঐখোয়না তৃজবা পোৎ পুম্নমক মানা লৌরগা তীর্থযাত্রীসিংদা লোইনা পীথোক্লে, ইচা মনেচকাগীদি পোৎলোই অমত্তসু লৈত্রে!"

মদু তাবদা মনেচকা ঈকাইরপ তৌখি তৌইগুম্বসুং হন্দক্কী মতাং অসিদদি মহাক ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলকখিদ্রে।

'ঐখোয়না পুন্নমক ঈনৌ নৌনা অমুক লাঙখৎপা তাবনি, অদুগা ঐখোযদি য়াম্না ঈনাক খুনবা মীসু নত্তে; হৌজিক্তি ঐখোয় তবক-তবক হিংজবিবনি, মাগা ঐগতা।'

মনেচকানা পাংসিন্দুনা হায়, "ঐখোয়গীদি কনাসু লৈজদ্রবনি।"

লাইবক নোংদম্বা হায়বা লাইদুনা ঐবু হাকুম মখোযগী অপীকপা যুমদুদা অমুক হন্না পুসিনবিখি। মখোয়গী পার্লবদুদা চঙলুবদা অহল ওইববী চিকামাসোভ লৈবম্বা ঐনা থেংনখি। মহাক্না অমুবা ফিজোল ঙাক্তমক সেৎলম্মী অমসুং সোফাদা ফম্নদুনা ফি তুরম্মি। মাগী নাকন্দা মী পীকপা ব্রাওথাংনবা কোৎ লীংপা অহল নূপা অমা ফম্লম্মি, মহাক খোঙঙুপকী মহূক্তা গোলোস ওইনা উাপ্পি। ঐ হেক উবমক্তেদা মহাক ফূক হৌগত্তুনা কাগী মপান্দা চেঙ্খোকখি।

ঐনা হান্না নূপী অহন্দুবু তবাম্না কৌকই, মহাক্তসু মোমোন তৌবদুনা তবাম্না খুম্লকখি।

ঙাহাক তুমিন্না লৈকবগা ঐনা হংলুই: কবিনো তূবীবিবসিবো?"

মহাক্না খুম্লকখি, "ঐনা তূবিবসি সেমিজনি। মাসি হেক তূবা লোইবগা ঐনা মসি পুবগা পুবোহিতকী ময়ূমদা পূবগা থমজিল্লুগদৌবিবনি, অদু নক্তবদি গ্রিগোবিনা হেক্তা পূদুনা চৎখিদৌবনি। হৌজিক্তি ঐনা পোৎ খূদীংমক পুরোহিতকী ময়ূমদা পু-পুদুনা থম্লবনি।" অকোনবগী ব্রাফমসিদি মহাক্না খবা সোম্থাংননা হায়বকখি। অদুদগী, মাগী মম'ঙদা থাবিবা তেবলদুগী মথক্তা মচ'নূপীগী ফোতোদুদা মুন্না যেংলগা, নুংসাসোব মপী হোম্লগা হায়বকই, "নহাক খঙলেদনা, ঐখোয় হৌজিক্ত তবক-তবক কনামক্তা লৈজদ্রবনি।"

অদুবু ঐনা অমুক হংলুবা তৌদ্রে- 'নচানূপীদি কদায়দা চৎখ্রে?' 'মেনকা কদায়দা লৈখ্রে?' হায়বা ব্রাফমদুদি। মংগুম্বগী অৱাবা ফীজোন সেক্তুনা লৈববী অহল ওইরবী নূপীদুদা ঐনা হংলুবা পাম্লমদে, অমসুং মতুং অমুক যুম মচাদুদা চঙলুবদা অমসুং চৎলমদাইগী বিদায লৌবা মতমদা মেনেচকানা অমুক্তসু ঐবু উন্নবা চঙলকখিদ্রে, মাগী খোঞ্জেলসু ঐনা তাবা ফংখিদ্রে, মাগী ঈকাইখীনা থাংবা খোঙথাং মখোলদুসু তাবা ফংখিদ্রে। মতমদুদা ঐনা খঙলকখি, অমসুং ঐগী থবায় পুঙমখিদে। ❑

# তকমান (পদক)

লেফটিনেন্ট লেন্দেনস্তোফকা হেক যুমথংননা, সিপাহীগী স্কুল অমদা ওজা ওইবা লেঅ পুন্তিআকোভ কৌবা মাগী মরূপ অমা লৈ। অনৌবা চহী তৌবকপগী অয়ূক অমা লেঅনা মাগী মরূপগী ময়ূমদা চংলম্মি।

মখোয় অনী উন্নববদা তরাম তরাম কৌনদুনা অনৌবা চহীগী পীনফম থোকপা যাইফ-পাওজেল পীনরবা মতুংদা লেঅনা মাগী মরূপ্তা হায়, "গ্রিসা, ব্রাফমদি সিনিমা, খবা মরুওইবা মতাং অমা নৎলমদ্রবদি ঐনা নঙগী নফমদা হায়জবল্লেইদবনি। নঙগী ওর্দর অফ সেন্ট স্টেনিলাস (তকমান অমা) তু ঐ ঙসি ঙাহাক্তা ব্লাইরুগেবা? য়েঙোই, স্পিচকিন হায়বা কারবাব ব্রালাদুগী ময়ূমদা ঐ চাকচাবা অমা য়াউরগদৌরি, মহাক করম্বা মখলগী মীতানো হায়বা নঙনা খঙলিবদুনি, মাদি তকমানবু চান্নবা পূজা তৌজবা মীসক্রি, অদুগা মঙক্তা তকমান সিদবা নক্রুগা ফূরীৎকুদাম মখুলদা তকমান থেত্তবা মীদুদি মাগী মমীত্তা মমল য়াওদবা কান্নদবা মীরেম ওইনা উবজাংনি। অদুগা, মদুগী ব্রাদু ঙাহাক থমখোনে, নঙনা হেন্ন খঙলিবদুনি, মাগী মচানুপী অনী অমান্তাসিআ কৌবী অমগা জীনা কৌবী অমগা অনী লৈদনা— ঐনা মসি নঙোন্দা মরূপ অমা

ওইনা হায়জবিবনি: ঐনা হায়জবিবসিগী মনুংগী অর্থ নঙবু খঙদ্রিব্রনে, ভাই নুংসিবী'? ঐ ত'সেংনা হায়জরিবসিনি, মদু নঙ ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবিদবা য়াদ্রে!"

ব্রাফমসি হায়জবদা পুন্তিআকোভতু ঈকাইনা, ব্রাঙাং লং-লং তৌবদুনা, মমীতু থোঙ লোমদা পাখৎচনা য়েংলগ' হায়জবিবনি। লেফটিনেন্টতুনা খববুদি চৈরকখি মাবু অদুবু য়াদি য়বিবকখি।

পুং অনী তাবদা টেক্সি অমা ব্রায়রদুনা স্পিচকিনগী ময়ূম তান্না চৎখি পুন্তিআকোভ, অমসুং গাড়ী তোংদুনা চৎলিঙৈ মনুংদুদা মাগী ফব কোৎকী কুদামদু হাংদোক্লুনা মসাগী মথবাক্ত য়েংথজখি। মানা ব্রায়জকবা তকমানগী সনাগী সরুক্লুনা পূমলং লংই, ইনামেলগী শরুক্লুনা স্তৌরোক স্তৌই।

ওজাদুনা অহম হায়না খৌদেমখি অমসুং মথন্তা খঞ্জখি, "তো', সুমহাইনা তৌববদি মীনা খবা ব্যবহার তৌগদবা মাল্লেদনা, পৃক্লীংস খরা চাউথোকচরে হায়বা। মাসি অদূক থোইনা মমল যামদবা পোৎনি অদুবু মসিনা মী পূম্নমক মমীৎ থক্কদৌরিবনি!"

স্পিচকিনগী ময়ূম থোঙ্গাল য়ৌরবদা মাগী কোৎকী থবাক্তু হাংদোক্লুনা থাদোকই অদুগা মোং হাদনা টেক্সি ভারা পীথোকখি। মনা মপৃক্লীংদা খঞ্জে নৃপাদু মাগী এপোলেট (সিপাহীগী পোষাকতা লেংজুমগী লৈতেং), কুদামশিং অমসুং তকমানদু উবদা পাখৎলক্লগনি হায়না। মথর'য়দা পেঞ্জবদুনা চীংলেম্না লোক অমুক্তং খুদোকই অদুগা য়ূম মনুংদা চঙখি। হোল মনুংদুদা মাগী ফৃবীৎকোৎ অদু লৌথোক লৌথোক্লা চাক চাফম কা মনুংদা য়েংসিল্লুই। অসাঙবা তেবল অমদা মী তরামঙা হান্ননা ফমদুনা চাবা হৌবল্লে। ব্রারী সানবা অমসুং প্লেটকী মখোল ক্রেক ক্রেক লাওবদু মহক্লা তাখি।

'কনানো বেল খাংলক্লে' হায়না য়ূম্নুনা হায়খিবদু মানা তাখি। "পুন্তিআকোভ, নঙ ওইরে! চঙলকউ, চঙলকউ! নহাক খবা থেঙঙেদো, অদুবু কৈসু কায়দেদা, ঐখোয় হৌজিক্তা হৌরম্বদা ঙায়রি," হায়বকই য়ূম্নুনা।

মথবাক্তু খরা ফন্দোক্লপ তৌনা, মমায়দু খবা লোংখৎলপ তৌনা অমসুং মখূৎ অনীদু নোইর নোইরদুনা পুন্তিঅকোভ কা মনুংদা চঙলকই। তৌইগুম্বসুং অহানবমক্তদা মপৃক্লীংদা থূক লাওনা পাখৎপা দৃশ্য অমা মহাক্লা হেক উরুখি। জীনাগা হেক থংননা মাগী মরূপ ফ্রেঞ্চ লোলগী ওজা টেম্প্লান্ট

ফমদুনা লৈবম্লে তেবলদুদা' ক্রেঞ্চমচাদুনা মাগী পদক তকমান অদু উখিবদা হংহান্নংদবা মওং চাদবা ৱাহং কয়া হংলক্কবগী লম্বী ফাংপনি, অমসুং পূংচোপ চোপ্লগনি অমসুং মাগী ইজ্জৎ মপুঙ্গিগী ওইনা লম্‌খা তাবগদবনি। মঙোন্দা অহানবা ফাওবকপা ৱাখলসি তকমাঙ্গিবু লৌথোকহৌবসিবা নত্তগা মফমদুদগী হৌদুনা চেলহৌবসিবা হায়বা অসিনি, তৌইগুম্বসুং তকমান্দুদি লৌথোকপা য়াদনা চেংনা ফজিল্লমম্লে, অদুগা মফমদুদগী চংখিবা হায়বা ৱাফমদুসু ওইবা য়াবৱোইদবা পোং ওইবে। মখূৎ যেত্তুনা তফিং তফিংনা তকমান্দু খূমজিল্লগ লৈবম্লিবা মীয়াম অদুদা মকোক নোম্বুদুনা মওং মবীল তাদনা ব্যাবহাব মতৌ অমা তৌখি, অদুগা কনা অমত্তগা খূৎ-সোক্লকবা (হেন্দ-সেক) তৌকদনা মহাক্লা অহাঙবা চৌক্রি অমা য়েংলগা ঙেক লাওনা ফমথখি। মহাক্লা ফম্লবা মফমদু মাগী মকাপ ক্রেঞ্চমচাদুগা হেক মাযয়োক্লনা থোক্লুবে।

মাগী চমল্লবা মতৌদু উকবদা স্পিচকিন্না খনখি, 'মহাক সোযদনা য়ূ থকচিল্লক্কুনা ঙাওবল্লগনি।'

পুস্তিআকোভগী মমাঙদা সুপ প্লেৎ অমা থম্লবে। মখূৎ ওয্‌না মানা চামচঙ পায়খৎলি, অদুবু ময়াম মমাঙদা মখূৎ ওয্‌না চাবা থকপা তৌবসি লৈবাকমচা তাবা থৌওং নত্তে হায়বদু নীংসিংলক্কুনা মহাক্লা মযামদা হায়বকখি, "ঐদি চাক হান্না চাথোকক্লে, চাক কবিমত্তা চানীংদ্রে অদুনা চাজববেই, ৱাবৌবিংনু ...। পান্দ্রি ওইবা ঐগী ইখুবা এলেগেফ কৌবা অমা উন্নবা চংলুবদা মানা যামন্দদুনা ঐ .. ঐ চাক অদুম চাবক্লে।"

পুস্তিআকোভগী পঞ্চপ্রান্দু খোয়বাঙবা, সাউনীংবা অমসুং নুঙাইতবনা হাযফম খণ্ডখিদে, সূপ অদুগী মনম্মা মবোল অমা নুংসিবিবা, অমসুং স্তর্জন (অচৌবা ঙা মখল অমা) থোংবগী ফোঙ ফোঙ কাবিবা নুংসিববা মনমদু মনাতোন্দা ফাওবকপদা চানীংবনা লৈফম খণ্ডখিদে। মখূৎ ওয়দুনা পদক তকমান্দু খূমজিল্লগা মখূৎ য়েত্তু কোম্ন লৈবা য়াত্রা য়েংগে হায়দুনা মানা হোৎনখি, অদুবু মদু তৌবদা য়াম্না খুদোংচদনা থোকখি, য়াখিদে।

মনা মপূক্লীংদা খল্লি, "মসি সোযদনা মখোযনা উব্রগনি, অদুগা য়াদদুনা ঐসে ঈসৈ সক্লকপা তাবদা খূৎসি থবাক মপাদগী লৌথোকখিবা তাবনি। হে

ঈশ্বর! চাক চাবসিতা খর খীং থুনা লোইসিনশ্ত্রবদি ফরদৌনি! অদু ওইরবদি ঐ কদাইদনো হোতেলদরা করিনো অমা চাক চাজরুগে।"

অহুমসুবা মথেল পুথোরক্কুনা চাবা লোইসিল্লকপা মতমদুদা মহাক্না ফ্রেঞ্চমচাদুদা মীৎচিনা কিরুপ্না য়েংখি। করি মরমগীনো খঙদে, ট্রেম্প্লান্ট সু মসাদু য়াম্না হৈনদবা মওংদা খোয়রাওনা লৈরমখি, মানসু মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমখি অমসুং মহাক্সু চাবা থকপরোমদা খোয়জঙলমদে, করিসু চারমদে। মখোয় অনী মীৎ চানরুবদা মখোয় অনীমক তৌফম খঙনখিদে, চঙক্লখি অমসুং মমীৎ তৃকথনদুনা মমাঙদা লৈনরিবা অহাঙবা পৃখমদুদা য়েংদুনা লৈনখি।

পুস্তিআকোভনা মতোমতা খঞ্জে, "ঐগীসি মহা চণ্ডালসিনা সোয়দনা উখিরম্লগনি! সকখীবা মাগী মমায়সি য়েংবদা খঙঙে মানা উগ্রে হায়বসে! মসিগী মীসিদি মহা মীফত্তা হূরানবনি, হায়েংদি মানা দাইরেক্তরদা পাউ তম্মুবদৌনি।"

মরিসুবা মথেলদু য়েল্লক্কুনা ময়াম পূম্নমক চারে অদুবু মখা তানা মঙাসুবা মথেল অমগসু লাক্রে।

মরেপ ব্রাংবা, মনাতোন মতু য়াম্না চোম্বা, মনাতোন মওংনা কোম্বুবা অদুগা মমীৎনা উইরুম উইরুম পাঙবা নূপা অমনা লেপখৎলকখি. মসমদু মখূৎনা নাম্বরগা হায়রকই, "আ কৈনো... ঐ... ঙসি লার্কপিরিবা ভদ্রমহিলা ময়ামসিগী য়াফনবগীদমক্ত য়ূ অমুক্তং থকমিন্নসি হায়না প্রস্তাব তৌজরি!"

চাক চারিবা মীশিংদু ঈরাঙ লাঙনা হৌগৎনরকখি অমসুং মখোয়গী গ্লাসশিংদু পায়খৎনবকখি। "নুঙাইরে!" (হূরা !) হায়বা খোঞ্জেলনা কাদু পূর্মনিল নিনখি। নূপীসিংদু মোমোন মোমোন নোক্লদুনা মখোয় মখোয়গী গ্লাসশিংদু লাম্ফোক্লবকাখ। পুস্তিআকোভসু লেপখত্তুনা মখূৎ ওয়না গ্লাস পায়খৎখি।

নূপা অমনা গ্লাস অমা পীরক্লগা হায়রকখি, পুস্তিআকোভ, ব্রাবৌবিবা য়াদে, মসি অদোমগী নাকন্দা ফল্লিবা নূপীদুদা অমুক্তা লানবিখো। মদু মাগী সরুক্তি, খরা পীবিয়ু!"

হন্দক্তি মহাক হায়নিঙাই লৈতনা নুংসা থীগ্রে, মাগী মখূৎ য়েত্তু সীজিন্নদবা য়াদবা মতাং অমা য়ৌরকপ্রে। মসুপ মসুপ্না রিববন অঙাঙবা য়াউবা পদক তকমান্দু মৈঙান্না য়ৈরবদা ইরং লংলকখি। ওজাদু কুচু তাইফেং তাইসিল্লকখি, মমায় লূকথরকখি অমসুং ফ্রেঞ্চনূপাদুগী মায়কৈ তম্না পাখৎপা

মীৎয়েংনা য়েংলকখি। নৃপা অমদুসু ঙকচাননা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমখি লাঙতক্লবা মীৎয়েংনা। পুস্তিআকোভনা মরৌ লৈবা করেম্নবা মীনোক মচা অমা মচীন খোইরুম তৌনা নোক্লম্মী অমসুং মাগী তৌফম খঙদবা ঈকাইবগী মায়থোংদু তপ্পা তপ্পা মমী সামখি।

য়ুম্মুদুনা হায়রকখি, "মাসিয়র ট্রেম্বলান্ট, লীক্লিদু সোমদা অমুক্ত লানবিবকউ!"

ট্রেম্বলান্টনা হৈনীংদনা মখূৎ ভিংথোক্লুনা লীক্লিদু লামখি,

-ইসঃ, নুঙইশ্লবা মতৌনি! মাগী মথবাক্তা থেৎলম্লিবা পাদক তাকমান্দু পুস্তিআকোভনা উহৌরে! অদুগা, মদুসু ইচম চম্বা সেন্ট স্তানিস্লাসকীগুম্বা নত্তে, ওর্দব অফ সেন্ট এনগী তকমান ওইরম্লে' ফ্রেঞ্চমচা... অদুসু ময়ামদবু অদুম্না কদব তৌবম্মিজাৎ ওইবে! পুস্তিআকোভনা মাগী চৌক্রিদা ঙেক লাউনা খঙফম ফমর্থাখি অমসুং মথক্সায় নুংঙাইনা নোক্লকখি। মাগী তকমান্দু মী উহন্দনবা লোৎসিল্লবগী দবকাব লৈত্রে। মখোয় অনীমক চপ মান্নবা মবাল লঙঙবা মী ঙাক্ত ওইবম্লে, অমনা ফৈ, অমনা ফত্তে হায়নীংঙাই ওইদ্রে।

ওজাদুগী মথবাক্তা থেৎলিবা ওর্দব অফ সেন্ট স্টেনিস্লাসকী তকমান্দু উকবদা স্পর্চাকিননা খোঞ্জেন হৌনা হাযবকখি, "ময়াম বা অমা তাবীযু সোমদা অমুক্তা য়েংবিবকউ।"

পুস্তিআকোভনা হায়বকখি, "য়েঙোয় ট্রেম্বান্ট, অঙকপনি, হন্দক ছুটি মনুংসিদা মনা মথুম পীবগী থকক্সি ইতৌ তৌখিদবনি। মযার্মসিগী মনুংদা পাদক তকমান ফংবা মীওইসি নঙগা ঐগন্তা ওইবমাল্লে। মসি চাউ-থোক চ-নীং ঙাইনি।"

ট্রেম্বান্টনা হবাওনা মঙক নোম্লম্মি অমসুং মাগী কোৎকী ওয়থংবা ঙকসমগী লাপেলদা লেমজনা থেৎলিবা ওর্দব অফ সেন্ট এনগী তকমান্দু চাউথোকচনা ময়ামদা উৎলকখি।

চাক তোক্লবা মতুংদা পুস্তিআকোভনা য়ুমদুগী কা খূদীংমক থুংনা চত্তুনা মাগী পদক অদু লৈসাবী মৌনহাসিংদা উৎচখি। মাগী থমোয়দু পোত্থাফম খঙজবে অমসুং নুঙাইজরে, মাগী মপূক মনুংদুদদি চাক লাম্বনা থবৎ তত্তুনা লাংসোইনা থিনবদৌনা থিঞ্জরবসু।

ট্রেন্সপ্লাণ্টনা শিপচকিনগা পদক্কী মরমদা ৱারী সাদুনা লৈরিঙৈদা মানা ট্রেন্সপ্লাণ্টতা মিহৌনা য়েংলদুনা মপুক্লীংদা খল্লকখি, "মসি ঐনা হান্না মাঙজৌননা খঙজরম্লবদি মসিদগী হেন্না ৱাংখৎপা মমল য়াম্বা ভ্রদিমির গুম্বা পদক অমা কোইখি থিজরমগদৌবনিদো। ওঃ, ঐসে ওম্ফোক্লা পঙত্রেদকো!"

মদুগী ৱাখলদুনা মাবু পোখাফম খঙহন্দনা ওৎখি। অদু নত্তনা অতৈ ৱাফমগীদি মহাক্কী পেন্দবা অমত্তা লৈখিদে। পূংনুং-নুঙাইখি। ❑

# চাক্লিবা, ভিক্ষারী

"থৌজাল হৈবা মহাশয়, থৌজানবিয়ু, লাঙ্গরবা ঐবু অমুক্তা নুংসিবিয়ু, ঐ চরা হেল্লবা মীনি! ঐ করিমত্তা চাবা ফংলক্তবা নুমীৎ হুম্নি সুরে, কোপেক (কুসকী পৈসা) মঙাফাও লৈজদদুনা তুম্ফম লেকফমগা অমত্তা ফংবা গুমজদ্রবনি, লাইমক য়েংদুনা হায়জরিবনি। চহী নীপাল ঐ খুঙ্গং অমদা স্কুলগী ওজা ওইজরম্মি, অদুবু মতুংদদি মখোয় ময়াম্না ফত্তবা সরৌ তৌবিদুনা ঐ থবক তোক্লখি। অরানবা পাউ চীরোন খারোন কয়দগী ঐ দমা তাখিবা মী অমা ওইখি। চহী অমা ফারক্লে ঐ নোমফম তৌফম খুঙদনা লৈরক্লিবা।"

উকিল স্কভোর্টসোভনা ভিক্ষারীদুগী হ্রাওথাংনবা নাপু মচুগী সেগায়রবা ওভর্কোৎ অদুদা মুন্না য়েংই— য়ু ঙাওরুবগী হৈনীংদনা পাঙলিবা মমীৎ অদুদসু, মথক্তাই নাকল অনীমক্তা থুংলিবা অঙাঙবা চা অদুদসু, অমসুং নৃপা অদু হান্ননা মমাঙদা কদাইহ্রাইদনো মানা থেংনপ্রমাল্লে হায়না মহাক্লা খলম্মি।

ভিক্ষারীদুনা মখা তাথরকখি, "কালুগা জীলাদা ঐবু থবক অমা তৌ হায়নদি হায়রক্লিবনি, অদুবু মফমদুদা চৎননবগী সেল লৈজদে। চানবীদুনা ঐবু

মতেং খজিক্ত পাংবিয়ু, মসি ঐনা য়ম্না ঈকাইনা হায়জবিবনি, তৌইগুম্বসুং ।ভম্না যাদ্রদুনা ওঙাইফদনা হাযজবনি।"

স্কভোর্সোভকী মীযেংদু নৃপাদুগী খোঙজুপ অচৌবা (ওর্ভসু) অদুদা কোক হেক তাকবে, খোঙজুপ্তু অমনা সাংই অদুগা অমনা ৎেল্লি, অদুদগী মহাক্না খুদক্তা নীংসিংলকপা অমা লৈখি।

মনা হায়বকখি, "তাবিব্রা, ঐনা নঙবু নহান সা-লাভায়া ষ্টীংতা থেংনখিব্রা হায়না খাল্লদা, তৌইগুম্বসুং মতুমদুদাদ নহসে স্কুলদগী তাম্লোকপিবক্লবা ছাত্র অমনি হাযখিবগুম তৌখি, অদুগা খুঙ্গংগী স্কুল ওজানিদি হাযখিদেদা। মদু নঙ কাওববনে?

ভিক্কাবীদু খংপ্রেক খংখি অদুগা সোম্বাংননা খুম্লকখি, "নং.. নংচদে, ওইবন্নোই। ঐদি খুঙ্গংগী স্কুল ওজানি, মদুগা মবী লৈনবা চে-চাং ঐনা উংচবা ঙমগনি।"

"কয়াদা মীর্নম্লিবনোসে' নঙসি ছাত্রনি হাযজখিবনি, অদুগীসু মথক্তা স্কুলদগীসু তাম্লোকপিবক্লবা ছাত্রনি হাযখিবদাইনে। মদু নঙ নীংসিংদ্রববা?"

স্কভোর্টসোভ সাউনীংবনা মমায ঙাঙখৎলক্লে অমসুং ফিজেৎ ফীগাদ সেৎপা তোল্লবা জীবদুবু তৃক্কচবা সাউনীংবা সকফম উত্নুনা মমায ওম্লোকখি অমসুং মহাক্না সাউনা হাযবকখি, "হো ঈবুঙো নুংসিবা নঙনা তৌবিবা মতৌসিদি মবক সেংদবা মীগী থৌদৌনি। মসিদি নমথাক্লি' নঙ থানা কৌদুন ফাহল্লুবা, মহা পাপা। লাইবদুনা চাবা ফংদ্রবা মীমক ওইনবসু অদুক য়াম্না নমায কন্না ঈকাইবা খঙদবা সাজত্তু চৎননবগী অধিকাবাদ ফংবা যাবোই।"

ফাববা হূবানবা অমগী মতৌগুম, মযুম মকৈ লৈজদ্রবা কোযচৎনববা তোল্লবা মী অদুনা থোঙগী হেন্দলদুদা পায়বদুনা থংনবা কা অদোমদা কিকপ কিকপ কোযয়েং য়েংলাম্ম।

সোম্বাংননা মানা হায়জে, "ঐ... ঐ মীনম্বা ঙাঙবা নংচদে। ঐগী চে চাং য়েংহল্লবা ঙমগনি।"

স্কভোর্টসোভনা সাউনা মখা তাবকখি "কনানা নঙবু থাজবিগদৌবিবনো? সমাজ মীয়াম্না খুঙ্গংগী স্কুল ওজা অমসুং ছাত্রসিংবু লুনা চান্না তৌবদুগী খুদোংচাবা লৌবগা নঙনা অদুগুম্বা লৃখিদ্রবা ফত্তুবা চলাক

অমা সান্নগে খল্লিবিনিনে, খণ্ডত্রা নণ্ড ? নণ্ড মীয়ামগী মাযয়োক্ত ফত্তবা তৌবা মীনি।"

ম'গী অসাউবদু নেমথবা ভুমদদুনা স্কভোর্টসোভনা ভিক্ষাবীদুবু য়াম্না তমথীনা চৈবা হৌবর্কখি। মাগী থম্মোয়নুংদা লুন' চান্না থমজবিবা অমসুং মমল যাম্ন খঞ্জাবিবা গুর্ণশিং, হাযবদি মাগী থৌজাল হৈবগী গুণ, পেংকনবা থম্মোয়, অরু অনা অমবু হেক উবদা নুংসি চাওবা ওইবা হায়বিবা পূম্নমক অসিদা ফীজেৎ ফীগায সেংপা নৃপাদুগী ঈকাই খুম্দবা মীনম্বা বাঙংদুনা লঙজবা মওং অমা থোকহনখ্রে। মানা লুনা খঞ্জবিবা পেংসিংদুগী য়েংদুনা মিনুংসি পোক্লান খন্দুনা খুদো চাব' লৌনবা ভোংর্নবিবা মীনম্নগী থৌওংদু মাগী মফমদদি ম'ন থম্মোয় সেংনা লাঈববু তেঙবাংনীংবগী সেংলবা ব্রাখল অদুবু মাংথোকপিবা ওইনা লৌখ্রে। অহানবদদি ননা লৈদ্দল তোল্লব' মীদুনা মহাক সেবান ভুবান তৌবা মী নত্তে হায়না কন্না হাযদুন' মসা কঞ্জনবা তৌখি, তৌইগুম্নসুং থনমক মহাক ভুমিন লৈহি অমসুং তৌফম খঙদনা চমম্লনা মমায লূকথদুনা ভুহাক লৈকংগ' থবাক্ত' মখুৎ থম্লদুনা হাযবকখি, "মহাশয ভসেংনমক ঐ অবানবা বা হাওজখ্রে' ঐ ছাত্রসু ওজাসু অমত্তা নংচদে। ঐনা হায়াখবদো সের্মাজন্দুনা হায়খর্বান। মহানবর্দি ঐহাক কলাকী ঈসৈ পালা অমদা ঈসৈ সকচর্বম্মি, অদুবু ঐনা নোংমা য়ঙ উকবদগী তাম্হোক্লকাখ। তৌইগুম্নসুং ঐ কবমদ তৌনা ওইদবা না খব হাযদ্রবদি ঐ উপায লৈত্রদুনা তৌজখ্রবান। অচুম্বা বাখাদু তৌকবদ কনামত্তনা এণ্ডোন্দ কবিমত্তা পীববক্তে। অচুম্বদু ভ্রাভলুংদা চবা ত্রুন্দুন খাঙবা ভাই নত্রুগা লেকফম লৈদুনা ঈংবনা চিংসন্দুনা সিবা ভাই। চুম্না ব্রাখল মুম্না অমুক্তো তৌবিযু, ঐহাক অদোমবু হঙজৈ, অদুবু ঐ উপায লৈভদুনা তৌজখ্রবনি।"

খব নকসিন্না চঙাসল্লক্কগা স্কভোর্টসোভনা কন্না লাওবকখি, "কাব উপায় লৈত্রবা ? কাব তৌবা যাই হাযবদু নসা নাতামতা হংজৌ ? থবক সৃব্রো নঙনা তৌবা যাবা হাযবসু মদুনি। নঙ থবক সৃগদবনি।"

"থবক-চুম্মি। মদু ঐসু খঙজৈ অদু থবক্তি কদাইদগী লৌকান ? অদুদগী সাউনীংবগী মীনোক অমা নোক্লগা ভিক্ষাবীনা মখা তাবকখি, "হে ঈশ্বব! ঐবু যাম্না নুংসিবীদনা তাকপিবো পাঙ্গলনা নোম্বা যাবা থবক ঐ কদাযদনো

ফংগদৌবা? মীগী কেরানী অমা ওইনা থবক তৌরুগদবসু চহী হেল্লে, মরমদি সিনফম অদুগীদমক্তদি নাহা ওইবিঙেদা চঙবা তাবনি, অহল ওইবনা পাখোন সীবা থৌদবা নুঙাইরোই খন্দুনা? ঐবু পাখোল্লোয় ওইনসু কনা অমত্তনা লৌনীংদে, কারখানা অমদা থবক য়াওরুগদবসু ঐদি অদুগুম্না থবক্তি অমত্তসু হৈতে, থবক অমা হৈত্রবদি য়াদে।"

"অর্থ য়াওদবা! কান্নদবা মী! ব্রা অমা হায়কববদি অমা হেক্ত কদাইদগীনো খুল্লকইনেসে! নঙ ঐগী সীং খায়গেরা?"

"মদুগী থবক্তু ঐ তৌরোই হায়জবোই, অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি সীং খায়বদা হৈত্রবা মী ফাওবদা থবক সুফম লৈতদুনা চরা হেন্দুনা ফমদুনা লৈবা য়াওনরবনি।"

"হুং! মীবেম থৌরেম নখোয়দি অদুম হায়না হায়গনি। কৈনো অমা তৌ হায়রে মদু নঙনা হেক্তা য়াদে। ঐনা হায়বিসি যাও, ঐগী সীং খায়বো লাও।"

"অহোয় ঐ তৌজগে।"

"য়াম্না ফরে, উপায় অর্মাদ লাক্লগনি। তো অর্দুনিদনা! য়েংসি "

ক্ষভোর্টসোভনা মখূবাক নোইব নোইরদুনা, থম্মোয়দা মীদুবু তুক্কচবা নুংসিদবগী ব্রাখল মচেৎ অমত্তা যাউদনা প্রপ প্রপ চংখিদুনা চাকসঙদগী বুজাব' অদুবু কৌথোর্কখি "ও, তাবিব্রা ওলগা নঙবু! মসিগী নূপাসি সাক্লৈদা পূসিল্লগ সীং খরা খায়দোকতল্লু।"

ফীজেৎ ফীগায় সেংপা উচেক ঙক্লবা থম্না মী মানবা নূপাদু তৌফম খঙদবগী মঙংদা মবেংবান সৃপকংখি অমসুং হৈঙম সিংঙমদনা বুজাবীদুগী মতুংইন্নদুনা চঙখি। চাবা ফংদবগী অমসুং থবক অমা পাম্বদগী সীং খায়বগী থবক তৌবা য়াখিবা নক্তে হাযবসি মানা থাংলিবা খোঙথাংদুদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মি, মহাক্না থবক্ত তৌবদা য়াখিবদি মসাগী ব্রা অমসুং ইজ্জৎ ঙাক্লবগীনি মবমদি মসাগী ব্রাহৈনা লাং ওইদুনা মতোমতা থুজবনি। মসিদসু ময়েক সেংনা উবা ফংই মদুদি মহাক ভোদকা (য়ু)না লাকহত্তুনা মপাঙ্গল অমত্তা য়াউদ্রে, মসা ফক্ত্রে অমসুং পাঙ্গলগী থবক অমত্তসু তৌনীংবগী অপাম্বা লৈত্রে হায়বা।

স্কভোর্টসোভনা চাক চাভম কাদা থুনা চঙসিনখি। মদুদগী থোঙনাওদা য়েংথোকখিবদা সীঙ্গে অমসুং ইস্খোল মনুংদা তৌবিবা পুম্নমক উবা ফংই। বুজাবীদুগা ভিক্ষাবীদুগা মনীংথোঙলোমদগী সুমাঙলোমদা থোবক্লগা অমোংপা উন মবাক্কু ফাউদুনা সীঙ্গেদা চঙখিবদু মহাক্না থোঙনাওদগী উখি। মগা চৎমিন্নবিবা মীদুদা ওলগানা সাউনীংনা য়েংই, মখূৎনীংনা মাবু ইম্ফেকখি, সীঙ্গেগী সেদু হাংদোকখি অমসুং সাউবপ্লনা থোঙদু গম লাওনা থিংজিনখি।

স্কভোর্টসোভনা মপূক্লীংদা খনখি, "মানা কোফি থকপদা ঐনা মঙোন্দা য়েংলুবমাল্লে। কয়াদা সাউগনখ্রবা মীনেনেসে।"

মথংদ, ওজা সাবা ছাত্র সাবা মীদুন উতৃপ অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈবা অমসুং মহাক্না মখজাই অস্তাঙবদু মখুত্তুমদা সৌবদুনা রাখলদ তাওদুন লৈবদু স্কভোর্টসোভনা উবকখি। নূপীদুন (বুজাবী) সীজং অমা নূপাদুগী মখোঙ ময়ান্দা দোম লাওনা থাধখি, সাউনা মতীন থুই সীংখি, অমসুং নূপাদুগী মচীনবান্দুদা যেংবদা ঐখোযনা খঙবা ঙম্মি, মহাক্না নূপাদুদা চৈবা তৌব্রে হাযবা। ভিক্ষাবীদুনা থোইনা রাখল খম্বকদনা উতৃপ অম মনাক তান্ন চিংসির্নাখি, মখোঙ অনাগী মাবক্তা উতৃপ্পু যৃংখৎনা খিনখি অমসুং সীংজংদুনা সেন্তক্লা চেপ ল উনা মাস্থাখি। উতৃপ্পু ফৈবেংননা তুখি। মহাক্ন উতৃপ্পু অমুক য়ুংনা খিল্লে, ঊংবনা বং বং লাউবব মখুত্তুদা মচীন্না ফৃ ফৃ কামখি, অদুদগী মাগী থোঙজুপ্তুদ নঙ্গা মখূৎসাসিংদু সোকখিনি মতাগুম চেকসিন্না সীংজংদু সোন্না হাইথখি। অমুক্কসু উতৃপ্পু লৈবাক মথক্ত ফৈনা তুথদুনা ঙল্লে।

স্কভোর্টসোভকী অসাউবদু স্বায মাঙল্লে, অমসুং য়ু ঙাওবা মীতোকচাক অনাবা মী অমা ওইবম্বসু যাবা মী অমবু অইংবা মবক্কুদা থবক সৃহল্লু হায়না থৌদাজকবা অদুগা খম্বকবগা মহাক নুঙাইবক্লে অমসুং মসা মতোমতা ঈকাইবা পোক্লক্লে। মাগী লাইবীক তৌফম কাদুদগী চাক চাফম কাদা চঙনা চঙনা মপূক্লীংদা খল্লকখি, "ফবে. মদুগী খল্লুনীঙাই ওইদেদ। মাগী ফননবা তৌবিবনি।"

সীংদু নূপাদুনা লোইনা খাযদোকল্লে হাযনা পূং অমগী মতুংদা ওলগা লাক্লুনা পাও তল্লবে।

স্বভোর্টসোভনা হায়রকই, "ফরে, মঙোন্দা রুবল মখায় অমা পীখো। মানা থবক্তু তৌনীংলবদি থা খৃদিংগী পোইলা তাবিখতা লাক্কুনা সীংখায়রো লাও হায়খো। মাগী থবক রাংলোই ঐগীদা লাক্লবদি।"

চুম্না ফাওবা লেপ্পা ঙমজদ্রবা মথোঙ খঙদ্রবা নৃপাদুনা মথং থাগী পোইনা তারিখতা লাক্কুনা রুবল মখায় অমমম তাল্লম্মি। নুমীত্তুদগীদি ইংখোন্নুংদুদা মহাক তোযনা লাক্লম্মি অমসুং মহাক্না লাকপা খৃদাংগী থবক পীরম্মি। করিগুম্বা মতমদা বেলচানা উন কোখোকহল্লি, অমুক্না সীঙ্গেদু মওং চানা লোইসিনহল্লি, অতোপ্পা তাঙ্ঙা অমদনা মোম্পাক অমসুং খুদা মযাম পুখোক্কুনা উফুল কপ্তোকহল্লি। থবক নোম্বা নুমীৎ খৃদাংমক্তা কোপেক কুন্দগী নীফু ফাওবগী মবক্তা ফংই, অদুগা নোংমনা খোংগ্রাও অমনবা অমসু মঙোন্দা পীরকখি।

স্বভোর্টসোভনা অতোপ্পা য়ূম অমদা লৈফম হোংখিবা মতমদুদা নৃপা অদুবু মাগী ফমুং কাংথোন উপুনচিংবা পোৎ-চৈ য়োমসিনবা, হেনবা তৌবিনবা নেকখি। মতাং অদুদদি নৃপাদু য়ূ ঙাওদনা ভাব তৌবা ওইবে, নুংসুক নুংজানৈ অমসুং রা লান কয়া ঙাঙলমদে। উপু কাংথোলসিংদু থোইনবু মানা পায়রুদে, মকোক নোম্বুবদুনা মাল গাড়ীদুগী মকমদা চত্তুনা লৈ, অমসুং থবক সুসিন্নবা সাবগী মতৌসু তৌদে। মসাদু নিংথম্বদগী থক থক নীক্কুনা খাঙই অমসুং গাড়ীবলাদুনা মাগী থবক সুনীংদবা, মপাঙ্গল সোনবা অমসুং মাগী সেগাযবনা মওং চাদবা ওর্ভকোৎ অদুগী মবমদা পন্দুনা নোক্লবা কবেম্নবা তৌরকপদা মহাক খোয়দৌ সাওগৎখি। পোৎ-চৈ থাঙ্গৎপা হোন্দোকপা পুম্নমক লোইরবা কান্দা স্বভোর্টসোভনা মাবু কৌসিল্লগা হায়রকখি, "যেংঙুদো ঐনা নঙোন্দা তাকপীবা পাওতাক্তু কান্নরেদনা! সে, মসি নঙগী অরামন্নি। নঙসে য়ূগা কয়া থক্লবা মী মাল্লে, থবক সুনীংনসু উরে। নমিং করি কৌই হাযয়ু?"

"লুস্কোভ।"

"ফরে, লুস্কোভ, খরা মসা নানবা থবক অমা ঐ নঙগী পীবা ঙমগনি। নঙ লাইরিক ইবা ঙম্বা?"

"ঙমজে।"

"ফবে অদুদি, নঙ চিঠিসি পুরগা ঐগী মরূপ অমদা পীরুচো, অদু ওইবদি চে শরা ইথোক্রবগী (কোপী তৌবা) থবক মানা নঙোন্দা পীবক্কনি। থবক কন্না নোম্মু, য়ূ থক্কনু অমসুং ঐনা হায়বিবা ময়ার্মসি নঙ কাউগনুকো? ফবে চৎলো. গুদ বাই!"

মী অমগী পুন্সিবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংদুনা চৎহনখিবগী নুঙাইবা পোক্লদুনা ক্ষভোর্টসোভনা লুক্ষোভগী মবেংবান্দা নুংসিনা পোপ পোপ থাবী অমসুং কাযনবমদাই মতমদুদা মখূৎ তিংথোক্লুনা মখূৎ ফাও সোক্লখি। লুক্ষোভনা চিঠিদু লৌই অমসুং নুমীত্তুদগী মহাক ইংখোল্লুংদুদা থবক নোম্বা লাকখিদ্রে।

অুসম্মা চহী অনী হৌদ্রে। অদুদগী নোংমা নুংদাংল্লাইবম মতম অমদা থিযেটব মমগী টিকেৎ যোনফমদা ক্ষভোর্টসোভনা টিকেৎ কক্লুনা লৈবিঙৈদা, খোইবি খোইবিবা ফবগী কোলাব হাপ্পা কোৎ লীৎপা সীল মঙনগী অমনবা তুপী ঊপ্পা মী মচা অমা মাগী নাকন্দা লেপ্লম্বা উখি। মী মচা অদুনা টিকেৎ যোনবদুদা গেলেবীগী টিকেৎ অমত্তা পীবিয়ু হায়না কিজনা হায়খি অমসুং সেল অচোইবা ঙাক্ত ওইনা টিকেৎগী মমল পীখি।

ক্ষভোর্টসোভনা, মহাক মাগী থায়না সীং খায়বম্মা মী মচা অদুনি হাযবা মসক খঙলক্লদুনা খোঙ্গেল হৌনা কৌবকখি, "লুক্ষোভ, নঙ ওইবেকো? কমদৌবা হৌজিক কবি-কবি থবক শাযবি? কম-কম পাল্লিবগে নঙবো?"

"নুঙাইজবি! ঐ হৌজিক নোর্টাবি অমা ওইজবে, অদুগা থা অমদা কবল কুম্না ফংজবে।"

"নুঙাইবেদা! লাইনা গৌজানবিবর্বনি! তাবদা নুংঙাইবে! নঙগীদমক্তা ঐনা নুঙাইবিবে। ঐ হায়নীঙাই লৈতনা নুঙাইবে, লুক্ষোভ। অমবোমদা হায়কববদি, নঙসে লাইনা শীবা ঐগী ঈচানে। নঙ খঙদ্রে! ঐনা নঙসে অচুম্বা লম্বীদা চৎহনখিবা নত্রো? নঙসে ঐনা পেদ্রেৎ-পেনা থোকপমখৈ ঙাঙখিবা নত্রা, হা? নুমিত্তুদা নঙসে ঐনা মেৎখায়দুনা হাৎকে, তৌখ্রবা নত্রা? ঈনাও ইবুংঙো নুংসিবা. নঙ ঐনা তাকপিখিবা ল্লা কযা লৌবগীদমক্তা নঙবু ঈযাম্বনা থাগৎলি।"

লুক্ষোভনা খূন্নকখি, "অদোম্বু থাগৎচরি। করিগুম্বা ঐনা অদোমগা থেংনবমদ্রবদি ঙসিফাওবা ঐসি অমুক্লা ওজানি হায, অমুক্লা ছাত্রনি হায় সুম

তৌদুনা লৈবন্নগদবনি। অদোম্মা উকল ওইনা লেপ্পিদুনা ঐ কোমদগী কাখৎচবা ঙমজরে।"

"নঙনা নুঙাইরকপসি উবদা ঐ তসেংনমক নুঙাইবে।"

"অদোমগী নুংসিবিবা ব্রাহে অমসুং চানবীবা থবক কয়াদুগী ঐনা থাগৎচরি। মতমদুদা ঐবু য়াম্মা থীনা ঙাঙবীখি। অদোম অমসুং অদোমগী বুজাবীগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। পৃকফবী, পৃকচেল চাওবী নুপীদুবু ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইসনু! মতমদুদা অদোম্মা ঐঙোন্দা ফজনা ঙাঙবীখি, অমসুং মদুগীদমক ঐনা সিবফাওবা লমন তৌসিনজরবনি, তৌইগুম্বসুং, তসেংনমক হায়বা তারবদি, ঐগী পুক্সিবু কনাবখিবা মী ওইহনর্বিখিবদি অদোমগী বুজারী ওলগাননি।"

"মদুদি কমদৌনা?"

"সুমদৌবনে, ঐনা অদোমগী য়ুমদা তত্তনা সীং খায়বা লাকপা মতমদুদা মহাক্না ঐঙোন্দা অসুম্না তোয়না হায়ঃ

"হাই য়ুঙাওবা, নঙকো! হাই, কান্নববোইদবা জীব! নঙসে পুম্নাঙ মাঙদুনা পুংতুম তুম্বা নত্তনা কবিসু ওইববোই!" অদুদগী মানা চঙলক্লনা ঐগা ময়চাননা ফন্নগা মানা ঐগীদমক্তা ব্রাবীগনি, ঐগী ঈমাযদা মুন্না য়েংলগা মপী তানা কপকনি অদুগা হায়, "নবাইবক থীববা নুপা! সংসাবসিদা নহাক নুঙাইবা হাযবদু ফংনিঙাই লৈতে, অমসুং নঙবু নতেং পাংবিবগদবা সংসাবসিদা কনাসু লৈতে। হৈ য়ুঙাওবা! নঙ নোবোক কোমদা পত্তুনা লৈবগদবা মীনি। ওঃ নবাইবক থীববা নুপা!" অসুম্না মাগী ব্রাঙাঙদু লেপ্তুনা ঐবু নুংতিগী ঙাঙগনি, খঙবীরেদনা। মানা ঐগীদমক্তা কয়াম ব্রাবীখিবা, মানা ঐগীদমক্তা কযা মর্মাঙ্গা মপী তাখিবা, ঐ হায়ফম খঙদে। অদুবু মান তৌবীখিবা মকওইবা থবাক্ত মানা ঐগী ঈহুৎ সিন্দুনা সীংদু লোইনা খায়বীখিবনি। ঐনা সীংদু সীঙ্গায়বাক অমফাওবা খায়খিবা নত্তে, মানা লোইনা তৌখিবনি, খঙবীবব্রা? মানা লোইনমক তৌখিবনি। মাগী মতৌ অসিনা ঐবু কবম্না থব্রায় কর্নাবখিবা কবম্না ঐগী লমচৎ হোংলকখিবা, মাবু উবদা ঐনা য়ু থকপা তোকখিবা— পুম্নমকসি করিগীনো হায়বসে ঐনা হায়বা ঙমদে। মহাক্না ব্রাহে খক্তনা মবম ওইদুনা, মাগী পুকচেল চাউবা থৌওং কয়ানা মরম ওইদুনা ঐগী থম্মোযদা অহোংবা

অমা লাকখি হায়বা অসিমদি ঐনা খঙই, মানা ঐবু অচুম্বা লম্বীদা চৎহনবিখি অমসুং ঐনা মদুবু কৈদৌনুংদা কাউথরোই। ফরে অদুদি, হৌজিক চঙবা য়ারে, সরীক খীংখ্রে।"

লুম্বোভনা মকোক নোম্বনা ব্যাবহার তৌখি অমসুং গেলেরীরোমদা চৎখি। ❑

# নৃপামচা জেক

চহী মাপনদং সুরিবা নৃপামচা জেক থা অহুমগী মমাঙদা খোঙজুপ সাবা অলি আকিনগী সিন্দম্বা অঙাং অমা ওইনা লাকখি। খৃষ্টমাস হয়েংনি হায়বা নুমীৎ অমা মহাক তৃম্বা চঙখিদে। মাগী (মাষ্টর) ওজা অমসুং মিস্ত্রি মকোক্তু গীর্জা চংখিবা তাপ্পাদু ঙাইদুনা লৈখি, অদুদগী মখোয়না চংশ্ত্রবদা মহাক্না মৃকফৃ অমগা কলম অমনবা অমগা মাগী ওজাগী উপুদগী লৌথোক্লুবগা সুপত্রেক নাতেকপা চেবাং অমা মমাঙদা তিংথোক্লুনা ইবা হৌবর্কখি। অহানবা ময়েক্তু ইবা হৌদ্রিঙৈদা থোঙলোমদা হন্না হান্না কিজনা কোয়েং য়েংখি, খোঙজুপ সাননবগী মচাক ময়াম পীকথন্না য়াওবা উপুনা নাক য়েত্তা চপ্তুনা লৈরিবা লাইগী মূর্ত্তিদুদসু মুন্না য়েংলুই অমসুং নুংসাসে'র মপী অমা সাংনা হোন্দোকখি। বেঞ্চ মথক্তা চেদু তিংথোক্লুনা লৈরম্মী অদুগা নৃপামচা জেকনা খৃকউ খুদক কৃন্দুনা ফম্লম্মী।

ইবা হৌরকখি, "নুংসিরবা ইপুবোক কোনস্তান্তিন মাকারিচ, ঐনা ইবুবোক্তা চিঠিসি ইজরি। খৃষ্টমাস নুঙাইবিয়ু, অমসুং ঈশ্বরনা নুঙাই য়াইফবা পুন্নমক পীবীবা ওইসনু। ঐগীদি ইপাসু ইমাসু অমতা লৈজদে, ঐগী হায়ববু ইবুবোক নঙতনি।

মোমবত্তি গী মৈঙাল্লা য়েবদা ইবংলংলিবা অমম্বা থোঙনাও অদুদা মহাক্লা য়েংখি অমসুং মাগী ৱাখলনুংদা মপুৰোক কোনস্তান্তিন মাকাবিচকী সকফম ময়েক সেংনা উবকখিঃ চহী হুম্ফুমঙা সুববা, শীক্তক তৌবা, ময়াং কংবা মমীৎ সেংনা উদ্রবা অমসুং মতম চূপ্পদ' মোমোন নোকপগী মায়থোঙ তমক উৎপা অহলদু; নুংখিলগী মতমদনা চাকখূমদা তূমদুনা নক্তগনা বুজাবীদা লক্লদুনা লৈগনবা অহলদু; নুংদাং মতমদনা য়াউ মঊনগী অচৌবা কোত্তু লুম্না লীৎসিল্লগা ইংখোল সংবল অকোয়বদা চৌকিদাবগী লীচৈদু পায়দুনা কাক কাক য়ৈদুনা চক্লুনা লৈবা অহলদো। হূয় অনীসু মকোক নোম্বদুনা মানা চৎলিবমখৈ ইন্নদুনা লৈগনি— হূয় অমনা কস্তাঙ্কা অমদুনা ঙাবিল কৌই, ঙাবিল কৌকবগী মবমদি, মচু মুই অমসুং ময়াংলেন্দু সদৃংগী মতৌগুম্না সাংই অদুননি। ঙাবিন্দু অতৈ হূইগা মান্নদনা ব্যাবহাব খঙজি অমসুং মীবু লুনা তৌগল্লি, খঙনবা মী নক্তগা খঙনদবা মী লাকপদা খেন্নবা থমদনা নুংসিনা চান্না য়েংগল্লি, অদুবু মদু ফনা ওইদুনসু মাবুদি মীনা নীংথি নুঙাইনা ফজনা হায়নদে। মোংহাদবা, অচান মীবাই নাইদবা মানবা মতৌদুর্গী মনুংদা জেজুইতকুম্না থাজনীঙাই ওইদবা সাজৎ অমা মনুংদা লোত্তুনা য়াউর্বি। লোম্না তুংলোমদগী চঙলগা মীগী মক্লাপ্তা লাকপ(চীকপা), উন থম্ফম কাদ' লোম্না চঙব' নক্তগা মীগী মযৃমদগী য়েন অম লোম্না ফাকবা অসিগুম্বা থবক্তদি মঙোন্দগী হেন্না হৈবা অমা লৈত্রে। মখোঙ খুদংদু খুদেকপিবকপসু কোন্সায়ান, মঙকসমদা থৌবী য়ানখত্তুনা হৎকদৌগী তৌশিবসু অনাবক সুস্ত্রর্বান, মথাৱাযদা থাক্লা ফুবিবকপদি হাপ্তাগী কাংদে, অদুবু সিদে, হেক্তা ফদুনা অমুক চৎলি।

মতম আসিৱাইদা সোয়দনা ইপুৰোক থোক্লান্দা লেপ্তুনা খৃঙ্গংগী গীর্জগী অঙাঙব' থোঙনাওসিংদুদা মমীৎ কুফেৎ কাফেৎ তৌদুনা য়েংদুনা, খোঙজুপ্না লৈমাযদা মখোঙ থীল্লদুনা লৈবিবা অমসুং মীনায় ময়ামদা লক্লদুনা সাউহল্লি। মাগী চৈতৃপ মকক অদুনা পেতিদা য়াক্লিল্লি। মপাম্বোমদা মখৃৎনা পোপ পোপ ফুবদুনা নিংথমবদগী মসাদু তৃম্বক তাসিল্লি, অমসুং হনুবসিংনা খবা তৌজগনবা অদুম্না মীনাই নৃপীদুদা অদুগী তুংদা বুজাবীদুদা খৃজীন্না সীকউগনি।

মহাক্লা হায় স্লফ-উপুদু (নাতোন্দা চিংখৎনবা হীদাক মনা মকৃপ) নৃপীসিংদা শীবগা "স্লফসি খবা চিংদুনা য়েংসি।"

নূপীসিংদুনা মদু খবা লৌদুনা চিংখৎলগা হাকথী খন্দোকই। ইপুবোক্লা হায়ফম খঙদনা নুঙাইবা পোকচৈ, হৌনা হৌনা কয়াবক নোকই অমসুং লাওই, "ননাতোনসিংদু তৈথোকউনে। ঈংবনা মতা অমা তৌবেনে।"

অদুদগী মখোয়না হুয়সিংদু মনাতোন্দা স্লফ হাপচিল্লি। কাস্তাক্কাদি হাকথী খল্লগা মনাতোন্দু সুগৎলি; মাদি সাউনীংদুনা অদুম চৎশ্রে। ঙাবিন্দি ব্যাবহাব থোক্তে খন্দুনা হাকথী খন্দে অমসুং মমৈদু হাইদুনা লৈ। নুঙাইবা ফজবা নুমীৎনি। থাবলদি ফত্তে, অদুবু খুলগী দৃশ্যদু- উবদি ফংই; অঙৌবা য়ুমগী য়ুমথক চিম্নিদগী মবী মবী কাবক্লিবা মৈখু পবেং, উপাল খপালসিং, উন মফোন্না কৃপসিন্দুনা লূপা মচু মান্না ঙৌবিবা পেৎসিং অমসুং মবীক মবীক তাবক্লিবা উন মকৃপসিং পূম্নমক উবা ফংই। তগুপ তবেংবা থবানমীচাকসিংনা অতিয়া সীনবা থুংনা সন্দোক্লি অমসুং কুম্মে নুমীৎ অমা থোকপদগী ফজনা চামথোক্লুনা থম্নবা পোৎঅমগুম্না নিংথৌ তুবেন্দু যেংবদা পূমলং লংই উন্না পূম্নমক লোইনা তক তক তকথোক্লুনা নালহনস্রে।

নূপামচা জেকনা নুংসাসোব মপী অমা সাংনা হোন্দোকই, কলমদু মুক লূপ্পী অমসুং মখা ইথৈ,

"ঙবাংদি ঐসে মখোয়না স্রো স্রো লাক্লুনা চিংবিবান। ঐখোয় ওজানা সম পায়দুনা সূমাংদা চিংসিল্লি অমসুং ঐনা তৌগে হায়দুনা তৌবসু নত্তে, অঙাংগী নাউসুমদু চিংদুনা লৈবিঙৈদা ঙাহাক তূমথোক্লুই হায়দুনা মৌথঙ্গেদুনা ঐবু ফূবী। হাপ্তু অমগী মমাঙদা ঐখোয় ওজাগী নূপীনা হোঁবিং ঙা সেম্মু হায়না পীবদা ঐনা ঙাদু মমৈবোমদগী সেম্বা হৌই হাযদুনা ঙাদু ঐংঙান্দগী মুল্লগা ঐগী মায়দা ঙা মচীন্দুনা চক চক থিঙ্গিনবী। মিস্ত্রি মকোক্লুনা ঐবু কবেম্নবি অমসুং ভোদকা (য়ু) লৌবা থায, থপীসু হূবানর্গল্ল, অমসুং ঐখোয ওজানা অপায়বা পোৎ অমনা ঐবু হেক্লা থোম্মী। অদুদগী ঐবু চাকসু কবিমত্তা পীজদে। নোঙাল্লগা অযূক্লা তল খবা পী চবা খান্নবা, চাক্লেন্দনা ক্ষীব খবা পীজৈ অমসুং নুংদাংগী চাক্তনা তল খবা পী। ঐখোয় ওজাগা মাগী নীপীগনা চা অমসুং সুপতু লোইনা থক্তোকখি। ঐবু য়ূমজাও কা অসাংবা (হোল) অদুদা তূমহল্লি, অমসুং অঙাং মচা পীসক্লুনা হেক কপ্লকপদা ঐদি তূম্বা ফংদে মবমদি ঐনা মাগী নাউসুম থৌবীদু চিংদুনা নোমহন্দুনা সুম লৈবা তাই। ইথৌ নুংসিবা, ঐবু মফমসিদগী

খরা লৌথোকপিরো লাও, ঐখোয় খুনগী য়ুমদুদা থম্বিয়ু। মফমসিদদি ঐ খাঙবা য়াবে। ঐনা খুরুমদুনা হায়জরিবনি, ঐ পুন্সিচুপ্পা ইপুবোক্কী য়াইফনবা লাই খুরুমজগে। ঐবু সিদগী খরা লৌবীরো লাও, অদু নত্ত্রবদি ঐ সিবা তারে...।

জেক্কা মচীনবান খোই সানা তুমথোকই ঈমোং মোংলবা মখুত্তুনা মমীৎ নোই অমসুং হীক হুক কল্লি। মানা মখা তানা ইথৈ,

"ঐনা নঙগী হীদাক সুবীগনি (হীদাকমনা) অমসুং নঙগীদমক লাইসু খুকম্বিগনি, অদুগা কবিগুস্না ঐনা হায়রিবা আসি হেক তৌদ্রবা, ঐবু সির্দোফক্কী হায়েং হাৎপদৌনা হাত্তোকচৌ। অদুগা নহাক্কা ঐবু অতৈ থবক তৌদবা য়াদে হায়বগনা ঐ ভাগুবিদ' হায়নজরগা খোঙভুপ সেংজগে নত্ত্রগা তেদ্দিগী মহূৎ সিন্দুনা ঐ সম্পোৎ খোইজগে। ইথৌ নুংসিবা ঐসে অসিদা খাঙব' লৈবা গুমদ্রে, ঐ সিবদা তাবে। ঐ ঐখোয খুল তান্না খোঙনা হেক্তা চেপ্লক্লিংলবনে, অদুবু ঐদ খোঙভুপসু তোংদে, অমসুং য়াম্নসু ঈংই। অদুগনে, হয়েং ঐনা চাওরগা ঐনা নঙবু চান্না সেবা তৌনি, কনা অমত্তনা নঙবু সোকপা য়াবেই, অমসুং হযেংবাই নঙনা সিববা কান্দা ঐনা ঐগী ঈমা পেনজেঅগীদক লাই নীংজব' অদুম হায়না নঙগীসু সোযদনা তৌগনি।

মোক্কো অচৌবা নগবনি। লৌবিব' য়ূম কযা পুম্নমক জমীন্দাবগী মপোৎ ঙা ক্কান, সগোলদি যাম্ন' লৈ, তৌই গুপ্সসুং যাওদি অম ও' লৈতে, অমসুং লৈবিবা হূযাসংদু তমথীবা সা ওইদে। অগুাংসিংন' থব্নমীচাক পুদুনা চত্তে (কশক্কী লৈমীসিংনা বড়দিন মতমদ' তৌনবা লোনচৎ) অমসুং গীর্জা মনুংদা কনামত্তা ঈসেসু সকতন্দে, অমসুং ঙা ফানবা খোই খোইবীদ' পাম্সিল্লগা য়োন্নবা থম্বদু ঐনা নোংমা দুকান অমগী থোঙনাওদগী উখি, অদুগা খোই পুম্নমক্কুদা ঙা অমমমসু থুদুনা লৈ, অদুগনে খোইসিংদুসু য়াম্না চাউএ, অদুগা খোই অমদদি সেব কুনলোম লূমগদৌবা স্ত্রুজন (ঙ' মখল অম') অমা থুদুনা লৈবম্মি। অতোপ্পা দুকান অমদনা অমুক নোংমৈ মখল পুম্নমক সুনা য়োনবা থেংনকই, মখোযগী নোংমৈদু ঐখোয় ওজাগী নোংমৈসিংদু মানবসু যাউই। নোংমৈ খবদি ক্বল চামগা পীবা জাৎনি। সা য়োনফম দুকান্দুদনা লময়েনগা উবেম্বীগা, থেব ঙাক্কগা যোল্লি, তৌইগুপ্সসুং মখোযসিংদু কদাইব্রাইদগী হাৎলুবনো হাযদোকউ যাদে সা য়োনবদুনা। ইথৌ নুংসিবা লৈকাইগী বড়দিনগী উপাম্বী (খৃষ্টমাসত্রি)

য়ৃংবা মতমদুদা ঐগীসু সনামচুগী উহৈ খরা থেৎপিয়ু অমসুং মখোয়সিংদু অসংবা মচুগী উপু অদুগী মনুংদা চেৎনা থম্লীরম্মু। মদু মিস ওলগাদগী লৌবিয়ু অমসুং নুপামচা জেক্কীনি হায়বিয়ু। মসাদু থক থক নীক্লা জেক্লা নুংসাসোর মপী অমা হোন্দোকচরগা থোঙনাওরোমদা অমুক মমীৎ কুপ্তনা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মপুবোক্লা বড়দিনগী উ পাম্বী য়ানবা উমংদা তোয়না তোয়না চৎখিবা থৌদোকসিংদু মহাক্লা নীংসিংলকখি, অদুগা মসূ মাবুসু পুবিখিবদো। মতমদু নুংঙাইত্রবা মতম্নিদা। মপুবোক্নুনা সোর ফী ফী কান্না হোনগনি অমসুং মচীন্দা হোই লাউগনি, লৈরিবা উন ময়ামদুনসু মদুগা মান্ননা তৌরক্কনি, অমসুং নুপামচা জেকনসূ মবুবোক্কী অৱাবা সরূক য়াবা ওইনা সোর কন্না হোনগনি, হোই লাউগনি। উদু য়ান্দ্রিঙৈ মমাঙদা মপুবোক্লা মাগী কাংচুপ হান্না চিংবা লোই থোক্কনি অমসুং স্লফ অমুক্তং তপ্না মনাতোন্দা চিংগনি, অমসুং মতম চুপ্লদা হায়ফেৎ নোক নোক্নুনা জেকনা নিংথম্বা খাঙদুনা লৈগনি। মসা পূম্বা উন্না য়োন্নবা, লেঙবা ওৎপা ঙমদনা লৈজরিবা ফিয়র উ সোইনৌ সিংদু চমম্লনা খাঙজখি, "ঐখোয়গী মরক্তগী কনানো ঙসি সিগদৌবিসে?" উন মরক সমদুনা থেবসিংদুনা তেঞ্জেমুক য়াঙনা চেনখিগনি, অমসুং ইবুবোক্লা অসুম্না লাউদনা তোক্তে, "ঙাইখো! লেপখো! লেপখো! মৈতৎপী, মৈরোম্বী সাইতানসা।"

অদুগী তুংদা য়াল্লবা ফিয়র পাম্বীদু য়ূমজাও তান্না ইবুবোক্লা চিংদুনা পুগনি, অমসুং মখোয় ময়াম চঙদুনা মসা মরেং সানগনি। থবক্তুদা খায়দগী মথৱায় য়াওজনা সুবসি জেকনা খায়দগী নুংসিজবা মিস ওলগাদুনি। জেক্কী মমা পেলাগিঅনা হিংলিঙৈ মতমদুদা অমসুং মিস ওলগানা য়ূম্নুবী ওইনা য়ূমজাওদু য়েংসিনবিরা মতমদুদা ওলগানা মাবু চিনি হৈঙান ইতৎ তত্তনা পীজৈ, অমসুং মাগী থবক নোম্লিংঙাই লৈত্রবা মতমদুদা জেকপু ইবা পাবা অমসুং চামা ফাওবা মসীংথীবা তম্বী, অদুগীসু মথক্তা ক্বাড্রিল (জগোঈ মখল অমা) সাবা ফাওবা তম্বীখি।

মমা সিরবা মতুংদুদদি লমজা অঙাংদু মপুবোক্লা থবক তৌরিবা মফম চাকখূম অদুদা মাবু লোই থাবীরকখি অমসুং মফমদুদগী অমুক মোক্ষোগী খোঙঙুপ সাবা অলাইকিনগী মনাক্তা য়ৌরকখি।

"সোয়দনা লাকউকো, ইযৌ নুংসিবা(মথা তানা ইথরকই জেক্লা) লাকপিয়ুকো ঐনা খৃষ্টকী মমীং পল্লদুনা হায়জরি, ইযৌ, ঐবু মফমসিদগী অমুক্তা লৌথোকপিয়ু। লমজা মচা তোল্লবা নসৃ ঐবু অমুক্তা নুংসিবিয়ু, মরমদি সিদা লৈরিবা মী খুদীংমক্লা ঐবু চৈবী, অমসুং ঐসে পৃক অমুক্তা থন্দে, অদুগা ঐসে তোঙান নাইতোম তাহন্দুনা তরক তরক ইথন্ত লৈ; তরক তরক কয়াম ব্লাবগে হায়বদু ঐ নঙোন্দা তক্ষম খঙদে। নুমীৎ চুপ্পা ঐ কপ্পুনতা লৈ। নহান নোংমা ঐখোয় ওজানা খোঙচুপ উচল অদুনা ঐগী কোক্তা থাবী, মদুদা ঐ তুখি, কুইনা ব্লাম্বদুনা লৈখি। নেল্লী অমসুং মমীৎ নাম্মা তাঙবা গ্রেগোবি অমসুং গাড়ীব্লালা অদুদা ঐনা নুংসিনা সোল্লকই হায়না খবা তশ্বিয়ু, অদুগা ঐগী এক্কোর্দিয়ন (ঈসৈ যন্ত্র)দু কনা অমত্তদা সীজিন্নহনগনু।"

নসৃ নুপা

জোহন ঝুকোভ

ইযৌ নুংসিবা, সোয়দনা লাকউকো।

অদুগী তুংদা মকোক খোৎলগা মীকুপ খরদং ব্লাখল খল্লুবগা অমুক হার্পচিল্ল—

কোনস্তান্তিনা মাকারিচ।

কনা অমত্তনা অয়েৎপা পীনীদনা মাগী চিঠি ইবা লোইসিঞ্জবদা হবা ওক্তবদুনা মাগী তুপীদু উর্পাসঞ্জবে, মাগী ওর্ভকোৎ মচাদু মবেংবাদা যাল্লিনগনি হায়বা খঙদবমখৈ, ফৃবীৎ খক্তমক লীৎলগা সোবোক তান্না চেল্পোকখি।

মমাঙগী নুংদাংব্লাইবমদা মানা হংজকবদা সায়োনবা নুপাদুনা তাকপিরকখি চিঠি থাগে হায়ববদি মেইল বোক্সতা থাদগদবনি, অদুদগী য়ু থকচিল্লবা গাড়ীব্লালানা থৌবা চিঠি পুবা গাড়ীনা সরীক খীং খীংদুনা থৌখিবনা পৃথিবীগী মফম কয়া থুংনা চৎখিগদবনি। নুপামচা জেকনা খ্বায়দগী নক্লা লৈবা চিঠি উপু অমা তান্না চেন্দুনা চিঠিদু উপুদুগী অহোবা মখৃলদুদা থাধরুরে।

পুং অমগী মতুংদদি মহাক তুমখুন হুন্না তুমথস্রে, নুঙাইরবা ব্লাখল

কয়ানা নাওথেম্বিদুনা। মমাঙদুদা মৈফূ অমা উরম্মি। মৈফূ লৈরঙদুগী মথক্তা মপুবোক্তু খোঙঙুপ তোংদবা মখোঙদু য়াম্ভুরদুনা হাইর হাইরদুনা ফম্মি অমসুং মাগী চিঠিদু পাদুনা বুজারীদুদা তাহল্লি। লৈরঙদুগী মনাক্তা ঙারিল কৌবা হুয়দু মমৈ হাইর হাইদুনা চংলম্মী। ❑

# অঙাংসিং

পাপা, মামা ঙনে মখোয় অমত্তা য়ুমদা লৈতবা মতম্দা। উৎমানবা মচুগী সপোল ভোংগনবা গ্রাফসব অহল অমগী ময়ুমদা পাঙথোকপা নামকবগী থৌবম অমা যাউবা চৎখি, অমসুং গ্রীসা, এল্লি, অলিওশা, সোনিয়া অমসুং অনক্র, বুজাদাগী মচানুপা মখোয় পুন্না চাক চাতম কাগী ভেবলদা লোটো (হাউসি) সান্নাব মখোয়গী অহলসিং লাকপা ঙাইনা। থাঙ্গৈসেংনমক্তি মতমদু ভূন্ন-হীপ্পবা মতম হেল্লবান, থেঙলবান ভৌইগুম্বসুং মখানা হল্লক্লগা অঙাংদুগী মসক্তু কবি মাল্লি অমসুং মখোয় কবি ইঙ্গাং মখেল পীজবকই হায়বগী রবীন্দু তাদনা কবম্মাদি ভূম্ব চঙগনি"

ভেবলগী ময়ায় মপাদা থাংমৈ অমা যাম্তুদুনা থম্লি অমসুং মসীং ইবা চেজেং, লৈবাকহৱাই মকু, চেজেং অমসুং মসীং থীনবা শুংলাই কয়না কোয়চাই চাইনা তাদুনা লৈ। সান্নবা য়াওবিবা মী থূদিংমক্তা মমাঙদা চে মচেং মচা (কার্দ) অনী অনী থম্মী অমসুং মসীং থীননবা মক চবুন অমনা কার্দতা ইবিবা মসীংদু শুমজিল্লি। ভেবলদুগী ময়াযদা অবংবা পুখম মচা অমদা কোপেক মঙা থম্মী, অমসুং পুখমদুগী নাকন্দা তঙ্খায় অমা চাথোক্লবা সেব, কাটি অমা লৈ অমসুং হৱাইমকু হাপ্পবা ওইগদৌবা পুখম অমসু লৈ। অঙাংসিংদু পৈসা থানদুনা

সান্নরিবনি অমসুং পোম্থানা কোপেক মঙানি। য়ানখিবা ৱাফমদি অসিনি, কনাগুম্বনা নমথাক তৌবা থেংনরবদি মহাক তাম্থোক্কদবনি হায়বসিনি। চাক চাভম কাদুনা অঙংসিং অদুতমক লৈ। মমাসাবী (নর্স) মখাগী কাগী চাকসঙদা বুজারীদুবু ফূরীৎফি য়াৎপা তম্বিদুনা লৈ অমসুং ক্লাস মঙাসুবদা তন্নিবা মখোয়গী তাজৌ ভাসিআদি তন্দে-মান্দে তৌদুনা ড্রোইং রুমগী সোফাদা হীপ্তুনা লৈ।

অঙাংসিংদু থৱায় হরাওনা সান্নরি; থৱায় ৱাবা মায়থোঙ লাংসিনবা উৎলিবদি গ্রীসাতনি। মহাক মসম তেন্না ককপা, মখজাই থোন থোন লাউবা, নেগ্রোদৌনা মচীনবান চাউবা চহী মাপলগী নূপা মচানি; মহাক প্রিপ্যারেতরি ক্লাসতা তম্বা হৌরবনি অদুনা মহাক চাউরবা অঙাংনি অমসুং য়াম্না সিংলবনি হায়না মতোমতা খঞ্জে। মহাক্না সান্নবা য়াউবিবদু পৈসাদুগী অয়াম্বা খন্দুনা তৌরিবনি; পূখমদা হাপ্লিবা কোপেক মঙাদুগী খন্দ্রবদি মহাক ঙসাইনা তূম্বা চঙশ্লগদবনি। মাগী ৱাওথাংনবা মমীত্তুনা ঙাহাক্তা পোখাদনা অমসুং মিচৌ চাউনা অতৈগী কার্দসিংদুনা কোয়লৈ লৈনা য়েংই। সেল মাঙখিগদ্রা হায়না পাখৎচবা, অতৈদুবু নুংসিদবা কল্লকপা, অমসুং সেলগী হিসাব পাবদা মরুকোকপা মকোক্তু পোখাফম খঙলমদে অমসুং মসাদু তিংখং মথক্তা ফম্বদৌনা মরেঙ মরেঙ চৎলম্মি, ঙাহাক্ত তূমিন্না লৈতে। করিগুম্বা মহাক্না পাঞ্জল থোইবা থোক্লবদি মহাক্না ঙাইঙমদনা পৈসাদু থোমজিন্দুনা ফূরাৎ খাওদা সৎ হেক্তা হার্পাচনখি। চহী নিপান সুরবী, মখদাঙ তূম্বী, মমীৎ তসিং তসিংবী মাগী মচে এল্লিস্‌ মী অতৈনা পাঞ্জন থোইখিগদ্রা পাখৎলি। অমুক্তা মমায় ঙাঙসিল্লি, অমুক্তা কুচু তাইফেৎ তাই তৌদুনা সান্নমিন্নরিবা মপাং অতৈদা য়াম্না চেকসিন্না কূপ্না য়েংদুনা লৈ। পৈসাদুগী নত্তে মহাক্না সান্নবদুদা থোয়দারিবদি, পাঞ্জন থোইবগী নাপন অদুদনি মাগী নুঙাইজবীনা। সোনিআ হায়বী মচে অদুনা চহী তরূক সুরবীনি। মসম থোই অমসুং মখজাইদুদি মসা মউ ফবী অঙাংগী, মমল য়াম্বা লাইথিগী অমসুং কেন্দি উপুদা য়েকপা অঙাংগী কুচু মাল্লি। মানা লোটো সান্নরিবদুদি সান্নবা মসান্নদুগী নিয়ম কাঙলোম্দুগী নুঙাইদুনা য়াওরিবনি। নুঙাইবা ৱাখলনা মমায়দু তরং তরংই। কনানা থোইখিবা, কনানা পোবা খঙদে মাদি খূবাক খূগনি অমসুং নোক্কনি।

মসা বুপ বুপ লাওবা, কবোক খোইদুম মানবা অলিওসা হায়বা মী মচাদুদি নুংসাসোর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, মনাতোন খু খু কান্মী ঙাহাক লৈতনা অমসুং কার্দ লৈরিবা ময়ামদুদা কোয়য়েং য়েংগনি। মহাক্তি সেল লৌবা নত্তুগা পাঙ্গন থোইবগী খল্লুদে। মখোয়না মাবু তাম্বোক্লবসু চত্তে, ফমুংদা পুসিন্দুনা নমসিল্লসু য়াদে, মফমদুদা ময়ামগী মরক্ত অদুম লৈনি, য়েংবদা থৌসা ৱাসাদবা, লেঙনীংদবা মী মাল্লি অদুবু মবুক মনুংদদি কয়া ফবা মী নত্তে। মহাক্না সান্নবা য়াওরিবদু লোটো সান্ননীংবগী থোইনা নত্তে, সানবু সান্নরবদি হেক্তা খৎনদবা ফুনদবা য়াদ্রবা মসান্না অদুগীদমক্তা পামজদুনা য়াওরিবনি। অঙাং অমনা অতোপ্পা অঙাং অমদা ফবা নত্তুগা চৈবা তৌরক্লবদি মাগী নুঙাইজবী হরাওজবী লোইরে। অমা হায়বা মসীং ময়েক অমসুং শুণ্যনা লোম্বসিং অদুতনি মহাক্না খঙজরিবা অদুনা এন্নিনা মাগী কার্দকী নম্বরসিং অদুসু য়েংবিরিবনি।

সান্নরিবদুগী মরক্তা য়াউরিবা মঙাসূবা অঙাং বুজারীগী মচানূপা এনক্র হায়বা নূপামচাদুদি কুচু মুরৈনৈ অমসুং মসা ফত্তে। লংজমগী ফুরীৎ অমা লিংলি অমসুং পীপ্রাইগী ক্রোস অমা মঙক্ত সি। মহাক ৱা ঙাওদনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ, উইকম উইকম তৌনা কার্দতুদা য়েংলগা ৱাখল মুন্না খন্দুনা লৈ অমসুং সান্নবদুদা মানা থোইবা নত্তুগা মীনা থোইখিবগীদমক থোইনা থৌসাক্লদে মরমদি মাদি সান্নবা খৎসান্নদুদা চঙলিবা অঙ্কগী জ্ঞান্দুদা অমসুং মদুগী মনুংগী দর্শণ শাস্ত্রদুদা মপূক্লীং পুরা থিংজিন্দুনা লৈ। মানা খল্লমখি, "সংসারসিদা লৈরিবা মসীং ময়ামসি কয়াদা য়ামখ্রবনোনেসে, মসিবু অঙকপা অমা নত্তা? মসিবু মীসীংসিনা চয়েৎনদনা খঙবা ঙম্লিবসিবু কমদৌবা জাৎনো?"

সেনিঅগা অলিওসাগা নত্তনা অতৈ মী পূম্নমাক্তি পালি নাইননা মসীং লাওবা মী ওই। মসীংসিংদু মসক য়াম্না মান্নমনবা মরম্না মখোয়না হান্ননা তমদুনা, হোৎনদুনা মসীংসিদুগী মমিং জাৎ জাৎ থোজিন্দুনা নোক্লিংবা খৎলাওদা লাওই– তরেৎপুনা পোকর(মৈতান কোৎনরা য়োৎচৈ), তরামাথোইবুনা চৈতেক অনী, মৌদ্রাবুনা ইপুবোক, অসুম্না মথং মথং কয়া। মখোয় য়াম্না কন্না থৱায় য়াউনা সান্নরি।

মপাগী তুপী মনুংদুদগী নাপু মচুগী মরূদু মথং মথং লৌখৎলগা গ্রীসানা লাওরকই, "কুম্ভানীথোই! তরাতরেৎ! পোকর! কুনহুমদোই– উকাখৎপী!

এনদ্রুনা মসীং কুনহুমদোই ককপদা চীখবদু এন্নিনা উই। অতৈ মতমদা ওইরবদি তাকপিগদবনি অদুবু হুন্দক্কীসিমদি মাসু পূখম মথক্তা হাপ্লিবা কোপেকসিংদু ফংনীংবগী নাপল মচা অমা লৈরুবনা, এনদ্রুনা মসীং অমা ককহৌবা সোয়বদু উবদা নুঙাইবা পোক্লে।

গ্রীসানা মখা চঙখে, "কুন্নীথোই! ইপুবোক! মাপন!"

তেবল মথক্তা খরমি অমা ফৈনা চেনবা উরুবদা সোনিঅনা কন্না লাওরকখি, "খরমি! খরমি!"

খোঞ্জেন লুম্না অলিওসানা হায়, "হাৎপিরুনু! মরূমপুবী ওইরম্বা য়াই, মচা য়াওরম্বা য়াই!"

খরমিনা চংখিবা অদুগী মতুং ইন্ননা সোনিঅনা মমীংনা য়েংদুনা লৈ অমসুং খরমি মচাসিংদু করি মাল্লমগনি হায়না ঙকপগা লোইননা মতোমতা রাখল তৌজৈ।

গ্রীসানা মাখা লাওথৈ, "নীফুহুমদোই! অমা!" মানা পাখৎনা লাওই মরমদি এন্নি হান্ননা পরেং অনী ককপা লোইপ্লবনি অদুদগী লাওরকই, "তরুক!"

"গেম! ঐনা কারে!" সোনিঅনা লাওরকখি মমীক্তুদি মরৌ লৈনা য়েংখক্তুনা অমসুং নোক্কুনা।

সান্নরিবা অতৈ অঙাংসিংদু য়ায়খোঙমক্তা মমায় সূকথনৈ। গ্রীসানা হায় সোনিঅদা খানা য়েংলগা, "চুমব্রা চুমদব্রা অমুক্তং হান্না য়েংখিসি!"

খ্বায়গী অহল অমসুং খ্বায়দগী সিংলবা গ্রীসানা সান্নবগী অম্পায়রগী সক্তম লৌথ্রবনিনা মাগী মখা ইনবা তাবনি।

মতম সাংনা চঙনা মখোয় ময়াম্না সোনিআগী কার্দঅদু (তিকেৎ) চেকসিন্না অসোয় অঙাম য়েংলে অমসুং মাগীদুদা অরানবা অমত্তা য়াউরমদ্রবদা মখোয় পূন্নমক নীংবা কায়নখি, মথরায় নুঙাইনখিদে, মানা হায়জিন্নবা ওইরমদ্রবদুদা। মখা তানা অমুক সান্নবা হৌখ্রে।

মতোমতা সোঞবা ওইনা এন্নিনা সোম্থাংননা হায়, "ঙরাংদি ঐ নোক্লিংখ্রবা পোৎ অমা উই; ফিলিপ পিলিপোভিচনা মাগী মমীংকী মীৎপান্দু মথক মখা ওম্থোক্কুনা থম্ববু মমীত্তু পূমঙাঙ ঙাঙলদুনা কয়া কিখ্রে, য়েংবদা

তম্নবাই মমীৎ মানবনিনে।" গ্রীসানা খুম্নকই, "ঐসু মদু উরুরবনি।" মদুদগী মখা লাউখি, "নীপান! ঐখোয়গী স্কুলদা তম্বা নূপামচা অমদি মাগী মনাদু লেঙহনবা ঙম্মিদো। কুনতরেৎ!"

এনদ্রুনা গ্রীসাগী মমায়দা মুম্না য়েংলগা হায়,

"ঐসু না লেঙহনবা ঙম্মিনা।"

"ফৈ ফৈ, লেঙহল্লোনে।"

এনদ্রুনা মাগী মমীৎ মচীনবান, খুৎসাসিং পুমমক্তু লেঙথোক লেঙসিন তৌহন্দুনা সান্নে, মানা খল্লি মদু তৌবদুদা মাগী মনাসু য়াওনা লেঙলম্লগনি। মযাম পুম্নমক হৌদুনা নোকই।

সোনিঅনা নুংসাসোব মপী অমা হোল্লগা হায়, "নঙগী ফিলিপ-ফিলিপোভিচ হায়বদু ওস্কোক্রা নাতৈ চাদবা মীনি। ঙবাং মানা ঐখোযগী নস্বীদুদা লাক্লিবনিনে, অমসুং মতমদুদা ঐদি ছেমিজ খক্তং লীৎলগা লৈবা মতমদা লাকইবা; ঐ কথা ইকাইজস্ত্রে।"

খুদক্তা গ্রীসানা লাওবকখি, "গেম!" অদুগা পুখমদা যাওবিবা পৈসাদু খোমখি। "নখোয়না য়েংগে হায়বসু য়েংবা যানি।"

বুজাবীগী মচানূপাদু মমীৎ হঙ্গৎনা যেংদুনা লৈ অদুদগী কুচু তাইফেৎ তাইসল্লক্লে। খোঙ্গেল তপ্লা হায়বকই, "ঐদি সান্নবা য়াওবা ঙম্লবেই।"

"কবিগী?"

"মবর্মাদ, ঐগীদি পৈসা লোইনা মাঙহোকখ্রে।"

"পৈসা পূথোক্লুবদি যাওবা যাদে," হায়বকই গ্রীসানা।

এনদ্রুনা মপৃক্তু কৃবীৎখাউদা হুমজিল্লুনা পৈসা গকা যাভাবর্রা হাযদুনা কোইমা মাদুনা অবোইবী ওইনা যেংই অদুবু অচাপোৎ মকুন খবগা মযানা চীকখাযবগী পোবোম থোক্লব পেন্সিল মতেক অমগা নত্তনা কাবসু থেংনদ্রে। মচীনবান নাকচিদু পেবা হৌবক্লে অমসুং মথব্রায নুঙাইতনা মমীৎ কুফেৎ কফেৎ কৃপ্তুনা লৈখি। মহাক কপকদৌবে। সোনিঅনা হায, মাগী অব্রাবা সককমদু উকবদা নুংসিদুনা "ঐ নঙোন্দা পৈসা পূহনগে, অদুবু সিংলক্তবদি য়াবোইকে।" পৈসা পূহল্লে, অদুগা সান্নবা মখা চথবে।

মমীৎ লাউনা পাঙথোক্লুনা এন্নিনা হায়বকই, “কনানো অমা বেল খীংলকপা মখোল তাই।”

মখোয় লোইনমক সান্নবদু লেপ্তুনা ময়া কাবদুনা থোঙনাওবোমদা অমম্বা মবক্তুদা য়েংদুনা লৈনৈ। থাউমৈগী মঙান্না মপানগী অমম্বা মবক্তু ঙানহল্লি।

‘নঙবু হৌজিক মখোল অমা তখিব্রনে?’

এনদ্রুনা হায়, “নুংদাংদদি গীর্জাগী সূমাঙদা সবীক য়াম্না খীংবনি।”

“কবিগী অদুদদি মোহোয়না সবীক খীংলিবা?”

“গীর্জাদা হূবানবা চঙলকপা তাম্হোল্লিবা। হূবানবসিংদি সবীক মখোলসি য়াম্না কিবনি।”

সোনিঅনা হংই, “কৈদৌবৈনো হূবানবসিংনা গীর্জাদা হূবানবা চঙনীংলিবদি?”

“নঙনা হংলিসিবু কবিনো? চৌকিদাব হাংকদৌগী তৌবিনে, অওইবগী।”

মিনিট অমা তুমিন তুমিন লৈনৈ। মখোয় অমগা অমগা ওল্সিন্নদুনা য়েংনৈ, কিবনা মসা নীক্রে, অদুদগী সান্নবা মখা চৈখে।

মবম সূকচা চাদনা অলিওসানা কন্না লাওবকখি, “মা মীনম চাবে!”

এনদ্রু মমায মমীৎ ঙাঙখৎলকই, মমায সূক্তোক্লগা খূন্নকই, “নঙনি ওইদবা ঙাঙলিবদি! চীষ্টীবী! ঐদি মীনমসু চাদনা।” অদুগা অলিওসাগী মকোক্তা খূতুন্না পেপ থাই। অলিওসানা সাওনা য়েংলন্নগা মখূকউ নামা তেবলদা সৌবগা এনদ্রুগী মখক্তাইদা সেং খূপাক্কা থাজিল্লি। মখূৎ হন্নদুনা মখোয অনী খূবাক্কা অমুক অমুক থাজিন্নবে, অদদুগী চীন্দা পাউদানদুনা খৎনবা হৌবক্লে। মদুগুম্ব খৎন-চৈনবদু সোনিঅদি য়েংবা ঙমজদে, থাম্না কিজ্জে, মহাকসু ঙাহাক লৈবগা কপথোবক্লে। চাক চাভম কাদু ময়াম ৱা ৱা কপ্পবগী তেংথাখোলনা পুন্নিন নিল্লে।

অদুবু মসিনগাদি সান্নবা লেপকনিগা হাযনদি খনবিকনু। থৌদোক্তু থোকখিবা মিনিট মঙাবু ফাফাত্রি, অঙাংসিংদু অমুক নোকপা হৌবক্লে, অমসুং হান্নগুম্বা দ্রো দ্রো ৱাবী সানদুনা শান্তি ওইনবে। মমায়্যাসিংদুদি মপিনা

ঈচোং চোংনরি অদুবু মদু তৌই হায়দুনা মখোয়বু মোমোন নোকহনবদি অপনবা পীদে। অলিওসাদুদি হান্নদগীদুম হেন্না মায়থোঙ মকা লাম্নবু উই—খংন-লাউনবদুদি ঙাহাক্কী মমাঙদা থোকখিবনি! কা মনুংদুদা চঙদুনা য়েংলুবদদি ছাত্র ওইরিবা নৃপামচা ভাসিআদি তৃম্লীং তৃম্লীং তৌনা তন্না লৈবম্মে।

গ্রীসানা ফুরীংখাও মনুংদা মখুৎ হূমজিন্দুনা পৈসা গ্যাও গ্যাও খীংদুনা লৈবদু উবগা মানা খল্লি, "কযাদা তৃকচচম্ব্রবা থবক্লোমে! অঙাংদবু পৈসা পৃথোকপগী রাখল খল্লিবসে। মখোয়বু সেল থানবী খুৎসান্না সান্নহনবগী রাখল খল্লিবসে! ঐনা রাসক্লিবসিনি, মখোয়না মসিদগী ফজবা পাবা অমা ফাগদবনি! মসিদি য়াম্না তুকচচম্ব্রবা থবক্লি!"

তৌইগুম্বসুং অঙাংসিংদুদি য়াম্না থরায় তানা নুঙাইনা সান্নজবি, মদু উকবদা মাসু মখোয়গী মবক্তা য়াউসিল্লদুনা মদাও মচা অমা য়েংনিবগী অপাম্বা পেক্লে।

"মীকুপ অমত্তা ঙাইখো। ঐসু সান্নবদু য়াউগে" লাওবকই মানা।

"কোপেক অমা থাধবকউ নঙগীসু।"

ফুরীংখাউ মাবদুনা মানা হায়বকই, "হৌজিকমক থাধবক্কে। কোপেকপু যাউদেনে, রুবল অমাদ যাউই। রুবল অমা ওইনা থাধগে।"

"যাদে যাদে, কোপেক অমা থাধৌ।"

মহাক্না মচা খাযনা তাক্লকই, "অপঙবা! রুবল অমনা কোপেক অমদগী য়াম্না হেন্না মমল লৈবির্বানিনে। পাঙ্গল অথোইবা মীদুনা ঐঙোন্দা অচোইবা ওইনা হন্দোক্লকউ।"

"য়াথোই, যাউবিরনু, চৎপিম্রো।"

ছাত্র নৃপামচাদু মবেংবান সৃপকংলি অমসুং মীনাইসিংদগী সেঞ্জেই কাযকনবা চ'কসঙদা চঙখি। মখোয়গী মফমদগী সেঞ্জোয় ফংবগী আশা উবমদে।"

হল্লক্লগা মহাক্না গ্রীসাদা রুবলদু অচোইবা পীযু হায়না কন্না তক্লবকই, হায, "নঙগী অকায়মন লৌজৌ। য়ানীংদ্রা? অদোইদি ঐগী রুবলদু কোপেক তারাদা য়োল্লগে। গ্রিসানা ভাসিআদা চিংননা য়েংলকই। থৌদৌদুদা কবিগুম্বা

মরৌলৈবা লৌনম্বগী থবক অমা য়াওরমগদ্রা হায়না মহাক্না চিংনবা অমা পোকই। মাগী ফূবীংখাউদু মখূৎনা কন্না পায়সিন্দুনা থন্নগা মানা হায়রকই,

"য়ারোই, ঐ তৌনীংদে।"

ভাসিআদু মচিং কাওবা হৌরে, সান্নবা য়াউরিবা মী পূম্নমক্কুদা "অপঙ গাধা" হায়দুনা চৈবে।

সোনিঅনা হায়, "ভাসিআ, নঙগীদমক কোপেক অমা ঐ থাধবিরগে। তুমিন্না ফমথরো, য়াউবো!"

ভাসিআ ফমথরদুনা মমাঙদা কার্দ অনী থম্লে। এন্নিনা মরু লৌখত্তুনা মসীং লাউবা হৌই।

গ্রিসানা পাখৎনা খূদক্ত লাউবকখি, "ঐগী কোপেক অমা মখাদা তাপ্রে। ঙাহাক্তা ঙাইখো।"

অঙাংসিংদুনা থাউমৈদু লৌথবদুনা তেবল মখাদা সন সানা পাকথবদুনা পৈসাদু থিবি।

মখূৎসিংদুনা মাবদা লৈবাক হবাই মকু, হাপুহাবাং অমোংপা পোং ঙাক্তা পায়কই অমসুং মকোকসিংদু গোং গোং থেংজিন্নৈ তৌইগুম্বসুং কোপেক অদুদি থেংনবা লৈতে। গ্রিসাগী মখূত্তা পায়বিবা থাউমৈদু ভাসিআনা মুপ্লগা হান্নগী মফমদা যানখত্তু থান্দ্রিবা ফাওবা মখোয়না হঞ্জিন হঞ্জিন থিদুনা লৈ। গ্রিসান্দি অমম্বা মবক্কুদা অদুম মখা চত্থনা থিদুনা লৈবি।

অদুবু কাইনথংদদি কোপেক্কু ফংঙে। সান্নবা যাওবা অঙাং পূম্নমক মগী মাগী মফমদা হান্নগুম ফম্লদুনা মখাতানা অমুক সান্নবা হৌনবা তৌখ।

এন্নিনা হায়বকই, "সোনিঅসিদ্দি তূম্মোদনা!" পূং অমগী মমাঙদগী তূমথবগী মতৌগুম অখোইবা মসম হৌবা মকোক্তু মখূদাংদা যোন খাঙলদুনা সোনিআ নুঙাইনা তূমখন হুন্না তূম্লি। মখোয় অতৈসিংদুনা কোপেক থিবিঙৈ মনুংদুদা মহাক খূদক্তা তূমথখির্বনি।

এন্নিনা মবু চাক চাভম কাগী মাপাল্লোমদা মখূৎ সমদুনা পূবদুনা হায়,

"চৎলো, ইমাগী ফমূংদা তূম্মবো। লাকও।"

মখোয় পূম্নমকসু মাগী মতুং ইন্নবক্লে অমসুং মিনিট মঙাগী মতুংদদি মমাগী ফমূংদু য়েংবদা কুম্মে অমা ওইবে। ফমূংদুদা সেনিঅ তূম্লি মাগী নাকন্দা

অলিওশা নাখেৎক্লি। মাগী খৃয়াদা মকোক ওল্লদুনা গ্রিসাগা এন্নিগা হিপ্লি। বুজাবীগী মচানূপা এনড্রুসু মাগী জাগা অমা ফংজরদুনা ময়ামদুগী মরক্তা য়াউরি। মখোয়গী মনাক্তা সেঞ্জোই ময়ামদুদি ইচাই চাইনা তাদুনা লৈবি। উপাই লৈতনা নৌহৌননা অমুক সায়বা হৌবা ঙাইরদুনা।

"ফবে, নুঙাইনা তূম্লরুবসিকো! গুদ নাইট!" ❑

# থুমথাক হেঞ্জিনমনবা।

দেদভিল ষ্টেসন যৌববা মতমদদি আমিন গ্লেব স্মিবোঙনা খঙলে মহাক্লা থবক চৎলিবা মফমদু যৌগদবা মাইল কুল্লা নক্তগা নীফুবোম ৱাৎলি হায়বা। গাড়ী ৱালাদুনা য়ৃ ঙাওদনা ভাব তানা থৌরবা অমসুং সগোলসিংদুনা মঙম সান্না চৎপা ঙম্বা ওইরবদি চৎকদৌবা অথ'ল্লদু মাইল কুল্লাগা ফাদবা য়াই; করিগুম্বা গাড়ীৱালাদুনা য়ৃ ঙাওবা ওইরবা অমসুং সগোলসিংদুনা মঙম সান্দবা সা ওইরবদি মাইল য়াঙ্খেমুক লাপ্পা য়াই।

ষ্টেসন মাষ্টরদুদা আমিন্দুনা হংলুই, "মফম স্বাইদা ঐনা সগোল সৈসিন (পোষ্ট হোর্স) গাকা ফংনিঙাই লৈগদ্রা খরা তাকপীয়ুবা?"

"কমদৌবা? সগোল সৈসিন হায়বা? ঐখোয় স্বাযদদি মাইল চামরোমসিগী মনুংদা সগোল সৈসিনগী ৱাদি থম্মু থম্বিখে, কোয়চৎ চৎপা মপু পান্দবা হূয় অমফাও থিবা ফংলোই! মফম কদাইদনো চৎপিগদৌরিবসে?"

"দেভিনকো ফাউবা, জেনেরেল হোস্তেচকী ফার্মদা।"

হাকাম চল্লদুনা ষ্টেসন মাষ্টনা খুম্লকই, "অদুদি, ষ্টেসন অসিগী মনীংলোমদা সুম চৎপিখো, মফমদুদা লৌমী খরা লৈবনি, মখোয়দি মখোয়গী সগোল গাড়ীদা মী হোন্দোক হোঞ্জিনসু তৌবনি।"

নুংসাসোর মপী অমা হোন্দোকই আমিন্দু অমসুং ষ্টেসনগী মনীংলোমদা মসা চোকথনা চৎপা হৌরকখি। খুল অদু যৌরগা য়াম্না কুইনা থিরবা মতুংদা য়াম্না ঙাওন সক্লদুনা য়েৎনদুনা মস্তিক্লরবা মতুংদা য়াম্না ৱাং চাউবা, মপাঙ্গল ফবা, লৈবাকমচা তাদবা মানবা, মমায় চম্বা, উং মচুগী অফোংপা কোং লীংপা, ষ্ট্রো খোঙচুপ তোংবা নূপা অমা কাইনখংদা ফংলে।

মাগী গাড়ীদুদা কাখৎপদা আমিন্দুনা খোয়সাওননা সোল্লি, "করি গাড়ী সত্তানো, নঙগী গাড়ীনে হায়দুনা তৌবা সারিবসিনা কদোম্না মমাঙনো, কদোম্না মনীংনো অমত্তা ভাব তাদ্রেনে।"

"খঙবা ঙম্বিদ্রব্রা? সগোল মমৈ লৈরিবা অসিনা মমাঙদনি, অদুগা অদোম্না ফম্বিরিবদুনা মনীংনি।"

মাগী অপীকপা সগোলদু নাহা ওইরিদি হায়ববু ময়াংদি কংই, মক্রাঙ ইফাক ফাকই, মনাদু ইতং তংলি। গাড়ীৱালাদুনা লেপখত্তুনা মাগী থৌরী সাজৈদুনা কনবদা মকোক্তমক হাই, চত্তে। য়াম্না থীনা চৈ থাংলগা অনীরক হন্না সাজৈ থাবা মতমদদি গাড়ীদু কেদ্রেক-কাদ্রাক লাউবা মখোল থোক্লক্লে অমসুং অরুম হৌবগী মতৌগুম মসাদু থক থক নীক্লক্লে, অহন্নক সুবা সাজৈ থাবা মতমদুদা গাড়ীদু নাকল য়েৎলোম ওইরোম হায়বা হৌরকখি, তপ্না তপ্না চৎলক্লে।

"হোরেল আঃ যৌবা ফাওবা সুমহাইনা সুম তৌদোইরা?" য়াম্না সাথীনা সাউনীংনা, অমসুং থেঙ্গুগী সাজত্তা হকচাং চেঙ খৈবদৌনা তৌবা খোঙথাং অনীমক পূল্লপ পূন্না চৎহনবা ঙম্বা রুশ গাড়ী ৱাসাগী হৈ-সিংবা মগুণ অদুদা ঙক্লদুনা আমিন্দুনা হংলকখি।

মাগী পাখৎলবা মথ্বায়বু খেমজিনবিদুনা গাড়ীৱালানা হায়রকখি, "যৌনিদা ৱাবিরুনু। সাগোল হাতম মচাসে নাহাসু ওইরি মসাসু খীংবনি। মহাক দম সুনা অমুক্তং চেনখৎলকখিসনু; অদুদগীদি চেনবা হৌত্রবদি থিংবা লাকপা য়ারোইদৌবনি। চেনখৎলু, হৈ য়োংগী মচা!"

নুমীৎ তাবুম তাবুম তৌবা মতমদুদা মখোয় ষ্টেসন্দু থাদোক্লকখি। ঈংগ্রবা পাক চাউগ্রবা লমজাউ অমা য়েৎলোম থংবা মায়কৈরোমদা পাক সন্না সন্দোকখ্রি, হায়নীঙাই লৈতনা পাকখ্রে, করিগুম্বা নহাক্লা মদুবু লাম্ছোক্লুনা

চংলবদি মযাম্না 'যৌঙমদ্রবা লমদম্নি' হায়নবিবা মফমদুগী ৱাংমদুদা সোয়দনা থুংলুগদৌবা মাল্লি। অথাপ্পদা অতিয়াগা অমত্তা ওইনা তিন্ননা উঙ্রিবা লমদমদসু অযিংবা হেমন্তগী সন্ধ্যাগী মৈবিনা তপ্পা তপ্পা চাকথেকখ্রে। ওয়বোম থংবা মায়কৈদনা, মল্লি মল্লিবা মবক্কুদা লৈপূং অচৌবগুম্বা মায়াম অমা উবি-মখোয়সিংদু উপাম্বীশিং নত্তুগা হাকুম পৈসিন্দুনা থম্বা চকমপে ওইবম্বা য়াই। মমাঙদা লৈবিবা লমদমগী দৃশ্যাদু আমিন্দুনা মযেক সেংনা উবা ফংলমদে-গাড়ীৱালাদুগী পাক্লবা মোংলবা মনঙ্গন্দুনা খঞ্জাখবনা। নুংসীং চপ লেপ্পুনা লৈ, অদুবু উন মকূপ তাই অমসুং নিংথম্মি।

ফৃবীং কোংকী ওকসমদু থেক্কত্তুনা মনা অনীদু খুমাজন্নবা হোংলবগা আমিন্না মপুক্লীংদা খল্লি, "কবিমতা লৈতবা পূমহাঙ হাঙবা মফম্নিনেসে। যূম কয় অমতসু তাদেনে। স্বাই মফমসিদা গাড়ীগা থত্তুনা পোংচৈ মুল্লদি কনা জীব অমত্তনা খঙগদৌবা লৈত্রে, নোংমৈ তোপ কাপ্পবসু কনাম ত্তনা তাববোই। অদুগী মথক্তা মসিগী গাড়ীৱালাসিসু থাজনীঙাই ওইদে। মনঙ্গন্নেদনা উপাকথোঙ হেক মাল্লদনা। মাগী খৃদোপ্পীনা হায়ফেং থেংবদা থৱায়গা মাঙগদৌবা জাৎনি। মচীন সক্তামক্লা ওক মচীন হেক মাংগা পিবদনা।" অদুদগী মানা হংলকই, "তাবিব্রা মৰূপ, মিংবু কবি কৌবগে?"

"ঐগী মিং ওইবব্রা? ক্লিম কৌই।"

"ফবে ক্লিম স্বাইগী লমদা আসবু কমদৌবগে? খুদোং থানডাই লৈতব্রা? হৃবানচাম্থি তৌবগা লৈতব্রা, লৈব্রনে?"

"ওহ! ঈশ্বরনা থৌজানবিসনু, লৈতে। স্বাইদবু কনানা হৃবান চাম্থি তৌদোইনোদা?"

"নঙনা হায়বিবদু চুম্মি। অদুবু কবিগুম্ব অদুগুম্ব থবক্তা থেক্লকপা তাববদি, ৱাকনু ঐঙোন্দা বিভোলবব অহুম য়াউবি।" অসি হায়দুনা আমিন্দুনা মীনম্বা ঙাঙই, মখা তাই, "নঙসু খঙইদনা, বিভোলবনা ফাগীগা তৌবা যাবা নত্তে হায়বা। বিভোলবব অমনা হৃবানবা তবা পাবা ঙম্বনে।"

নুমিদাং ওইবক্লে। খঙহৌদনা গাড়ীদুদা ক্রীক ক্রাক, গ্রো গ্রো লাড়বা মখোল থোক্লকখি, নীকপা হৌবকখি অমসুং গাড়ীদুনদি চংনিংদনা ওয়বোমদা লৈসিল্লকখি।

আমিন্দুনা মপূক্লীংদা খনখি, "মানা ঐবু পুসিনগদৌবিবসি কদোমদনো ' হান্নদি মহাক চুমদ্রিংনা চৎলম্বনি, অদুগা হৌজিক্লা খণ্ডহৌদনা ওযবোমদা লৈসিল্লে। মসিগী চণ্ডাল অসিনা ঐবু অচীকপা মোংসোং অমদা পুসিনগদৌবব্রা হায়না ঐ অকিবা পোক্লে-অদুগা-অদুগা- মদুগী মতুংদা তৌবক্কদবা থবক্তুদি ঈখণ্ড খঙনববা ৱানি।" মহাক্লা গাডীৱালাদুদা হায়বকই, "ননাদু মুম্না তাউ! ঙসাইদি নঙনা মফম অসিৱাইদদি খুদোংথাবা অমত্তা খোক্লোই হায়খিবা নত্ত্রা? ফৈ, নঙ ওইদবা ঙাঙেদনা। ঐদি হূবানবসিংগা য়ৈন ফূনবা য়াম্না পাম্বনি। ঐসে ঈসা পীকচববসু, য়েংবদা সোন্দম নাদম্না উজববসু পাঙ্গলদি সল্লাবা কাউগুম্বনি। থায়না ডাকু অহুমগা ঐগা ফূগায়নখি, মদু কমদৌবমগনি নঙ খঙনীংব্রা? অমদি ঐনা পায়দুনা নীকপনি- কমদৌগেইবদা, মদুদা মহাক মথৱায় মাঙখি। লেমহৌবা অনীদুনা ঐনা সাইবোবিয়াদা থাদুনা থবক সূবা ফাদোক ভাহনখি। মদুগী হকচাং পাঙ্গলদু কদোমদগী লাকখিবনো হায়বা ঐ হায়ফম খঙদে। নঙমুক চাউবা হূবানবা অমদি খুৎ নামনা ফাবগা- অদুগা- অদুদৈ- খুৎনামনা মউন্দু খোকপা ভুমগনি।"

ক্লিমনা আমিন্দুনা কোযলৈ নৈদুনা অমুক্তং য়েংলকখি, মমীৎ কুফেৎ কাফেৎ কূপখি অমসুং মাগী সগোল মচাদু সাজ্জৈ থাখি।

আমিন্না মখা চাথবকখি, "অসেংবমক্লি, মকপ ঐগী খূবাক্তা ভবকপা হূবানব সংদুগা মথৱাযদি ঈশ্বরনা কনাবিবা ওইসনু। মখোযদু মখোঙ মখূৎ তেকপদা নত্রনা মখোযগী মবালগীদমক্তা ৱায়েলসঙদা কাবা তাবনি, মফমদুদা উকিলসিংসু জজসিংসু ঐগা মকপ থাক্তনি। ঐসে সবকাবগী কমচাদ। অমনি, অদুগা যাম্নসু চাওবা নীং অমা। ঐনা অসিগুম্না থবক অমা চৎপসি সবকাব খঙলিবনি, অদুগা ঐঙোন্দা অসোয অঙাম খোক্তনবা মখোযনা মীকুপ নহুম কুপ্না য়েংলবনি। লম্বীসিগী মসাঙ পৰীংসিগী মোংসোং খূদিংমক্তা পুলসকী মী ৫ই কথা লোত্তুনা লৈবিবনি।" অদুদগী খঙহৌদনা আমিন্দুনা লাওবকখি, "ঙাইখো! খামখো! কদাইদনো নঙনা চৎলিবসে? কমদোমদনো নঙনা ঐবু পুবিবসি?"

"উবিদব্রা? উমং মনুংদনি।"

আমিন্না মতোমতা খঞ্জে, "ঐনা খনবদু তৌদৌবেদনা। ঐ নুংসাদি

থীবে অদুবু মঙোন্দদি খঙহনবা য়াপোৎ নত্তে। ঐ কিবে হাযবসি মানা হাম্নবুদি খঙগ্রবনিদা। কৈদৌবৈনো মানা ঐঙোন্দা অসুক তোযনা কোযয়েং য়েংলিবনা? ঐঙোন্দা কবিগুম্বা অমা তৌগে হায়না মানা মপুক্লীংদা খল্লমগনি। অহানবদদি ঐখোয় লেঙবোই লেঙদবোই চৎলম্বনি, অদুদগীদি গাড়ীসি পাইবমখৈ থৌবিনেসে। তাবিব্রা, তাবিব্রা! ক্লিম, নঙনা অদুক য়াঙনা থৌবিবসি কবিগীনোনে?"

"ঐনা মাবু অসুম্না যাঙনা চেল্লু হাযকবা নত্তে, সাগোল মহাক মতোমতনা পঙচেন্দা চেঞ্জবিবনি। মহাক্না অসুম হাযনা চেনবা হৌগ্রবদি মাবু খাম্মু লাকউবগা য়াবা নত্তে। মাগী মখোঙসিবু লাইনা অসুম্না সেম্বীবকপগী মাসু নুঙাইজদ্রবনি।"

"মদুদি ওইদবা বানি, মরূপ, মদু মীনম্বনি হায়বা ঐ খঙই। অদুগা কন্না থৌগনু হায়না নঙোন্দা ঐনা হাযবিবসিনি। সগোলদু খবা ফাউ, ঐনা হায়বসি তাবিব্রা? ফাউনে।"

"কবিগীনো।"

"হায়বদি— মবমদি— ষ্টেসন্দগী ঐগী মরূপ মবীনা ঐগী তুং ইন্নদুনা লাকহৌবিবনি। মখোয় যৌসিল্লকপা ঙাইনীংই। উমংগী জাগা অদুবাইদা তানখৎলক্লগা থেংনসিনা হায়বানি মখোয়না। মখোযগা খোঙবু ওইদুনা চৎমিন্নবনা হেন্নসু নুঙাইনিদনা। মখোযদুদি লোইনমক মপাঙ্গল কনবা মীজাও ঙাক্তনি, মখোয নোংমৈ অমমমসু পাযবা ঙাক্তনি। নঙনা কোযযেং কোয়যেং য়েংলগা, তিংখং মথক্তা ফম্বদৌনা নসাদু ফন ফন চোৎখৎলিবদি কবিগীনো? হৈ! য়েঙোই, ঐ— ঐঙোন্দদি নঙনা যেংনিংঙাই ওইবা মচাক অমত্তা লৈতেনে, ঐগী ইসাদা নঙনা খোযদাবা যাবা পোৎ অমত্তা য়াওদেনে বিভোলববসি নঙনা! য়েংউসে, মদু নঙনা য়েংবা পাম্নবদি ঐ লৌথোক্লক্কে, নঙঙোন্দা উৎকে, পুথোবক্লগেকো।"

অমিন্না ফৃবিৎখাও মনুংদা মখুৎ হুমদুনা মাসিন্নৈ, অমসুং তঞ্জদুমক্তদা মহাক্কী খ্বাইদগী কিবা মীকৃপু ফাওবা থেংগনি খনখিদবা থৌদোক অমা থোক্লবে। খঙহৌদনা ক্লিমদু গাড়ীদগী চোংথখিদুনা মাগী লৈজবী থাদুনা উমং মনুংলোমদা হোত্তুনা চেল্লিখ্রে। মহাক্না লাউখি, "অমুক্তা কনবিয়ো! ঐবু হাৎপিগনু!

সগোলসু লৌজখো, গাড়ীসু লৌজখো, হাইঃ চণ্ডাল, ঐগী থৱায়দদি কর্নবিয়ু। অমুক্ত কনাবযু!"

য়াঙনা চেল্লমখিবা খোঙথাংগী মখোলদু অসুম অসুম তামখ্রে, উনা অকংবগী প্রেক প্রেক লাউবা মখোলদুসু সেনখ্রে, পূমচীক চীকখ্রে। মহাক্লা থাজবমদবা থবক্কী ফল অমা খোক্লক্লবদা আমিন্দুনা অহানবা তৌগদবা থবকসি গাড়ী লেপহনবদুনা ওইখি; অদুগী তুংদা মহাক্লা গাড়ী মনুংদুদা নুঙাইনা চনীংতানা ফমদুনা ৱাখল খনবা হৌবকখি। "অদুনদি, মহাক পাখক্তনা চেনখ্রবা, অপঙসিদি' ফবে অদুদি, ঐ হৌজিক কবি তৌবা তাই? ঐদি লম্বীসু খঙবা নত্তে, অদুনা ইতোমতা চৎপসু ঙম্লোই, অদুগা কৈনো অমা তৌদুনা ইথন্তা চৎপা' তাববসু ঐনা সগোলসি হূবান্দুনা পুবকপা মাল্লগনি, মীনা উবদা। ঐ কমদৌনি? ক্লিম' ক্লিম!"

মহাক্কী খোঞ্জেলদুনা খোঙ্গাং য়ৈবর্কখি "ক্লিম!" হায়না।

অমম্বা উমং মনুংদুদা মথন্তা অহিংদু লেনবগী, কৈসাল খোংলকপা মখোল তাবগী, খোঙ্গাং কয়া তাবকপগী, অমসুং য়াঙ্গংবা সগোলদুনা খু-খু লাউনা সোব হোনবগী মখোল পূম্নমক অদুগী ৱাখল তৌকবদা আমিনগী মসা পূম্বা তীলাইখেম্বী চুবদৌনা মবেঙ মবেঙ চৎপা হৌবর্কখি। খোঞ্জেল ৱাংনা মানা লাউখি, "ক্লিম' নুংসিববা মরূপ ক্লিম' নঙবু কদাইদা লৈবগেনে?"

পূং অনী চুপ্পা মহাক্ল কৌদুনা লৈখি, মঙনা ওদু সিদ্রিবা ফাওবা অদুম লাউদুনা লৈখি, লিবি সীৎপা নুংসীৎ অমনা মাগী খোঞ্জেলদু নাহেবগী খোঞ্জেলমুক্তা চাউনা তাহল্লক্লবা মতমদুদা অহিং অদুমদি উমং মনুংদুদা মথন্তা লেনবা ভাবে হাযবগী ৱাখলগা লোয়ননা পোত্থাদুনা লৈখি।

"ক্লিম, নঙ লাক্লবেইবে, নুংসিবা মরূপ। লাকওনে ক্লিম, ঐখোয় চৎলসে!"

"নঙনদি- নঙদি ঐবু হাংকে তৌবগা!"

"কৈনোনে ক্লিম, নঙনা হায়বিদুবু, ঐদি চুম্না নঙোন্দা ফাগী তৌবনিনে, মরূপ ঐনা ৱাসক্তনা হাযবিবসিনি, থাজৌ। ঐ নোংমৈ পুইগা হাযবদু পঙহায় হায়জিনবনিদা! ঐনা অদুম্না ওইদবা ভাঙখ্রিবদু ঐ কিদুনা তৌবনি। চৎসে, চৎলসে, ঐ ঈংবনা চিংসিন্দুনা সিদৌবে।"

অসেংবা হূবানবা মীদুদি সোয়দনা ঙসাইনা মফমদুদগী গাড়ীগা সগোনগা পুদুনা চৎখিবম্লগনি হায়না থাজদুনা উমং মনুংদুদগী থোবক্লিবনি ক্লিমদি অদুগা মাগী মরাইবক য়েংলগে হায়দুনা।

"অপঙ! কৈদৌবৈনো নঙনা কিবিবদুবু? ঐদি ফাগী তৌবনে, অদুগা নঙনা ঐবু কিবিবা! কাখৎলক্লো, লাকও!"

গাড়ী কাখৎ কাখৎনা ক্লিম্না মতোমতা সোঙ্গে, "হে ঈশ্বর! সাহেব, মসি হান্না ঐনা খঙজবম্লবদি ঐঙোন্দা কবল চাম্ম পীগে হায়বসু চৎচবম্লোইদৌবনি। নঙনা কিহনবদুদা ঐদি থৱায় ফাওবা যাওদ্রবোই খল্লুববনি।"

ক্লিম্না মাগী সগোলদু সাজে থাখি গাড়ীদু মঙৈনীক্লা চৎলকখি, সাজে অমুক হন্না থাখি গাড়ীদু থোক থোক নোম্লকখি। মৰীসুবা সাজে থাবকপা মতমদুদদি গাড়ীদু তপ্না চৎলক্লে। আমিন্দু মাগী ফূৰীৎ কোৎকী ঙকসমদু থেক্ ডুনা মনাকোং অনীদু খূমজিল্লি অমসুং রাখল চনীং তানা খন্দুনা পোত্থাখি।

ক্লিমসু চৎকদৌবিবা লম্বীদুসু মঙোন্দা খুদোং থীনীঙ্ঙই মচাক অমত্তা লৈতবগুম খল্লকখি। ❑

# ইমুংমনুংগী ৱা

"গ্রিগোর্বিযেভ পোযগী মী অমা লাইবিক লৌবা লাক্লম্বনি অদুবু নহাক যূমদা লৈতে হাযদুনা ঐনা পাদোকত্রবনি। ডাক পিওন্না পাউচে খবাগা চিঠি অনীগা পীবম্লনি। অদুগনে, অতোপ্পা ৱাফম অমনা, সেবিঙঝাদা খবা হেন্না পক্লাং চঙঙঙ্গনাংই। মহাক চুকপ থক্লম্বা ঐনা ঙসি খেংনক্কবে, অমসুং নহাক্সু এহাক চুকপ থকপা উই। মানা তৌবিবদু যাম্না ফত্তবা থবাক্লি হাযনা ঐনা মঙ্ঙোন্দা হাযক্কবদা মখুদোম্বীনা মনাকোঙদু মেজিনদুনা লৈখি, মদুম্না তৌবদু মাগী হৈরবীনি, অদুদগী ঐনা শুাংবদু তাদনবা মানা তিংখত্তনা লাওদুনা চৈসে সক্কংখি।"

সার্কিং কোর্টকী এত্তোর্নী ওইবিবা ইর্যুগন বিকোভস্কি কোর্টকী বিচাব অমা চথক্কবগা মযূমদা হল্লকপদা ঙাযবি, মাগী লাইবিক পাফম কাদা চঙদুনা খূৎ-মোজ্জা লৌথোক লৌথোক্লা পাউ তন্নিবী য়ুমগোইবী নাওবোইবী অদুদা য়েংলদুনা নোক্লম্মি।

নুঙাইতবা ফোঙদোত্তুনা মবেঙজুম খবা সূপকৎলগা মহাক্লা হায়বর্কখি, "ও, সেবিওঝাবু চুকপ থক্লব কো। পীকত্রবা জীবদুনা মচীন্দা চুকপ অমগা চপ্নমগদবদু খল্লুবদা অঙকপনি। মাদু চঠী কয়াবু সুববগেনে?

"চহী তবেং হ্যবে। মদু নহাক্লদি কৈসু লৈতবা পোৎনি হায়না খল্লম্বা যাই তৌইগুম্বসুং মাগী চহী মতাংসিদা চুকপ থকপা হায়বসিদি যাম্না ফংখিদ্রবা থর্বাক্লু, য়াম্না মাঙনবগী মসক ওইবা হৈনবী অমনি, অদুগা ফত্তবা হৈনবী হায়বসিদি হেক হৌবকপদগী মক্ক ফৃক্কুনা মাঙহনগদবনি।"

"নঙনা হায়বিবদু পূংচুম চুম্বা ঋানি। মাদি কদাইদগী চূকপ থক্লবা মচাক্তুদি লৌকবিবা?"

"নহাক্কী তেবলদগী হূবাল্লিবা।"

"মানা অদুমক হেক তৌববা? অদু ওইববদি, মাবু ঐগী ঈনাক্তা লাকহল্লু।"

য়ূমগোইবী নাওবোইবীদুনা চৎখ্রবা তুংদা অবাম চৌক্রি অমদা ফমথবদুনা মমাঙদা লাইবিক ইননবা তেবল মচা অমা থম্লদুনা বিকোভস্কি ঋাখল খনবা হৌবকখি। কদোমদগী লার্মসিল্লুবিবা ঋাখলনো খঙদে মাগী মচা সেবিওঝাদু চুকপকী মৈখুনা মসাদু পূময়োম য়োমসিন্দুনা লৈবা, অচৌবা খূদুপ অনীবোম্ম সাংবা চুকপ মচৈ অমা মচীন্দা চৃপ্তুনা লৈবগী ভাবনা সাবা সক্তম অমা উবকখি অমসুং মদুগুম্বা নোক্লিংবা দৃশ্যদু উকবদা খোযকম মোমোং তৌখি। অদুগা অমুক্তু, মতম অদুমক্তদা য়ূমগোইবী নাওবোইবীদুগী লুনা খঞ্জনবা থঋায় ঋাবা সকফম অদুনা থাযনগী কাউথোকত্রবা শবী কযা নীংসিংহল্লক্লি-স্কুল অমসুং নর্সবিসিংদা অঙাংসিংগী মবক্তা মৈখু থকপা যাওবকপা মতমদা অঙাংগী মমা মপা অমসুং ওজ্জাসিংগী মফমদা অঙকপা খঙফম খঙদ্রবা অঁক তুজুংগী ঋাবী ওইখিবা মহাংসিংদো। মদু ত্রসেংনমক ত্রবদা অঁকি তুজুং পোকহনবা ঋাবী ওইখি। অঙাংসিংদু তমথীনা সাজৈনা ফ্রখি অমসুং স্কুলদগী তাম্হোকখি, ওক্তবা অঙাংসিংদুগী ওজাসিং অমসুং মপাসিংদুগী মনুংদা কনা অমত্তা ফাওবনা চকুপ থকপগী তসেংনমক অমাঙবা অমসুং মদুগা ওইফম থোকপা মবালনা র্কাবনে হাযবদু র্কাবমত্তা খঙবা য়াওদ্রবসু অঙাংগী মপূর্কাদি অদুম্মক তোম্তেক্লখি। খ্বায়দগী সিংলে হায়বিবা মী মখোয় অদুসু মখোযনা কবিমত্তা খঙলুবা লৈত্তুবসু ফত্তবা পোৎনিবু হায়ববদি মদুদা কবিসু খঙ্কদনা চিংনবা লৈতনা লাম্থেংননবা হেক্তা হোৎনৈ। য়াম্না লাইবিক তৈবা মবূক মপাও

ফবা অহল ওইরবা স্কুলগী ওজা মকোক অদুনা নোংমা মহাক্না ছাত্র অমা চুকপকা কোন্ননা ফবদা হায়নিঙাই লৈতনা ঈ কানা সাউখিবা অমসুং মহাক্না খুদক্তা স্কুল বোর্দকী মীফম অমা কৌদুনা মরাল লৈবা ছাত্রদুবু স্কুলদগী তাম্থোকপগী দণ্ডি পীখিবা থৌদোক অদু বিকোভস্কিনা নীংসিংলকখি। মদুগুম্বদু খুন্নাইসিগী চৎনবিবা আইনসিংগী মনুংদা অমনি হায়বসিদি করিস্নু চিংনানিঙাই লৈতে- থবক, পোৎ অমা খবা হেন্না খওফাওবা ওইবিবদি মদুগী মায়োক্তা হেন্নদুম থবক পায়খৎলি, হেন্না কন্না চৈনে।

তাম্থোকপিখিবা নৃপামচা অনী অহুমগী রাফম অমসুং মতুংদা মখোয়গী পুন্সি ওইখিবগী রাবী এন্তোনীনা নীংসিলকখি, অমসুং রাফম অসিমসু মহাক্না খল্লদবা ওল্লকাখদে- দণ্ডি হায়বা পোৎসিনা অয়াম্বা মতমদা ফত্তবা থবক (মবাল, ক্রাইম) অদুনা ওইহনবা ফত্তবা ফলদগী, মানবু হেন্না থোকহল্লি। থরায় পানবা জীব পুম্নমকসি ওইবক্লিবা ফীভম খুদিংমক্তা থুনা চাসিন চৃসিন্ননা হিংদুনা লৈখিনবগী পাক্কল লৌসিং লৈজে, মদুমক নৎলমদ্রবদি, মীওইবনা মহাক্না তৌবিবা মবমচাবা থবক কয়াসিগী মবম চদবা যুমফম ময়ামসি মীকুপ খুদিং হত্তুনা খন্দুনতা লৈবমগদৌবনি, অমসুং অসুক য়াম্না দায়ত্ব চাউখ্রবা থবক থৌওং কয়াসিদা অচুম্বনা ইত্তৌ তৌবিদ্রিবা অমসুং মখোয়দবু ঙাকসেন্নবা ইহৎ তাৎনাদ্রবা কয়াসি খওলমগদৌবনি, অমসুং মদুগী ওইবক্লিবা অকিবগী মসক ওইবা মহয লাক্লিবা কয়াসি মবমদা মীওইবনা খন্দুনতা লৈবগদবান—

খুদম ওইনা হায়ববদা, শিক্ষাগী হীবমদা, সাহিত্যগী লমদা, আইন কানুনগী ফীভমদা অসিনচিংবা কয়া-

অদুগা, অদুগুম্বা মওংগী রাখল মওল মওল বিকোভস্কগী মকোক মনুংদা ঈবোযদুনা সান্নবকখি; চোকথববা পোথানীংলবা মী অমগী মকোক মনুংদা চঙলক্কনবা অদুগুম্বা তযাং তসোইবা, অপাইবা রাখল মযাম অমা মীগী মকোক মনুংদা জগোঈ সাবকখি। অদুগুম্বা রাখলসিংদুদি কবম তৌনা লাকখিবা, কবিগীদমক্তা খল্লুবিবা হায়বদু মী মসানা কৈদৌঙৈদসু খওভুবা লৈতে, অদুগুম্বা রাখলসিংদুদি ঙাতক্কী ওইনা খক্তুং লৈবম্মী, অদুদগী থোপ (ব্রেইন)গী লৈমায়থক্তা পাকসন্না সন্দোকখিবগুম তৌখি অমসুং মখোযদুনা থোপকী মনুংদা

লৈচঙ তানা হায়ফেং ফাওবা লূপথরমদনা চংখি। তৌদবা য়াদ্রবা সিনফম অমনা মরম ওইদুনা পূং কয়া নুমীৎ কয়া লীসাং সীংনা মপূক্লীং লূপ্তুনা লৈত্রবা মীওই অমসুং হান্নদগী তৌরক্লিবা থবক মওংদুদা অদুম তৌদুনা লৈবা মীসকসিংগী মফমদদি অসিগুম্বা খূৎলোয়জবা, অপনবা পীদবা বুইজ তৌদুনা মওদ্রং সান্নবসি নুঙাইবা থবক মখল অমনি অমসুং মখোয়গী পুন্সিগী ঙাহাক পোত্থাফম্নি।

পূং মাপন তাখিবস্লে। য়ুমদুগী মথকথংবা দলালগী কাদা কনাগুম্বা অমা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈবগী খোঙথাং মখোল তারম্মী; অদুদগী অমুক অহুমসুবা মখোলগী মী অনীগী মখূৎ মবীনা প্যানো খোংদুনা সান্নবগী মখোলসু তায়। হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈরিবা মীদু অরাবা বাখলগী চৈথেং ফংলবা নত্তগা ময়া নাবগী চৈনা খাঙবা মী অমা ওইবমগনি হায়বসি মাগী পাখংনা থাংবা খোঙথাং মখোলদুদগী খঙবা ঙম্মী; খোঙথাং মখোলদুগা প্যানোগী সেম্বাংনবা সুরদুগা অনীদুনা অচীকপা নুংদাংবাইবমগী মতমদুগা পুল্লপ তিন্নখিদুনা কান্নদবা মওদ্রং মঙবা মীগী মফমদদি তূম্লিংবা পোকহনবা নাওথেম খোঞ্জেল ওইনা থোক্লরে।

কা অনী চপ্থবগা নর্সকী কাদা সেবিওঝাগা মাগী য়ূমংগাইবী নাওরোইবীগা বারী তৌনদুনা লৈবি।

অঙাংদুনা ঈসৈ সক্লি। "পা-পা য়ৌরক্লে! পাপা য়ৌ-রক্লে! পা! পা! পা!" পাখংলবী উচেক মচা অমনা পী-পা পী-পা খোংবগী মতৌগুম্না অঙাংদুদা নাওরোইবীদুনা ঙাঙলি।

"মহাক য়ৌরক্লগা মঙোন্দা কবি হায়সিগে?" হায়না খল্লি বিকোভক্মিনা।

হায়গদৌরিবা বাহৈগী পল্লেপফম খঙদ্রিঙৈদা মচানূপা সেবিওঝাদি মাগী লাইরিক তৌফম কা মনুংদা য়ৌসিল্লকপ্রে। অঙাংদু চাউদ্রি মাবু নূপানি নূপীনি হায়বা খঙগদৌবসি মানা সেংলিবা ফীজোন অদু য়েংলগা খঙবা ঙমগনি য়াম্না তনৌই, মসকসু ফজে মসা মউসু লিংবা নত্তে। নুংসা মৈসাদা খুইথরবা পাম্বীদৌনা মসা চবংনৈ অদুবু অঙাংদুগী মসাদা য়েংলুবা খূদীংমক্তা অঙকপা

ফংনা ফজে অমসুং থোং মেওই— থাংদোক্লকপা খোঙথাং, সাথেক, খোই খোইসা সম্নাং, য়েংলকপা মীৎয়েং, লীৎলিবা বেসমগী ফূবীংকোং পুম্নমক।

"গুদ-এভনিং, পাপা," হায়বকখি অতপ্পা নুংসিববা খোঙ্গেলনা অদুগা মপাগী মখূকউ মথক্তা কাখৎখিদুনা মঙকসমদা খূৎলৈ থুনা চূপ্লীখি মপাবু; মখা তাবর্কখি, "ঐবু পাপানা কৌরা?"

উকিলদুনা খুন্নকখি মচাদুবু থাংথবদুনা, "গুাইখো, গুাহাক গুাইখো, ইবুঙো। নঙনসু ঐঙোন্দা চূপত্রিঙৈদা ঐনসু নঙোন্দা চূপত্রিঙৈদা বা অমা হান্না হায়নখিবা তাবনি, অকবা বাফম অর্মান। ঐ নঙবু যাম্না সাওববনিকো, অদুগা ঐনা নঙবু অমুক নুংসিবা গুমদ্রবনি; মদু নঙ ভাব তাবা গুমত্রা, নূপামচা? ঐ নঙবু নুংসিদ্রেকো, অদুগা নঙসে ঐগী ঈচা নত্রবনি।"

সেবিওঝানা মাপাদা মীৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈখি, অদুদগী মাগী মপূক্লীংদু তেবল মথক্লোমদা থমগ্রে অমসুং মবেংজুম অনীদু সূপকৎখি। মানা হংখি, তৌফম খঙদনা, মমীৎ কুফেৎ কুফেৎ তৌনা, "ঐনা কৈদৌগ্রবগে? গুসিগী ঐদি নঙগী লাইবিক পাফম কাসিদা অমুক্তসু চঙলমদ্রি, অদুগা ঐনা মসিদা লৈবা নঙগী পোৎ অমত্তসু পায়কবা লৈত্রি।"

"নঙ মৈখু থকই হায়দুনা মিস নাটালিনা হৌজিক্তং ঐঙোন্দা বাকৎলম্মীনে, নঙ তৌকত্রা? নঙবু চুকপ থকপ্রা হায়বা?

"হোয় ঐ অমুক্তি থক্লুবে। মদু অচুম্বনি।"

"ঙো অদুনেইবা! চুম্মোদনা! নঙনা লোন্না ভূমিন্না তৌবা থবক্তু হৌজিক্তি মযেক সেংলেদনা।" হায়বকই উকিল অদুনা, মাগী থম্মোযগী নুঙাইবদু উহন্দনবা পীসুম সূক্তোকসিন্নবদুনা।অদুগা মখা তাবর্কখি, "মিস নাটালিনা নঙবু চুকপ থকপা উখিবসি অনীবক সুগ্রে। মদুনা তাকপদি, নহাক ফত্তবা থবক অহুম তৌবগী মানা ফাগ্রে হায়বনি— মৈখু থকপগীনে, নঙগী নপোৎ নত্তবা ঐগী তেবল মথক্তা থম্বা চুকপকী হীদাকমনাদু লৌবগীনে, অদুগা মীনম্বা বা গুাঙবগীনে। নঙগী নথক্তা নবাল অহুম লৈবে।"

সেবিওঝানা নীংসিবা লাক্লে অমসুং মমীৎনা নোক্লদুনা হাযবকই, "ও চুম-মো মানা হায়বিদু চুম্মী, চুম্মী! ঐ মৈখু থকপা অনীবক সুগ্রে— গুসিনে, নহান অমুক্লে।"

"চুম্মেদনা, খঙব্রা, অনীরক্লে হায়বা, অমুক্তং নত্তে হায়বা। নঙনা তৌরিবসে ঐ য়াম্না সাথীনা পেন্দ্রবনিকো। নহানব্রাইদি নঙসি অফবা মরম্মোকপা অঙাং ওইরম্বনি, হৌজিক্তি নঙসি ফত্তবা লমহেনবা অঙাং ওইরে হায়বা ঐ খঙলবনি।"

মানা মচাগী থেকচিন্দুনা লৈরিবা ফূরীংকী কোলারদু চুম্না চিংখত্তুনা সেম্নী অদুগা মখাতাবা ব্রা করি হায়সিগে হায়না মপৃক্লীংদা খল্লি। মখা তাথরকই, "উম, নঙনা তৌরুবা থবক্তু য়াম্না লাল্লবনি, ফত্তবনি। নঙনা অদুম্না তৌরক্তনি হায়বা ঐ থাজরুদবনি। অদুগা ব্রা অমনা, নঙগী নপোৎসু নত্তবা অতোপ্পা মী অমগী চুরুপ মথীদুবু লৌনবগী নঙগী অধিকার লৈতে হায়বা। মী অমনা মসাগী পোৎ সীজিন্নবগী অধিকার অদুখক্তনি লৈরিবা, মী অমনা অতোপ্পগী মপোৎ লৌরুববদি মহাক য়াম্না ফত্তবা মী অমা ওইরে। (বিকোর্ভস্কিনা মপৃক্লীংদদি অসুম্না খল্লি, ঐনা মঙোন্দা হায়ফম থোকপা ব্রাদি অসি নত্তে)। খূদম ওইনা হায়রবদা, মিস নাটালিগী মফি মরোল হাপ্পা ট্রঙ্ক উপু অমা লৈজে। উপুদু মহাক্কী মপোৎনি অদুগা ঐখোযনা হায়বদি নঙ অমসুং ঐনা মাগী মপোত্তু সূকসোক সোক্লোইদৌবনি, মরমদি পোৎ অদু ঐখোয়গী নত্তে হায়বা। নঙসু নঙগী নপোৎ সগোল মচা, পিকচব কয়া লৈজেদনা। ঐনা নোংমত্তসু মদু পায়দে, লৌদে, ঐবু তৌব্রা হায়বা? ঐসু নঙগী নপোত্তু পাম্লম্বদি য়াই, তৌইগুম্বসুং ময়'মদু ঐগী পোৎ নত্তে, নঙগী নপোৎ ঙাক্তনি।"

মপীসূম থাঙ্গৎলদুনা সেরিওঝানা হায়রকই, "নঙনবু প'ম্লর্বাদ প'যজৌনা, লৌজৌনা। সাওনোইবা, বাবা, নঙনা লৌবদা ঐ কৈসু হায়বোই। নঙগী তেবল মথক্ত খিল্লিবা হঙ্গামপান মচুগী হূয়দু ঐগী পো'ৎনে, অদুবু নঙনা নঙগী তেবলদা থম্বদুদা ঐ কৈসু সাওদে, কবিমত্তা হায়দে।"

বিকোর্ভস্কিনা হায়রকই, "ঐনা ঙাঙলিবসে নঙ ভাব করিমত্তা তাদে। নঙগী হূয় মচাদুদি নঙনা ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ ওইনা পীপ্রবনিনে; হৌজিক্তি মদু ঐগী ঈপোৎ ওইরবনিনে, অমসুং মদু ঐনা সীজিন্ননীংবা মওং সীজিন্নবা য়ারবনে। তৌইগুম্বসুং ঐনা নঙোন্দা চুরুপ কোন্নবা হীদাকমনাদুদি পীদেদনা, চুরুপ মথীদুদি ঐগী পোৎনে। (উকিলনা মপৃক্লীংদদি খল্লি, "ঐনা মাবু খঙনবনি হায়না তাক্লিবা মওংসি চুমদ্রেসে, সূকচুম্মক চুমদ্রে।) কবিগুম্বা ঐনা ঐগী

চুকপ মথীদি নত্তবা পোত্তু থক্লিংলবদি ঐনা মপূদুদগী হান্না অয়াবা অমা লৌবগা তৌগদবানিনে—”

অসুম তৌদুনা ব্রাহে পবেং অমগা ব্রাহে পবেং অমগা পূংবা সাজিন্নদুনা, অঙাংগী মফমদা ঙাঙগদবা ভাষন অমা মান্ননবা সাসিন্নদুনা বিকোভস্কিনা মচানূপাগী মফমদা ‘মপূ ওইবা’ হায়বা ব্রাফমসি কবিবু কৌবগে হায়বদু ব্যাখ্যা তৌননবা মখা চত্থবম্মি। সেবিওঝাগী মীৎযেং অদুদি মাগী ববাগী মথবাক্তা খন্নদুনা মপাগী ব্রাহৈসিংদু মপূক্লীং চঙনা তাবম্মী (নুংদাংব্রাইবমগী মতম্মাসিদদি মপাগা ব্রবী সান্নবা য়াম্না পামজবনি মাদি) অদুদগীদি মাগী মখূৎ খূনীংদু তেবলগী চিদাইদুদা সৌম্রে, অমসুং মাগী লাপ্পা উবা ঙমজদবা মমীত্তু হাইফেৎ উইসিল্লদুনা চেবাং অমসুং মৃকফৃ থম্ফমদুগী মবমদা কৃপ্না ব্রাখল খন্থবা হৌম্রে। মাগী মমীত্তু তেবলগী অকোয়বদুদা উক উক লয়দুনা য়েংলকপদা গম চফৃদুগী মথক্তা মীৎয়েং তাকবে। গম চফৃদু মাগী মমীৎ মপাদা থাঙ্গৎলদুনা খৃদক্তা হংলকখি, “পাপা, গর্ম্সি কবি পোংনা সাবনো?”

মপানা গম চফৃদু লৌবগা মাগী থম্ফম মফমদুদা থন্নগা ব্রা মখা তাথবকখি, “মথং হ্যগদৌবা ব্রানা—নঙ মৈখু থক্লুবে হাযবা। মদু য়াম্না ফংখিদ্রবা থর্বাক্লি।ঐ চুকপ থকইদনা, অদুবু মসি ফৈ হ্যদুনা থকপা নত্তে। ঐ চুকপ থকপা মতমদা মাসি ফত্তবা পোংনি হাযবদু অদুম খঙনা খঙনা থক্লিবনি, অমসুং ঐ ইতোমতা চৈজাববনি, সাউজবিবনি, অমসুং মসিবু কৈদৌনা থক্লিবনো হাযনা হংজাবর্বানি। (উাকিলদুনা মতোমতা মপূক্লীংদা খঞ্জে, এ ঐসে কয়াদা হৈখ্রবা ওজানোসো”) ইাদাকমনা হায়বা পোংসি হকচাং য়াম্না সোকই অমসুং মৈখু থকপা মীদি মানা ত্তিংগদৌবা পূক্লিগী সব্দক্তু তেক্লিন্দুনা থুনা সি। মকওইনা নখোয়দৌনা অঙাং ওইবিঙে মতমদগী মৈখু থকপসিনা থোইনা হেন্না ফংহন্দে। নখোযগী নথবাক্তু য়াম্না সোপ্লিবনি, নহাক নপাঙ্গল ফজনা কন্দ্রিবা মীনি। অমসুং মপাঙ্গল স্েনবা মীদি ইাদাকমনাসিনা যক্ষা অমসুং অতৈ লাযনা কয়া নাহল্লি। নখোযগী খুবা ইগ্রেসিযসসু যক্ষানা নাদুনা সিখিবনি; মহাক মৈখু থক্লমদ্রবদি ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবম্না য়াবা মীনি।”

সেবিওঝানা ব্রাখল তৌনা থাউমৈদুদা যেংদুনা লৈবম্মী, মানা থাউমৈগী ধকন্দু মখূৎনা সোক্লগা নুংসাসোব মপী অমা হোন্দোকখি। হায়বকই,

"খুরা ইগ্রেয়সতি বেহালা ইতং তত্তনা খোংদুনা সান্নবনিকো। মাগী বেহালাদু হৌজিক্তি গ্রিগোরিয়েভ খোয়গী ইমুংনা লৌগ্রেকো।"

সেরিওঝা অমুক হন্না তেবলগী নাকচিদা মখূনীং সৌদুনা ঙাথবগা ব্রাখলগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈখি। মাগী ঈ-থাংদবা মাযথোঙদুদা মহাক কবিগুম্বা খরা পূক্লীং চঙনা মুন্না তারি; নত্তগা মসাগী মরন্নাই ওইবা ব্রাফম খরা ফোদোক্লিংলি হায়বগী মওং মমি তারি অব্রাবা ব্রাখল অমসুং অকিবগা হায়ফেং মান্নবা মতৌ অমা মাগী লাওনা পাঙথোক্লুনা কৃপ্তুনা লৈরিবা মমীৎ অনীদুদা উবা ফংই; মতম খরগী মমাঙদা মাগী মমা অমসুং মখুরা ইগ্রেয়সপু পুদুনা চৎখ্রবা অসিবা হায়বা পোৎসক অদুগী মরমদা মহাক ব্রাখল খল্লম্বসু যাই। মমা কয়া, মখুরা কয়াবু অসিবনা অতোপ্পা তাইবং অমদা পুদুনা চৎখি অমসুং মখোয়গী মচা মসূসিং অমসুং বেহালা কয়াবুনা মালেমসিদা হুন্দোক্লুনা থম্বিরম্মী। সিত্তবা মীসিংদি স্বর্গদা লৈ, থব্রানমীচাকসিংগা নক্লবা মফম অমদা, অদুগা মফমদুদগী মখোয়না মালেমদা যেংথরকই। মখোয়বু ঐখোয়গা কায়নবগী মৈচাক্তু খাঙবা ঙম্লমগদ্রা?

বিকোভস্কিনা ব্রাখল তৌখি, "ঐ মঙোন্দা কবি অমুক হায়খিসি?" মহাক ঐগী ব্রাসি মপূক্লীং চাঙনা তাদেসে। মহাক্না লঙজকপবা মবাল নত্তগা ঐগী পাওত্তাক ময়ামসিদা মহাক অদুক হাক্লা লুনা লৌসিন্দবা মতৌ মাল্লিসে। মাগী থম্মোয় তীং লাওনা পানহনবা ঘাবা ব্রাসি ঐ করি হায়গনি?

উকিলদু ফল্লম্বদগী হৌগত্তুনা মাগী লাইবিক পাফম কা মনুংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈখি। হৌখিবা ব্রাবী মহাক্না নীংসিলকখি- "ঐখোয়না অঙাং ওইইবতৈঙগী মতমদদি অসিগুম্বা ব্রাফম কযাসিদি য়াম্না চম্বা মওংদা হেক্তা লোইসিল্লি। কনগুম্বা অঙাং অমা চুরুপ থক্লম্বগী থেংনদুনা ফাবা থোক্লর্বদি মাবু ফূয়। অদুম তৌবদুনা খরা মরীল লৈতবা পাঙদবা অঙাংদুদি তসেংনমক চুরুপ থকপা ভোকখি, তৌইগুম্বসুং খবা সিংবা মবৌ চাউবা অঙাংদি চৈ চারবা মতুংদসু মাগী খোঙউপ বুং মনুংদা চুরুপ লোত্তুনা পুবগা সঙ্গোয় মচীগুম্বদা লোন্না অদুম থকই। করিগুম্বা অমুক্তসু মদুদা থেংনখিদুনা ফাবা থোক্লগা অমুক চৈ চারগনা তুরেল তোর্বান মখারোমদা কূমথখিদুনা থাপ্না অদুম থক্লগনি, অমসুং অদুম তৌদুনা মহাক পাখং ফাদুনা চাউদ্রিবা ফাওবা

অসুম্না লোন্না অদুম থক্লুনা লৈগনি।ঐবু চুরুপ থক্তনবা হায়দুনা ইমানা পৈসা অমসুং কেন্দি ইতৎ তত্তনা পীখিবনি। অদুগুম্বা মওংদা থেম্বদু হৌজিক্কী মতমদদি পাঙদবা অসোনবা, তত্ত্ব শাস্ত্রগী তায়োন্নবা থবক ওইনা ঐখোয়না লৌনবে। তর্ক-শাস্ত্রগী মায়কৈবোমদা চঙসিল্লগা ওজানা অঙাংদা অধিকারগী অহানবা নিয়মসিংদু মাগী মকোক মনুংদা চঙহন্নবা হোৎনবিরি ঙসিদি, নিয়মসিংদুবু খণ্ডজনবা হোৎনবদা ওজানা মাগী মতেং পাংবিদুনা, অমসুং মদু হোৎনবদা অঙাংগী মসাদা অকিবা পোক্তনবা তৌবিদুনা নত্রগা হৈথোই সিংথোইবা মী অমা ওইদুনা মনাগ ফংনীংবগী অপাম্বদু অঙাংদা পোকহন্দুনা।

মহাক্না অসুম তৌনা রাখল খন্দুনা হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা লৈবিঙৈদা সেবিওঝাদি তেবল মনাক্তা থাবিবা চৌক্রি মথক্তা মখোঙনা কাখত্তুনা লাই য়েকপা হৌথ্রে। অকবা চে চাংদা খোৎচিন্দুনা সান্নদনবা নত্রগা মূক থল্লিবদু পাযদনবা মাগীদমক্তা চে চবুল অমা য়ান্দুনা মাগীদমক্তা থৌ ওইনা থম্বি অদুগা লোয়নবা হাঁ'গোক পেন্সিল অমসু তেবলদা মাগীদমক থম্বি। পীসুমদু থাঙ্গৎ থাঙ্গত্তুনা যুম অমা যেক্লা যেক্লা মতে'মত সে'ঞ্জে, "কোবি সোইবদা ঙর্সিদি বুঙ্গ'বী নৃপীদু মখূত্তু পাওনা জেম্বৎচবেদনা। মানা কন্না লাউমন্দুনা ঐখোয় লো'ইনা পাখৎনদুনা চাকসঙলোমদা চৌক্লিন্নবনিদন'। মদুগী নৃপীদু কয়াদা পঙত্রবনে'নে। মিস না'টালিনা মাগী অসোকপা মখূত্তু ঈসিং অয়িংবদা লুপসিন্দুনা থম্মু হ'যবনে, অদুবু মানা য়াদে, অদুগী মহূত্তা মখূৎ অসোকপ'দুবু মচান্না চুপ চুপ চুপ্পুনা লৈনে। মখূৎ অমোৎপ'দুবু মযা মনুংদা থিংজিল্লিবদুবু তৃপ্তচদ্রো' পাপা মা'না তৌবিদু ফঙেকো, ফব্রনে'?"

অদুদগী মা'না ব্রবী মখা লাগবকখি- মখো'যনা চাক চাবিঙৈ মতমদুদা ওর্গা'ন খোংবা নৃপা অমা মখোযগী সূমাঙ মনুংদা চঙলক্লম্বগী, মাগা লোয়নবকপা এপীকপা নৃপীমচাদুনা ঈসৈ সক্লদুনা যন্ত্রগী খোঞ্জেলগা তান চাননা জগো'ঈ সাবম্বগী ব্রবাসিং।

উকিল মপা'দুনা রাখল খম্বুবকখি, "মাগী খন্নবা রাখল পর্বাং অমা অসুম মবৈজবা জাৎ ওইরেকো। মাগী মকোক মচাসিগী মনুংদসু অপীকপা সংসার অমা লৈজর্বান, অমসুং মাগী মোত মতুং ইন্না কবিনা মকওইবনো, কবিনা ওইদবনো হা'য়বদু মাসু খঙজবিবনি। মহাক্কী ঙাঙলিবা রাহৈ রাতা

ৱা'ঙাওসি মান্নবা মতৌ তন্নগা হা'যবনা' মানা পুক্কীংনা খোয়দাবিবা' মানা খণ্ডজবিব' অসুম হায়ন' হেক্তা খণ্ডলুবা ওইক্‌বা য'বা নত্তে, মদু তৌণে হ'যববদি মানা খাল্লবা ৱাখল খুৎখন মওং অদুদা চথবা' তাবনি। ঐনা চুকপ থক্কুবিবসিগী মবমদা খল্লুবদা ঐ তসেংনা থম্মোয়দা নুঙাইতবা পোক্কে, ঐ য়াম্না সাউনীংলে হায়দুনা মীত্তগী পি তানা হায়বম্বা থোক্কবদি মহাকপু খবা হেন্না ভাব তাহল্লমগদৌবনি। মবম অদুদগীনি অঙাং তম্বীবগী থবক্তা মমাগী মহূৎ অতৈ কনা সিনবা য়াদ্রবসি, মবমদি মমাদি অঙাংসিংন' খল্লবা পাল্লিবদু মসাদা ফাওবা ঙম্মি, মখোযগা নোকামিন্নবা অমসুং কপমিন্নবা ঙম্মি। তত্ত্ব শাস্ত্র অমসুং তর্ক শাস্ত্রনা কবিগুম্ব অমত্তা মপূং ফানা পাঙথোকপা ফংহনবা ঙম্লোই। ফবে, ঐ মঙোন্দা কবি হায়সিগে? কবি হাযনি তৌবিসিদি? মসামকাসি আইনগী ছাত্র অফবা ওইদুনা হৌবক্কবা, হূবান-চীন্থি অবানবা থবক খুদীংমকপু থিংনবা অমসুং মদুগী দণ্ড পীনবগী নৈনবদা মপুক্সি তঞ্জায় অমা হৌত্রবা বিকোভস্কিগুম্বা মীসক অমনা অঙাং অমগী মফমদা ঙাঙগদবা তাক্কদৌবা ৱাহৈ থিবদা চময়্নে অমসুং ঙমদে হাযবা ৱাসিদি তাবদা নোক্লিংব অমসুং মবিং মবাংবা পোৎনি।

মহাক্না হায়রকই, "মুন্না তা'ওসে' নঙ মতংদা চুকপ অমুক হন্না থক্কবোই হায়বসি ঐবু থাজহন্নবা ৱাসক্কুনা হায়য়ু।"

ঈসৈ ওইনদুম সক্কোক্কখি সোবওঞ্জানা, "ৱা-সক্কুনা হায়গদবা! ৱা-সক্কুনা হা'য-গ-দৌবা, দৌবা-দৌবা!"

বিকোভস্কিনা মথন্তা হংজে, "ৱাসক্কুনা হা'য়বা হায়বসিগী অর্থবু মহাক হঙলিগদ্রা? লা'ল্লে, ঐ অফবা অহৈবা ওজা অমা নত্তে। শিক্ষাগী মবমদা খঙবা মী নত্রগা আইনগী পণ্ডিত অমনা মীকুপ অসিমক্তদা এগী কোক মনুংসদা চঙদুনা য়েংবা তাববদি মখোযনা ঐসি মকোক্ত সম্থি হানবা মীন হাযত্রগনি অমসুং ৱাখল ৱাংনা খনমনত্রে হা'যনা মবাল সোয়দনা সীবা যাবগী ওইথোকপা লৈ। তৌইগুম্বসুং অসেংনা ওইবিবা ৱাফমদি, মসিগুম্বা চামম্নবা ৱাফমসিংসি য়ূমদা থোক্কমদদুনা স্কুলদা নত্রগা কোর্তদা থেংনবম্বা ওইববদি য়াম্না লায়না ৱাখৈদুনা লোইসিগদবনি। সিদদি, ইয়ূমসিদদি ঐনা খুৎ থাগদৌবিবা মীসকসি ঐনা খ্বায়দগী কা হেন্না নুংসিজবা মীদনি, অমসুং নুংসিবা হাযবসিদি হা'য়ফম খঙদে, অমসুং মসিনা থবক খুদীংমক লৃসিনহল্লি। মসিগী অঙাংসিনা ঐগী ছাত্র

অমা ওইবম্লবা নত্তুগা কোর্ততা বন্দি অমা ওইবম্বা ডাববা, ঐগী ইচা ওইবমদদুনা, অদু ওইববদি ঐসে থসুক য়াম্না থৌনাঙবা ঙমদবা মীথীবোঙ ওইবম্লোইদৌবনি অমসুং সিনা ফত্রা সিনা ফত্তুব্রা হায়না ঐগী রাখস পোল্লেপফম খঙদ্রিবা মওংসে তৌবোইদ্বনি।"

তেবল মনাক্তা চঙসিন্দুনা ফল্লে বিকোভস্কি. অদুগ সেবিওঝানা যেকপা লাই অমা চিংসিদুনা য়েংলে। মানা যেক্লান্নবা লাইদু য়ুমথক খোযদ্রিং শেয়দ্রাং তৌবা য়ম মচা অমনি, য়ুমদুগী মৈখু উতোং (চিম্নি) অদুদগী নোংথাং কৃষ্ণগী ম ওং মান্না মৈখু থেকোই, নাকোইনা কাহল্লক্লি, অমসুং মদুনা চেবাংদুগী মতোন যৌনা মৈখুদু কাহনাত্ত্র। য়ুমদুগী মনাক্তা সিপাই অমা লেপহল্লি, মাগী মমীত্তু বিন্দু ওইনা অনী খক নম্মি, অমসুং যেংবদা অঙ্ক ময়েক মবী '4' মানবা সঙ্গীন অমসু যাউবি।

উকিলদুনা হায়বকই, "মীদি য়ুমদগী' হেন্না রাংকম ঢেৎক্লেনা। য়েংউসে, নত্তুগী য়ুমসিদি সিপাইশীসগী মবেংজুম খঙম যৌনা রাংলে, উবব্রা?"

সেবিওঝানা মপাগী মতন্নাক মথক্তা কাখংলক্লুনা লৈস্ত্রে অমসুং মদুদা নুত্তাইনা ফম্বা যানবা যাম্না কুইনা স স্রু নৈদুনা ফম ভম চানবা হোংনবি। অদুদগী মানা যেকখবা লাইদুগী মবমদ রাখল খন্নবদুনা হায়বকখি, "পাপা, নঙনা হায়াবদু লম্ফি, সিপাইদু অদদগা হেন্না পাক্লা যেক্লবদি মাগী মমীত্তুদি উবা ফংলরোই।"

মানা হায়বিবদদা কবিদি চুমথোক্লিংঙাই নৈলি। অা প্রায়নগী চাওখ ক্লৈঙ্গে মতমগী মীসংদৌনা অঙাংসংগী মখোয মসাগী ওইবা তোপতোপ্পা কলাগী মীংসে, মাখল লৈক্তৈ অমসুং নাতৈ চাদবা মানবা মখোয়গী দলকাব ওইবা পোংলম লৈক্তৈ অমসুং মদু পুম্নমক্লুদি অহনসিংগী রাখল লৌসিংনা লাম্বা ফংবগী রাংমদা নৈ হায়বসি উকিলদুনা মাগী মচাবু নুমীৎ খুদীংগী কুইনা সানা যেংসিল্লকপদগী মপুক্লীংদা থাজবা পোক্লবা য়াফম্ম। মাগী লাইদু খবা কৃপথনা যেংলুবদা, অহল অমগী মফমদদি সেলিওঝাসি মী খ্বাযগা মান্নদবা অঙাং ওইনা উবা য়াই, মবমদি মীবু য়ুমদগী হেন্না রাংহন্না যেকপসি যাই অমসুং মবম চায হায়না মহাক্লা লৌবগী অমসুং মাগী রাখল মওং অদুগা মানা যেক্লদৌবিবা পোংসক (সবজেক্ত)সিংদু মাগী পেন্সিলদা লোইনা

ফোংদোকহল্লে হায়বগী। মতৌ অসুম্না, ওর্কেস্ত্রাগী খোঞ্জেলবু মহাক্না মন্নি মন্নিবা কোইবোক কোয়বা খূৎয়েক্লা ফোংদোকহল্লি, ছুইসলগী মখোলবুনা উরু উরু লৈসিনবা লৈই, লং অমনা ফোংদোকহল্লি, মাগী রাখন্দদি খোঞ্জেল হায়বসিগা মওং অমসুং মচু অমগা হকথেংননা মবী লৈনৈ হায়না লৌই, অদুনা, মানা লাই ওইনা যেক্লকপা মতমদা ল(এল) বুনা ময়েক্কী খোঞ্জেলবু হঙ্গাম মপান মচু ওইহল্লি ম (এম)বুনা অঙাঙবা ওইহল্লি, অ(এ) ময়েক্কী খোঞ্জেলনা অমুবা ওই, অসুম্না কয়া কয়া।

লাইগী রাফমদু থাদোক্লগা সেবিওঝানা মপাগী তম্বাক্তা ক্র ক্র অমুক লেংবা হৌরকখি, নুঙাইবা ফমফম চাবা খূৎফম অমা ফংনবা তৌখি, অদুদগী মপাগী হৌবিবা মকোই অদুদা মাগী পূক্নীং থল্লকখি। অহানবদা মহাক্না কোইদুদা তপ্না চেকসিন্না নান্দুনা সান্নবকখি, অদুগী তুংদা খজাই নাকন্দা হৌবিবা কোইদুগা মান্ননবা সমজেৎ হাংপিদুনা অনী থোক্লা খাইবোক খায়দোকখি। অদুদগী মতোমতা সোম্বাংননা হায় "তো, হৌজিক্তি নঙসে ইভান স্তেপানোভিচ মাল্লেদনা, অদুগা মিনিট অমগী মনুংদা নঙসে ঐখোয়গী থোংসঙবা অদু অমুক মাল্লক্লগনি। পাপা, থোংসঙবনা থোংজিন্দা লেপ্লুনা সুম লৌববসি কবিগীনো? হূবানবা চঙলক্তনবা তৌবিব্রা?"

অঙাংনা হোন্দোবক্লিবা নুংসাসোবদু উকিলদুগী মমাযদা ফাওবকখি, অথোংপা মসমদুনা মাগী মখজাইদা থেংলকখি অমসুং অমেঙবা নুঙাইববা ঈপোম অমা মাগী থম্মোয়নুংদা তপ্না তপ্না অসুম চঙসিল্লক্লুনা মাগী আগ্না য়ৌনা চঙসিনখিবগুম তৌখি, মাগী মখূত্তুনা মচাগী ফূবীৎকোৎ মথক্তা থল্লম্মদি মথানুংদা চেজেৎ কোল্লিবিখি।

মচাগী মুবৈনবা কোয়বাওনববা মমীৎ অনীদুদা মুন্না যেংদুনা লৈখি, অঙাংগী মীৎনাহা অনীদুদা উবকপগুম তৌখি– অঙাংগী মমা, মাগীনা নূপী অমসুং মতম অমদা মানা খ্বায়দগী নুংসি চান্না তৌজাখিবা মহাক্তুনা মীৎনাহা অনীদুদগী মাবু য়েংলকপা ওইনা খনম্রে।

মপূক্নীংদা খল্লকখি, "কবয়্নো মঙোন্দা চৈ থাদুনা ফূগদৌবা" দাণ্ডি পীরুদুনা মাবু কবম্না লৈফম খঙলোইদৌবিবনো? নত্তে, লাল্লে, অঙাংবু শিক্ষা পীবা হৈবেগা হায়দুনা ঐখোয় তাৎ তৌবা ওইবোইসি। থায়নদি মীসিংসি

ৱাখল যাম্মা চন্নবম্মী, ফনবম্মী, মখোয় ৱাখল লুথনা খন্নবমদে, অদুনা মখোয়না অকুবা সমস্যা খুদীংমকপু থৌনা ফনা ৱাবেপ লৌবা ঙম্লম্মি, তৌইগুম্বসুং হৌজিক ঐখোয়দি ৱাখল হেন্না লুথনা খঞ্জিনমনগ্রে, ঐখোয়গী লৃ তোং পুম্নমক তর্ক শাস্ত্রনা চাদুনা লোইবে। মী অসি লাইবিক হৈবা জ্ঞান তাবা হেল্লিবমখৈ মহাক ৱাখল খনবা অমসুং অকি তুঞ্জংবা পোকপা অসুম হেনগৎলকই, মী অসিনা পোবেপফম লৈতবা হেল্লিবমখৈ মহাক অচুম্বা নিয়ম মসাদা য়াওবা হেল্লকই, অমসুং থবক অমা পাঙথোকপদা তুসোন্না কিখি কিকহ্না চঙসিনবা হেনগৎলকই। অদুগা, খবা মক হক্লা লুসিন্না খয়বক্লবদা, লাইবিক তম্বীবগী থবক তৌবকপদা, নত্ত্রগা অচুম অবান ৱায়েনবদা, নত্ত্রগা অচৌবা লাইবিক অমা ইবগী ৱাফম লাকপদা মী অমনা থৌনা ফবগী চাং অমসুং মসানা মসাবু থাজবগী চাং অসি কয়া যাম্মা থাদোকপা, য়াওহন্দবা তাবগে'"

পূং তবা তাগ্রে। উকিলদুনা হায়বকই, "লাকও, ইবুংঙো, তৃম্বা মতম ওইবে' শুদ নাইত হাযবম্মো অদুগা তৃম্লুবো।"

মচীন তুমথোক্লদুনা মচানা খুন্নকই, "তল্লি কৈসু পাপা, ঐ ঙাহ'ক্তংগা লৈনীর্গল। কবি কানো খবাগা হ'যবকখো, ৱাবী অমতা লীবিবকউ, পাপা।"

"ফবে, অদুদি, ঐন' ৱাবী লীবা হেক লোইব' মতমদুদ' ঐখোয় চঙনবগদবনিকো, যাবব্রা।"

মপা' উকিলসিনা' মচা সেবিওঝাদা মগী নুংদাংৱাইবম থবক কেম্বা ম৩ম খুদাংমক্তা ৱাবী লীবিদুনা হেক হেক তাহনবগী হৈনবী মচৎ অমা লৈবকপান। মথৌ যম্ম' াচঙবা মী অতৈন' তৌবগুন্না মহক্সু সৈবেং মতেক অমা ফাওব' চীনফা ফাদে, ৱাবী অমা ফাওবা নীংসিংব' ঙমজদে, মবম অদুন' ম'ন' মচাদা ৱাবী লী'বিবা মতম পুম্নমক্তা অনৌবা ৱাবী অমা পাঙনা সা'নব' সেমজিন সাজিন্দুনা হেক্তা লীখিবনি। অযাম্বা মতমদা মাগী ৱাবী হৌবদ' 'থায়না মমাঙৈদা' হায়না ৱাহৌদোক ওইনা অদুম হায়বনি অদুদগী মখা তাথর্বান অকায়বদি নত্তব', ওইদ পাদবা ৱাবোল কয়া অমগী মথংদ' অমা, কবম হায়না হৌখি, ময়ায়দন' কবি হায়গনি, কবি হায়বগা লোইসনগনি হায়বগাদু অমত্তা খঙলুবা তৌদনা। ৱাবীগী দৃশ্য, পাত্র, চবিত্র অমসুং থৌদোক ৱাথোক কয়া থোকউ থোকউবা চোইখেম খোমজিন্দুনা লীবনি। অমসুং ৱাবীগী প্লোৎ অমসুং

পাউতাক পান্দমদুদি ৱাবী মসাদগী অদুম থোকচবকই, ৱাবী লীবা মী মহাক্না থোইনা খন্নুকবা তৌদনা। খুদক্তা থোকউ থোকউবা পওলী লীবিবদু সেরিওঝানা পামজে তানীংই, অমসুং ৱাবীগী প্লোৎ অদুনা হেন্না চমহল্লিবা কোচি থাংহন্দ্রিবা মখে অঙাংদুদা হেন্না খোয়দানা লৌসিঞ্জে হাযর্বসি উাকল অদুনা হান্ননা খণ্ডখ্রবনি।

মমীত্তু সিলীং মথক্তা যেংখৎলদুনা মপানা ৱাবী হৌবকখি, "য়েঙোই, মুন্না তাবো, থায়না মমাঙৈদা য়াম্না সাথীনা হনুববা মপোক ঙাক্তা ঙাযববা মকোইদু যাম্না সাংনা হৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। অদুদগী- অদুদগী মাগী চুবাদা হৌবিবা মসমদুসু— তো— সুমহাইনা সাংই হাযবা। অদুদৈনে, মানা লৈবিবা কোনুংদু অবংবা নুঙ ঙাক্তনা সাবনে, মদুদা নুমীৎকী মঙালনা য়ৈবদদি অচৌবা উন মতুম অমদা নুংসা মঙান্না য়ৈবদ ইবং ইবং লংবদুমহাযনা তৌবনে। মাগী কোনুংদু খওলিব্র ঈবুঙো, অচৌবা লৈকোল অমগী মনুংদা সার্বনি, অমসুং লৈকোন্দুদনা, হাযবক্তদৌবিসি নওনা হেন্না খওলপ্পনি, কমলা পাম্বা মযাম নাসপাতি ময়াম, চেবি পাম্বী মযাম হৌইদো, অদুদগী ত্যুলিপ পাম্বী, আওবগুসাপ অমসুং লৈকং থবো পাম্বী কযা হৌবির্বনি, অদুগা মচু ফজ ফজববা উ'চেক কযানা লেপ্তুনা খোংদুনা লৌববনি। অদুদগীনে, উ পাম্বীশিংদুগী মথক্তা যাম্বদুনা পাল্লিবা অবংবা নূংগী সবীক ময়ামদুনা মখোল নুংসিনা খীংলাক্লিবনিদো নুংসাংনা হুন্নকপা মতমদা, মদুগী সবীক মখোলদুদি তাবগী পেনবা নাইবা ঙ্গাৎ নওে। অবংবা নূংগী মখোলদি ধাতুগী মখোলদগী মেঙবা নুংসিবা হেনবনে। ফবে, অদুদি নও মদুদা কবি কাব লৈবমগনি খল্লি? লৈকোল অদুদা ঈসাংগী পেবে কযাসু লৈবির্বনিদো। নওবু কাউবব্রনে ননে সোনিযাগী কালেম্ভাগী লৈফম ওইবা মযুমদুদা নেংমা চৎলুবদা নওসু ঈসিং পেবে অমা উথ্রবদুদি। তো, অদুম হাযনা নিংথৌগী লৈকোল অদুদসু ঈসিং পেবে মযাম অমা লৈ, তৌববুদি নিংথৌগীদা লৈবদনা চাউবা হেল্লি অমসুং মদুদগী কাপখৎকপা ঈসীংদুদি খ্বাযদগী ৱাংলবা পোপ্লাব পাম্বীগী মতোন যৌনা কাপখৎপজাৎনি।

বিকোভস্কিনা ৱাবীদু ঙাহাক অমুক খন্নকবগা মখা চত্থবকখি, "অহল ওইববা নিংথৌদুগী মচানুপা অমখক্তং পোকচৈ, মহাক্না নিংথৌ খুওম সিলহৌগদৌবিবনি, য়াম্না পীক্লিবা অঙাং মচানি, নওগুম্বা জাৎনি। মহাক অফবা

অণ্ডাং অমা ওইবন্মি, মহাক্তি খূদক্কী নীংলকপা পান্নকপা পঙতৌদা তৌগনবা অহুং নত্তে, অমসুং মহাক্তি ওন্না ফমুংদা তূম্না চঙই, মপাগী তেবলদা থম্না পোৎ মহাক্না কৈদৌঙৈদসু পায়কদে অদুগা অদুদ, থবক পূম্নমক্তা মানা হেক ওমজবমখৈ নীংথিনা তৌনবা হোৎনজে। মহাক্কী হৈনবী ফত্তবা থবক অমথক লৈ; মহাক চুকপ থক্লম্মি।

সেবিওঝানা রাবীদু পূক্লীং চঙনা তাবম্মী মপাগী মমীত্তুদা মীৎফম হোংদনা য়েংলদুনা। উকিলদুনা মবূক মনুংদা খঞ্জে "রাবীসি মখা কদম্না চথসিগে?" ফনা কুইনা রাখল খন্দুনা লৈরুববা তুংদা মখা চথদুনা অসুম্না রাবীদু লোইসিনখি, "মহাক চকপ হৈনকবা অদুনা মবম ওইদুনা যক্কা লায়না নাবকখি অমসুং মহাক চষী কুন সুবকপা মতমদা সিখি। মপা হনুবদু অহল ওইবকপগী মসা সোম্বুবকপনে লাযনা অমনা নাবকপনে তৌবদুনা মবু সেন তৌবিনবা কনাগুম্বা মী অমত্তা লৈজদনা য়াম্না রাখি, অদুদগী মাগী লৈবাক্কু ওাকপিনবা মী অমত্তা লৈত্রে, মাগী কোনুংদু য়েংসিনবীনবা কনা অমত্তা লৈখিদে। অদুগী তুংদা য়েক্লবা মযাম লান্দাবক্লনা হনুবা নিংথৌদু হাত্তোকপিখি, অমসুং কোনুংদুসু লোইনা থুগায়দুনা মাঙহনাখ, অদুদগীদিনে, মাগী লৈকোন্দুদা চোর্বি পাম্বীসু অমত্তা লৈত্রে, উচেকসিংসু অমত্তা নুংসিনা খোংলদ্রে, সবাক মখোল নুংসিবসু তাবা ফংখিদ্রে অদুম হাযনা তৌখিদো, খঙলব্রা নিংথেম।"

অদুম হাযনা রাবী লোইসিনবগী মওংসি বিকোভঙ্কিগী মফমদদি ফজবা নাৎপা অমসুং মবিং মবাংবা, ওইবা যাদবা লেৎসক অমা ওইনা খঞ্জবনি, তৌইগুম্বদুং মহাক্লা লীখিবা রাবী লীসং অদুনদি সেবিওঝাগী থম্মোয়নুংদা অহকপা মাম অমা তাহনখ্রে। অরাবগী মমি অমসুং পাখৎপগী মওং অমা মাগী মমীত্তা মাম তাবকখি, অমম্বা থোঙনাও অদোমদা মীৎকূপ খবা মমীৎকূপ্তুনা য়েংদুনা লৈফম্বগা খোঞ্জেল তপ্না মহাক্লা হাযবকাখ, "ঐ মতুংদা অমুক চুকপ থকচববোই।"

মহাক্লা গুদ নাইত হাযবম্লগা তূম্বা চঙম্রবা মতুংদুদা মপাদুনা কা মনুংদুদা খোঙথাং মখোল তপ্না হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈখি অমসুং মোমোন নোকচখি।

ঋাখল তৌখি, "ঋারী খৃৎলী ফজবা অমসুং কলাগী মগুণ ঋাংবা থৌওংদুনা মচাগী মফমদা ইথিল অমা পীহনবা ঙম্লিবনি হায়না লৌবা তাই হন্দক্কী মতাংসিদদি। মদুমক ওইবা য়াই, অদুবু মদুদা পেঙ্খোকপদি য়াদে। মমৈথংদদি, ইথিল পীহন্নবগী অসেংবা পাম্বৈসি মদুতনা ওইবা য়ারক্লোই। তত্ত্ব জ্ঞান অমসুং অচুম্বগী সক্তমসিবু ইতিং তিংবা সাদিং ওইবা মওংদা উত্তুনা খঙহনবা য়াদে হায়নরিবসিনা কমদৌবজাৎনো? অদুম্না তৌবগী মহুত্তা মখোয়দুবু উখোকপা তাকপদা সিংজুদৌনা, মপান্দা চিনি তৈসিনবা পোৎকুম থুমহন্না অমসুং মচু ফজহন্দুনা হীদাক গুলিগী মতৌগুম মতম পুম্নমক্তা তৌহল্লিবসিনা করিগী? মসি অচুম্বা থৌওং নত্তে। আসুম্না তৌরিবা থৌওংসিদি অচুম্বা পোৎপু অরানবা ওইহনবনি, নমথাক্কি, লৌনম্বনি।"

বিচারগী মীফমদা ভাষন পীবদা জুরীগী সদস্যসিংনা মবীক চুম্বা অসাংবা ঋাঙাং কয়া ঙাঙখিবা মীয়াম প্রজাসিংনা ঋারী, ঐতিহাসিক উপন্যাস অমসুং কবিতাসিংগী মতেংতনা ইতিহাসকী রস চুপসিনবা ঙম্বগী ঋাফম কয়া বিকোভক্কিনা নীংসিংলকখি।

"হীদাক্কি সোয়দনমক্কী থুমহনগদবনি, অচুম্বা (সত্য) হায়বর্দুদি তসেংনমক্কী ফজহনগদবনি, হার্যরিবা ঋাফম অসি অদামগী মতমদগী হৌবদুনা মীওইবগী মসাদা লৈবক্লবা দোষ (অসোয়বা)নি। অদুগীসু মথক্ত, মদুদি মহৌসাগী মসাগী ওইবা মওংদা অদুম লৈহনবা য়াইনা অমসুং মদু হৈনফমসু থোকপা ওইবা য়াবজাৎনি। মহৌসা লাইরেম্বী মসামক্সু খুদোংচাবগী মতুংইন্না য়েংদুনা চলাক জাৎ জাৎ তৌই অমসুং ওইদবা নমথাক কয়াসুনি।"

মহাক মাগী থবক খরা লোইসিন্নবা তেবল মনাক্তা ফমথখি, তৌইগুম্বসুং কান্নদ্রবা ইমুং মনুংগী ওইনা তৌবা ঋাখল কয়াদুনা মাগী মকোক মনুংদুদা খুন্দাদুনা লৈখি। দলালগী মথক থংবা কাদগী খোংলম্বা প্যানোগী মখোলদুসু অমুক তাখিদ্রে, অদুবু অনীসুবা মথোন্দা লৈবিবা মী অদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎপগী খোঙথাং মখোল অদুদি লেপ্তুনা অদুম তারি। ❑

# পামজদ্রে, পমজদ্রে

জুন থাগী নুংদাংব্রাইবমগী পৃং তরেৎ তারে। কালেম্বাগী লৈফম য়ূমদা লৈবা মী সঙ্গু অমা রেল গাড়ীদগী হেক কূমথনবকপগা অপীকপা ষ্টেসন কিলকোভোদগী থোবক্লিবা লম্বীদুগী মতুংইন্না মবী মবী তপ্না তপ্না চৎনরি। মখোয় অযাম্বা ইমুং অমমমগী মপা ওইবিবা মীসক ঙাক্তান, মখূৎ মখূত্তা হেন্দবেং, উপু মচা অমসুং নূপীগী পোং হাপ্লা চেগী উপৃসিং মযাম অমা পুনবি। নুমিৎনা তনংনা ঙাম্লিবা অমসুং নাপী সিংনানা ইসং সংলিবাসি মখোয়গীদি সন্ধক য'উদ্রবগী মতাগুম মখোয় খূদীংমক্কী মায়থোংগুসিংদু য়েংবদা চোকথনা, চবাম চদৎননা অমসুং খোয়দৌ সাউগৎনা উই।

চৎলিবা মযামদুগী মরক্তা পাউল জেকিনসু য়াওরি; মহাক মরেপ ৱাংই, মবেং হুইখৈ, হাওবেক কায়, মমায় ইঙাঙ ঙাঙই অমসুং মায়থোঙ মকর্সিল্লি; মহাক সার্কিত কোর্তকী সদস্য অমসু ওই।

গাজর মচুগী ঙাঙলৈনবা খোঙগ্রাও সেৎপা কালেম্বাগী লৈফম য়ূম অমদা লৈবা অতোপ্পা নূপা অমনা হংলকই, "খুঙ্গংগী লমদম অসিদা অদোম নুমীৎ খূদীংগী লাকপ্রা?"

সূকথনা খুম্মি জৈকিননা, "নুমীৎ খূদীংগীদি লাক্তে ঐগী নূপীগা ইচানূপাগদি সিদা পুরা লৈ, অদুবু ঐদি চয়োল অমগী মনুংদা অনীরক্তুং লাকই।

নৃমীৎ খূদীংগী মফমসিদা চংনবগী ম তম সংদে, অদুগী'সু মথক্তা মসি যৌনা ল'কপসি খবচ য'ম্মা চঙই।"

অঙাঙবা খোঙগ্রাও সেংপদুনা নুংসাসোব মপী হোন্দুনা হায়, "খবচকী মতাংদা হায়বিবদু অচুম্বনি, শহবদদি ঐখোয়না ষ্টেসন ফাওবা খোঙন' চংপা ঙমদে, টেক্সি অমা নেকপা তাই; অদুদগী বেল টিকেট মমলসু কোপেক নীফুনিদো; অদুদগী অমুক লম্বী চংপদ' পাননবা পাউচে অমা লৈগনিদো অমসুং পাঙ্গলসি খবা কনখংনবা ভোদকা (য়ু) গ্লাস অমসু থক্কনিদো– হায়বিবা ময়ামসিদি খবচ মচানি, তৌইগুম্বসুং ক'লেম্থা লোইবকপা' মতমদা হিসাব যেংলুবদদি কবল চনী য়ৌনা ৱাংন' হেক্তা লৈবম্মি, ইথা থাজদনা। তসেংনমক্তি মহৌসা লাইবেম্বীগী মসাইগে'ন অসি ফংজবদি মদুগী খবচ অদুদি কবিসু লৈতবা পে'ৎনি, অমসুং খুঙ্গংগী ফজবা সক্তম কযা অদুগা মসিদা লৈবিবা মযামসিগী য়েংলুববদি মসিগী নুঙাইবা অসিদ্দি ঐদি ন'ম্থোকহান্নংদে– তৌই গুম্বসুং ঐখোযগী সবকাবগী নৌকবি তৌবদগী সেল খবখক অসিনদি কোপেক অমফাওব' ওখ্লেক্লা মমল লৈখ্রে। অদোমসু খঙবিবিদু মঙ'য। চেকসিলহৌদবদগী কোপেক অমতং ল'ম্না সীজিন্নথোকখিবদা অহীংচুপ্পা তৃম্বা য়াদ্রিবনি। ঐনা হাযজ্ঞনির্দাস অসেংবমক্লি। ঐসে, মহাশয, (অদোমগী মিংদি খঙজদ্রে) চহী অমদ' কবল লাসিং অনীদগী খজিক্তংদমক তানা ফংই তলব ওইনা। ঐগী ফর্মসি ষ্টেত কাউন্সিল্লবনি, অদুম ওইনমক ঐ মযায় ওইবপ্পা থাক্কী চুকপ সীজিনৈ অমসুং ঐগী নৃংগী অনাবা অমা লৈবগী দাক্তবনা ভিৎচি ৱাটব সীজিন্নৌ হাযবা অদুফা ও লৈননবা কবল অমফাও খাকপা ঙমদে।

ঙাহাক তুমিন্না লৈনকবগ' জেকিনন' হায়, "তসেংনা অৱাবগী মসক্লি। মহাশয় শতবগী চিদাইদা লৈবা পুক্নী মওং হায়বসি স'ইতান অমসুং নৃপী ময়'ম্মা পুথোক্লকপা ৱাফম ওইগনি হাযন' ঐদি থাজৈ: সাইতান্না মসি পুথোবক্লিবগী মবম্মা মঙোন্দা কল্লক মিতৌবগী পৃকচেল অমা লৈবদগী অদুগা নৃপীনা মসি পামজকবগী মবম্মা মখোয়গী মসাদা মপান্নাইদ অসোয়বা অসোনবা গুণ কয়' য়াওবদগী। হে থৌজানহৈবা ঈশ্বব' মসিগী পুক্নিসিদি পুক্নি হায়দু নত্তে। মসিদি অতোনবা পুক্নি মওং অমদা লৈহন্নবগী দণ্ডি পীবা মখল অর্দুন; মসিদি নবক্কী মসক্লি। মফমসিদি হুমাংনা ফৃৎলি, সাবনা মহানি, সোব ফাওবা

নীংথিনা হোনবা ওমদে, অদুগীসু মথক্তা মফম অমদগী মফম অমদা মখোযনা কোয়তান তানবদা মচী অমদা ঙাহা ক্তা তঙদু লৈতানা পোখাদুনা লৈফম খঙদে। অদুগা শহবগী য়ুমদুদনা উপু, কাংথোল, তেবল, চৌক্রি অমগুসু থাম্বমদ্রে অমসুং মীনাইসু অমত্তা লৈহৌদ্রে অবৈবা পূম্নমক খুঙংগী মফমসিদা লোইনা ফৃক্তুনা পুম্ব্রবনি। ঐখোয় কবম্না চাদুনা থক্তুনা লৈহৌবি হায়বদু ঈশ্বরনা উবিগদৌবা মঙায়বে। সামোভাব খাগৎপিনবা কনা অমত্তা লৈতদুনা চাগা অমত্তা থকপা ফংদ্রবনি অমুক্তফাওবা ঈকজবা ফংদ্রবনি, অদুদগী ঐখোয় মফমসিদা প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা লাক্লবসিনি, অদুদগী উফূল মবক্সিদা মৈসা খাঙদুনা খোঙনা সাংলবা লম্বী লমসাং অমা শ্রো শ্রো চিংদুনা চৎলিবনি– খল্লুবদা তৃক্কচৈ। অদোম্ব নূপী অঙাং লৌবিবব্রা?

"হোয, অঙাং অহুম লৈজবে," অৱাবা খোঙ্জেলদা খূম্নকই খোংগ্রাও ঙাংলবা মচু সেৎপদুনা।

"অৱাবগী মসক্লি। ঐখোযনা হৌজিক ফ ওবা হিংদুনা লৌবিবসি খল্লুবদা গ্রাদ ঙক্লা থে'কই।"

কাইনথংদা নূপা অনীদু ক'লেম্বাগী লৈফম য়ুম পবেং সাবিবা কোল্লুপুদা থুংলবে। ঙাঙলৈনবা খোংগ্রাও সেৎপা নূপাদুদা নিদায তৌনবল্লগা জৈকিনা মসাগী ময়ূম ওংগা চৎখ। মফমদু যৌবদা কনাগুম্ব অমত্তা লৈবগী মখোল তাখদে, পূমচীক চীকলম্মি। মহাক্লা তাবিবা মখোল হায়ববু কাঙনা ফ্লুং ফ্লুং ঙংবগী খোঞ্জেল অমসুং হযিং অমা মবাংদা থুদুনা মিগী মচাঞ্জাক ওইগদৌনবদা কনাবনবা হযজব অৱবা খোল্লাও অদুতমক তাবা ফংখি। থোঙনাওাসংদু মশ্লিনগী পর্দা খল্লম্মি, মদূগী মনীংদা খুইথববা অঙাঙবা জের্নিযম চবোং চবোং মযখোঙ লাংসিন্না সাৎাল। বং তৈদবা উপাক্কী ফক্লাংদা থেৎলিবা মমল য়ামদবা লাইাসংদুগী মথক্তা হয়িং মযাম উইদুনা লৈবি। য়ূমজাওদুদা কনাগুম্বা জীব অমত্তা লৈতে, চাকসঙদুদসু চাক চাফম কাদুদসু। মমৈথংদা ভূমফম ওইনবা মী ফন্ফমসু ওইবা কা অদুনা মাগী চহী তকক্রমক ঙাইাববা মচানূপা পিটব লৈবম্ব জৌকননা থেংনকই। মনপ সৃৎ সৃৎ চিংখ ত্রুনা, মচীনবান মখাথংবদু পেথোক্লদুনা মখূত্তা কাতি অমা পাযবদুনা তেবল মথক্তা জুৱাব চেগী চিথেক গুলামগী লাইদু যা ত্রুনা লৈবম্মী।

মমায় ফাও লৈখোক্লকপা তৌদনা মানা হায়রকই।

"ও নগু ওইবেকো, পাপা? গুদ এভনিং!"

"গুদ এভনিং! নমাদি কদাই' চৎখি?"

"ইমাবো? এ, মাদি মিস ওলগাগা লীলা তম্বা (রিহার্সেল) চৎমিন্নখি। হংচীৎ মখোয় লীলা সান্নগদৌরি, মখোয়না ঐবুসু পুবিগনি। নগুদি চৎলোইদ্র?"

"হুংঃ অদোইদি, মহাক্তি করম্বা কান্দা হল্লক্কদৌবিবা?"

"হোবেন নুংদাংবাইরমদা হল্লক্কনি হায়রম্মী।"

"নাটালিয়াদি কদাই চৎখ্রে?"

"রিহার্সেলগী মফী মরোন সেৎপদা মতেং পাংহন্নবগীদমক ইমানা মাবুসু পুদুনা চৎখ্রে, অদুগা অকুলিনাদি উমং মনুংদা চেঙ্কুম হেকপা চৎখ্রি। পাপা কাগুনা মী চীক্কুবগী মখোয়গী মবৃক্তু গুাংসং গুাওলিবসি করিগীনো?"

"ঐ খগুদে। ঈ থকউদুনা তৌবিবনিদনা। নগুনা হায়রিসিনদি, হৌজিক য়ূমদা কনামত্তা লৈতে। অসিনিনে?।"

"লৈতে, ঐ খক নত্তনা কনামত্তা লৈতে।"

জৈকিন চৌক্রিদা ঙেক লাওনা ফমথৈ, অমসুং মিনিট অমবোম য়াম্না হৈনীংদনা থোগুনাওরোমদা য়েংদুনা লৈখি। মানা হংলকই, "ঙসি নুংদাংগী চাক্তি কনানা থোংগদৌবি?"

"পাপা ঙসিগীদি মখোয় কনামত্তনা চাক থোংবিবমদে। ইমানাদি নঙসি ঙসি লাক্কদৌবোই নীংদে, অদুনা চাক থোংলুরনু হায। মাগা মিস ওলগাগদি বিহাসেল তৌফমদা অদুম চাবনি হায়।"

কয়া নুংঙাইরিবনোনে মখোয়না তৌরিবসে। অদুগা নঙগীদি চানবা লৈরব্রা?

"ঐগীদি সঙ্গোম খবা লৈরে। মখোয়না ঐগীদমক্তা কোপেক তরুক্কী সঙ্গোম লৈবিবম্মী। অদুবু পাপা কাগুনা ঈ চুপ্লিবসি করিগীনো?"

করিগুম্বা অরুম্বা পোৎ অমনা মাগী চাকখাও মনুংদা থরে' থবো ওন্দুনা চৎপগুম্না জৈকিন্না ফাওখি অমসুং মদুনা মাগী চাকখাও মনুংদা চক চক থিনবা হৌরকখি।মহাক অসুক্কী মতীক সাউনীংখি, থম্মোয় সোকখি অমসুং রারৌখি মদুদি মহাক মসা থক থক নীকখি অমসুং নুংসাসোর লূম্না লূম্না হোনখি

অমসুং ফৃক হৌগত্তুনা মথৃত্তা পোংসক অমা পায়দুনা লৈমায়গাদু থুগায়নীংখি অমসুং পোংচৈ পৃম্মক লংখায়নীংলকখি। তৌইগুম্বসুং দাক্তরনা মাবু সাউবা য়াদে হায়না কন্না হায়বা রাফমদু (পাউতাক্তু) নীংসিংলকখি, মবম অদুনা মহাক হৌগৎলদুনা য়াম্না রানা অসাওবদু ফাথজনবা হোৎনখি, 'দ হ্যগেনোজ' হায়বা ঈসৈদুগী সুবদু হুই খোংদুনা লৈখি।

পিটবনা, 'পাপা, নঙ লীলা থোকপা ঙম্বা?'' হায়বকপা খোঞ্জেলদু তাখি। জৈাকনগী সাউবদু ফক্তি।

''নঙগী অদুগুম্বা নাতৈচাদবা রাগংসিংদু হংলক্কনু, ঐ ঙাহাক্তা ইতোমত্রা ভৃমিন্না লৈগেকো!'' লাওবর্কখি মানা; মখা তবকই, 'নঙসে য়াম্না চনপ খোইনপ্লে। নঙসে চঙী ওক্কক হেল্লবনে, অদুগা চহী অশুমদা ঙাইবিবা অঙাংদৌনা তৌবিনে হৌজিকফাওবা। নঙসে অপঙব, মখোঙ চাদবা অঙাংনি। খৃদম ওইনা হায়ববদা নঙনা তাসকী চেসিংদু মাঙহনবগী কাবি অর্থ লৈ? মদু মাঙহনবগী কবি নভীক লৈ নঙগী?''

মমায লৈথোবক্লগা পিটবনা খুম্নকই, ''মসি নঙগী জুরাব চে নত্তেযে, নাটালদানা ঐঙোন্দা পীথোক্লম্লবনে।''

থোইনা চেন্না সাওগৎলদুনা জেকিন্না লাওবকই, ''ওইদবা নচীঙ্খবা দ্ব ঙাওবা, কান্নববোইদৌবা অঙাং! মতম চৃঙ্গদ ওঔদবতা ঙাঙদুনা লৈববনে নঙদি! নঙসে চৈ য়াম্না রাংলে, হৃযগী মচা ননাদু লৈগে খঙনি!''

পিটবদু ফন লাওনা চোংখংলি, মঙক্কু সাংনা মমাঙলোমদা ঈস্থোক্লনা মপাগী সাউবদগী ঈ কাবব নাম্যথোঙদুদা মুন্না চগাদৌমখি যেংদুনা লৈবম্মি। মাগী কেযবাঙনববা মমাং অনীদু অত্রানবদা কুফেং কাফেং কৃপ্লে, অদুদগীদি পিবাং চেল্লর্কখি অমসুং মমাযদু পেবকখি। হাযবকই, ''ঐঙোন্দা চৌবিবিবাদ কৈদৌবেনে? অপঙ, নঙ ঐঙোন্দা যেংপবক্কনু, রা ঙাঙবিবক্কনু। ঐ নহোয কনামও কিবিদে, অদুগা ঐদি লমহেনবা অঙাংসু নত্তে, অদুগা ঐদি মহোয়না য়াবা, তৌ হাযবা থবক অদুতমক তৌবনি, অদুগা নঙনা নঙনসু ঐঙোন্দা সাউবিবক্লদনা। কৈদৌনা ঐঙোন্দা চৈবি?''

অঙাংদু মহাক্তি মবাল লৈতে হাযনা মপৃক্লীংদা চপচানা থাজবা অমগা লোযননা ঙাঙলকপা অমসুং মথমোয সেক্লা কপ্লকপা মতৌদু উবদা জৈকিন

মথন্তা ঈকাইবা পোক্লকখি। মতোমতা খন্থজরকই, "চুন্মি, কৈদৌবৈনো ঐনা মঙোন্দা খংনবা হৌরুরিবসিনা?" অদুদগী মচাগী মরেংবান্দা পায়বদুনা হায়রকই, "য়ারে, তোকও, ফরেসে! ঐ লানশ্রে পিটরকিন ঐবু ঙাকপিরো! সাউরনু! নঙ অফবা অঙাংনি, নঙসে ফৈ হায়বা, নঙবু নুংসিরেসে।"

মখূৎদাংদুনা মপি তৈথোকই পিটরনা, নুংসাসোব মপী অমা সাংনা হোন্দোক্লগা মাগী হান্নগী ফম্ফমদুদা চঙলগা ফমগ্রে অমসুং বিবিগী জুবাব চে অমা পুথোক্লুনা য়াংপা হৌবকখি। জৈকিন মাগী লাইরিক পাফম কাদা চঙলগা সোফাদা সাংনা তিংথোক্লুনা ফমগ্রে, অমসুং মখূৎ অনী খূবক চন্দুনা লূখমদা থম্লগা য়াখল খনবা হৌরকখি।

মীকৃপ খরগী মমাঙদা মচাগী মমীত্তগী তারকখিবা পিদু উরুবদা মাগী থমোয় মহী চেনখিদুনা অসাউবদু নেমথগ্রে, অমসুং মাগী মপূক মনুংদা ফাওরম্বা চৈনাখোলদুসু খরা হম্ভবকপগুম তৌখি।

থংনবা কাগী থোঙলোমদগী হায়রকপা মখোল তারকখি, "পাপা, ঐনা খোমজিন্দুনা থম্বা তীল কাঙ ময়াম নঙোন্দা ঐ য়েংহনগে।"

"হোয়, পুরকউ য়েংগে।"

পিটরনা মপাগী লাইরিক পাফম কাদা চঙলক্লুনা অসংবা মচুগী উপু অমা মপাদা পীর্সল্লি। উপুদু মনাকোং মযাদা থাঙক্লিঙৈগীদগী হৌনা নীংবা কায়না ঙংবা অমসুং উপু মনুংদা তীলগী মখোঙ মচাসিংদুনা খোৎপগী মখোল জৈকিননা তারকখি। উপুদুগী মখুম হাংদোক্লবদা কুবাক, কোবীতীল, কৌজেং অমসুং খোই ময়াম উপুগী মখাদুদা পিল্লা য়ুংদুনা ফাদুনা থম্লম্বদু উবকখি। কুবাক অনী অহুম খক নভনা অতৈ পূম্নমক হিংলম্মি অমসুং কোক্সিন্দুনা খাঙলম্মি।

পিটরনা ঙকপগা লোয়ননা লাওরকখি, "হাই! কৌজেং মচা অসিদি হৌজিক ফাও হিংলিনা! ঐনা ঙবাং অয়ূক ফাবনি, অদুগা মাদি হৌজকফাও সিদ্রিনে!"

"অসুম হায়না পিল্লা লেংসিন্দুনা থম্মু হায়বসিদি কনানা নঙোন্দা তাকই?"

"মিস ওলগানা।"

থম্মোয়দা সাউনীংবা তৃক্কচবগা লোযননা জৈকিন্না হায়বকই, "মিস ওলগা মাবুসু অসুম্না পিন্না লেংদুনা থম্বনা মতীক চাবনি, পুথোকখ্রো চৎলো! জীববু অসুম্না অৱাবা পীবসি ঈকাইনীঙাইনি।"

"হে ঈশ্বৰ! কযা ফত্তবা সাথীববা মওংদা অঙাংসিবু যোক্লবনোসে।" হায়না খলগৌই মানা, পিটবনা চৎখ্রবা মতুংদা।

জৈকিন মাগী অবাম্বা অমসুং চোকথবা পুম্নমক কাউখ্রে অমসুং অঙাংদুগী ভুংগী ওইবক্কদৌবা পুক্নী মওং অদুগী মতাংদা খক্তমক খনখ্রে। থোঙনা ওবোমদা য়েংথোকখিবদা নুংসাগী মঙাল্সু তপ্পা তপ্পা মমি সান্নকখিবদু উখি, কালেন্থাগী লৈফম য়ূমসিংদুদা লৈবিবা মী ময়ামসু নুংদাংৱাইবমগী ঈকজককবদগী সঙ্গু সঙ্গু মখোয অহুম মবী পুল্লপ পুল্লপ হল্লকপগী মখোল তাবকখি। মখোনা লৈবিবা কাদুগী হাংদোক্লবা থোউনাওদুগী মপা চপ-চানা লেপ্পুনা কানানো মী অমনা লাওবকই, "চেঙ্গুম! চেঙ্গুম লৈহৌগদৌবা যাওব্রো?" কনা অমত্তনসু খুম্বিবক্লবদা খোঙউপ তেংদ্রবা মখোঙদু থাংদুনা মখা অমুক চর্থখি। কৌজক্তি মম্বদু অসুম অসুম হোঁঙল্লক্লবদা জেবানিয়ম পাম্বীসিংদুসু মল্লিন পাদা খল্লিবদুগী মকমদা ঊবা ফংজিল্লক্লে, য়ূমজাওগী থোঙদু গে লাওনা মখোল থোক্লা হাংদোক্লক্লে অমসুং থুনা থাংবা খোঙথাংগী মখোল নোকপগী খোঞ্জেল অমসুং কনাগুম্বা খব ৱাবী সাবা তাবক্লে।

পিট্রবনা কপ্পা কৌবকই, "ইমা।"

জৈকিন্না মাগী লাইবিক পাফম কাদুদগী মুন্না য়েংথোক্লবদা মাগী নুপী নাদেঝদাবু উবকখি, হন্নগুম্না কুচুকুমেন তঙাং তঙাং ফজবি, হন্দ্রি। মমাযদা চা থুংবী, ময়াং কংবী, কুচু ফজবী মিস ওলগাসু মাগা লোয়ননা লাকই, অমসুং মসক খঙদবা নুপা অনীসু যাউবকই অমদি নাহা ওইবি, মবেপ চপসাং সাংই অমসুং মসমদু ঙাওই অমসুং খোই অদুগা মখৌবীদু খবা তোঙই, অমদুনা নেমই, নোয, নাটক্লাব মান্না মকোয নান্না কোকই, মখদাঙ তেকই অমসুং মচু সংলৈনৈ।

মনা সেংলিব ফীজোন্দু চৎপদা ফদ্রৎ ফদ্রৎ লাওনা মখোল থোক্লদুনা নাদেঝদানা লাওবকই, "নাটালিযা, সামোভবদু মৈ খবা থাগৎলু। মহোই লাকএ হাযবদি তাবে, পাউল নঙবু কদাযদ লৈবগেনে? গুদ এর্ভানিং পাউল!"

অসি হায়রদুনা মাগী লাইরিক পাফম কাদুদা নুংসা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেপ্লিনখি। "নঙ য়ৌবক্লেদনা! ওস্থোক্লা নুঙাইজবেদা! ঐখোয়গী ছাত্র অনীসু ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নবিযে; থোরকও লাকও মখোয়গা সকখঙ মাযখঙনরো ও! অসিদগী খ্বায়দগী ৱাংবা অসিনা কোরোমিস্লোভ কৌএ, ঈসৈ সকপগদি হৈস্ত্রবজাৎনি, খরা শীকপা অমসিনা স্মের্কালোভ কৌবা মীদুনি, মাদি ড্রামাসি সিনফম ওইনা তৌরবা মীনি, ঙাঙবা সকপদা অঙকপা ফংনা হৈবা মীনি। হুইস! ঐ ৱাবনা সিদৌরে! ঐখোয় হৌজিক্তা বিহার্সেল তৌরুরগা হল্লকইবনে। অসে'য় অঙাম অমতা য়াওদ্রে। 'দ লোদজর ৱিথ দ ট্রোম্বোন' (ট্রোম্বোল পাযবা ভারাদা লৈবা মী) হায়বদুগা সি একস্পেকস্ত হিম' (মহাক্লা মহাকপু খোংবাংনা ঙাইরি।) হায়বদুগা লীলা অনী সান্নগদৌরিবনে। লীলা নুমীত্তি হংচীৎনে"

"নঙনা মখোয়বু মফমসিদা পুক্লিবদি কৈদৌবেনো?"

"মহোই বাবা, চুম্না হেক্তা লাকমিন্নবনিদা। চা গকা থকপা লোইরগা ঐখোয ঐখোয়গী রোলসিংদু অমুক ওরাইনখিদোইনি, অদুগা ঈসৈগসু সকখিদোইনে। কোরোমি স্লোভগা ঐগা পুন্না ঈসৈসু সকমিন্নগদবনে। এঃ কাউবু কাউথোক্লুরে ঐদি, মোইবাবা! নাটিলিয়া থাবগা সার্দিন ঙা খবগা ভোদকা (য়ু)গা, চিজ্ঞ খরগা অতৈ অতৈ পোৎ খবগা লৈহনবিরুচো মখোয ময়ামসি নুংদাং চাক ঐখোযদা চারবা যাই। ওঃ ঐসে ঙসিদি হকচাংসে ওস্থোক্লা ৱাগ্রে!"

"হুম! ঐ পৈসাগা অমত্তা লৈতেকো।"

"ও ওস্থোকপনিদকো মোইবাবা! কৈনো অদুম্না হায়রিবদুনো! যম্মা নাতৈ চাদেদা! ঐবু খোয়দৌ সাউগৎহন্নবা তৌবিবক্লনুদা।"

পৃংখায় অমগী মনুংদা নাটালিয়া থাখিদুনা ভোদকা অমসুং অতৈ চান-থক্লবা পোৎলম কয়া লৈহল্লুরে, অমসুং জৈকিন্দি ফ্রেঞ্চ দবল রুটি মপৃম অচৌবা অমা চারগা চা পেন্না থকচিল্লগা ভৃস্ফম কাদা পোথাবা চঙখিদুনা ফমুংদা ঈপথগ্রে, অদুগা অসোমদনা নাদেঋদ অমসুং মহাক্কী অাঁতাঁথসিংদুগা লোয়ননা নোকখেদুনা লাঙদুনা মখোয়না লীলা থোক্কদৌবা রোলসিংদু ওইরাইবদা পুক্লীং লূপগ্রে। কোরোমিস্লোভকী তাবদা ৱায়োং চাদ্রবা রিসিতেসন (মরোল লোনবা) অমসুং স্মেকালোভগী মচু তাদ্রবা দ্রমাগী ৱাঙাঙ কযাদুনা

ফনা কুইনা পাউলনা তাদুনা লৈখি। বিসিতেসন্দু তৌববা তুংদা রাবী সানবগী অসাংবা মতাং অমা অমুবা তৌবকখি, মদুগী মনুংদা মিস ওলগানা খোঞ্জেল য়াক্লা নোকপগী মখোল অমনা নমহত্তুনা চংখি। স্মের্কালোভনা মহাক্তি দ্র'মাদা হৈববা মী অর্মান হায়বগী মতাংগুম্না মখোয মখোযনা কৃম্নিবা বোলসিং অদুগী মতাংদা যাম্না থরায় য়াউনা অমসুং মসাদা থাজবা লৈজবগা লোযননা মচা খায়না তার্কাপনি।

মথংদা নূপা নূপী ঈসৈ পূন্না সকমিন্নবগী মতাং অমা চখ্থবকই, অমসুং মদুগী তুংদা পৃথম থীনবগা মঙোল অমা তাবকই। 'পাচেনবা মী' (সিন্নব) গী পদ অদু স্মের্ক'লোভনা থীথবকপদু জৈকিন্না মমঙদা তায- মহাক্লা ভ'বোক মযামগী মমাঙদা মৃক্তুনা চৎলগা খোঞ্জেল হৌনা থীথবকপদো, মহাক্লা মচীন্না সী সী কাম্বদো, মথবাক্তা খৃতুম্না সুজবদো, মহাক্লা কপ্পদো, নেম্না নূম্বা খোঞ্জেলদা ফাক ফাক নোকপদো।

জৈকিন্না নাহেবগী খোম্ফাত্তং লাওবন্নগা কম্বলনা মকোক খুর্মাজন্দুনা লৌখ।

পৃং অমুক লৈববা মতুংদা মাগী নূপী রা গুণ্ডলকপগী মখোল তাবকখি, "নাখোযনা চৎকদৌবিবা মংম্মসি যাম্না ফাক্কি, অদুগা হৌজিক যাম্নাসু মন্নে। হনজং.. ইসি অহিংসাদি ঐখোয়দা লেকথোকপ্রে? কোবোমিন্নোভনা মী ফম্ফম কাগী সেফাসিদা তৃম্বা যাই অদুগা স্মের্ক'লোভ নঙনা পিটবগী ফমুংদা তৃন্নে। পিটবন মাগা মপাগী লাইবিক তৌফম কাদা তৃম্বা যাই। লৈত্রে, চৎস্ত্রনু।"

থডোদা পৃং অনা য়ৈবক্লবা মতমদুদদি লাগুলম্বা পম্না লেপখিদুনা উন রাইমুক চাকখ্রে। অদুদগী তৃম্ফম কাগী থোঙদু হাংদোক্লনা নাদেঝদা চঙলক্লে। মহাক্লা লোম্না হায়বকই, "পাউল, নঙবু তৃম্নব্রো?"

"তৃর্মাদ্রি, কবি হায়নিংই?"

"মোই বাবা, লইবিক পাফম কাদা চঙলগা নঙ সোফাদা তৃম্নুবো, নঙগী ফমুংদা মিস ওলগা তৃমহন্নগে। চৎলোয়বা, মোয বাবা মবু লাইবিক তৌফম কাদা তমহনবা যাবনি, অদুদা মাদি মথক্তা তৃম্বা কি হাযবে। সে, খবা হৌগৎপিরো।"

জৈকিন হৌগৎলকই, মাগী ড্রেসিং গাউন্দু মবেংবান্দা যানসিল্লি, মোন অমা পাযখৎলি, অদুগা লাইবিক পাফম কাদা তপ্না তপ্না চঙখি। অমম্বদা মাথ মাবদুনা সোফা মনাক্তা চঙসিনখিদুনা মৈখেৎ অমা খেৎলি অমসুং সোফা মথক্তা পিটব হিপ্লম্বা থেংনখি' অভাংদু মমীৎ পাঙলম্মি অমসুং মৈখেৎকী মৌবিদুদা মমীৎ লাওনা পাঙথোক্লদুনা যেংদুনা লৈবম্মি। মানা হংলকখি, "পাপা, কাঙসিংসিনা নুংদাংদা তুমদ্রিবসি কবিগীনো?"

"মবমদি– মবমদি, মবর্মদি নঙগা ঐগসি মফমসিদা মখোয়না কয মফমসিদা পামদে, লৈহন্নীংদে। মফমসিদা ঐখোযগী তুম্ফম মফম মচেৎ অমফাও লৈতে।"

"পাপা মিস ওলগাগী মমায়দা চা থুংলিবসি কবিগীনো?"

"অস, তোক্লোসে' নঙগী নতৌসি ঐ য়াম্না তক্লিল্লক্লে।"

মীকুপ খবা ব্রাখল খম্বকববা ভুংদ' জৈকিন্না মফী মবোল সেৎচিল্লে অমসুং অসেংবা নুংসীৎ খবা ফংননবা লম্বীদা থোক্লক্লে। অযূক অঙনবগী ব্রাওথাংনববা অতিয়া, লেঙদনা লৌবিবা লৈচীলদা যেংখৎলুই, বেইল (উচক মখল অমা)না তুম্ন' তুম্না খোংলকপা মখোলদু তকই, অমসুং মথংগী নুমীত্দা নোংমগী মথৌ লোইববা ভুংদা শহবদ' চৎশ্রগা কবম তৌনা তুম্লগদৌব' হাযবগী মতাংদ ব্রাখল মুন্না তৌবকখি। খুদক্ত খঙহৌদনা নাকল অমবোমদগী' মী অমগী মূর্ত্তি অমা উবকখি। জৌকন্না খল্লি, "সোযদনা চৌকিদাব ওইবমগান।"

তৌইগুম্বসুং মখোয় অনী সক্ক সক্কা উন্নবক্লবদা অমসুং খবা নকসিংগা চঙসিন্নবা মতমদদি খঙলে নৃপাদু ঙবাং মাগা থেংনখিবা ঙাঙলৈনবা খোঙগ্রাও সেংপা মীদুনি হাযবা। মানা হংলুই, "কৈদৌবে, তুম্বা যানিদ্রবা?"

থব্রায় ব্রানা খুম্লকই খোংগ্রাও ঙাঙলৈনব' সেংপা মীদুনা "নম্রেদা, কৈনো তুমথবা ইযা যাদে। ঐসে প্রকৃতিগী ফজবসি যেংলাম্লবনি। ঐগী নুংসিজববা মী অমা অতিথি ওইনা ঐখোয যুমদা থুংজিল্লবে, অদোম্মসু হেয়া খঙবিবম্বা য়াই, ঙবাংগী নুংদাং থুংলবা ট্রেন্দুদা ঐগী নৃপীগী মমানে হাযে। ঐগী ঈমৌনুপী (ইচানুপাগী মতৃ নত্তবা) খবসু মাগা লোযননা লাকমিল্লে, নৃপী মচা লৈসাবীসিংদু নুংসিপ্রবা অঙাং ঙাক্তানি! মখোয লাকপদা ঐ য়াম্না

নুঙাইজবনি, অদুমকপু খবদি রাইচিল্লি। অদুগা, অদোমসু, প্রকৃতিগী ফজবা যেংবিবল্লিব্রা?"

সল্লাবা খোংবগী খোঞ্জেলগুম্মা জৈকিন্না হায়বকই, "হোয়, ঐসু নুংঙাইনা য়েংজবল্লিবনি অদুদা, ঐনা হায়জবিবদি, অদোম খঙবিব্রা মফম স্বায়দবু যু য়োনবা দুকান নক্তুগা অদুগুম্বা মফমগা লৈ লাকপা খঙবিব্রা'"

খোঙগ্রাও ঙাঙলৈনবা সেংপা নৃপাদুনা নোংথক্লোমদা য়েংখৎলদুনা থরায় চঙনা ধ্যান তৌখি। ❑

# হীদাক যোনবগী (কেমিস্ত) নূপী

খোয়দ্রিং খোইদ্রাংবা লম্বী অনী অহল্লা ফাউদুনা চৎলিবা ('ব'না মমীং তৌবা) শহব মচাদু মী লোইনমক তূম্না হীপ্লম্রে। মতমদু নুংশীং চপ লম্বী অমসুং উন ৱাইমুক পৃমচীক চীকই। অবাম্লদগী শহবগী ৱাংমদা অহৌবা খেঞ্জেসদা য়াক্লা হূযনা খোংলকপগী সোম্বাংনবা মখোল অদু নঙনা অইত্রে মখোল অমত্তু তাখিদ্রে। নোং ঙানগদৌ মতম নকসিল্লক্রে।

পৃম্নমক সাংনা তূমখুন হল্লকবে। মতমদুদা তূমদনা লৈবদ্রী অমখক্তং হাযবৰদি ব... শহবদা হীদাক যোনবগী দুকান ফম্লিবা হীদাক লাংথক্কী মবন মুম্না খঙবা কম্পাউদর চনোমোদিককী নহা ওইবিবী নূপী অদুখক্তনি। মহাক হূম্বা চঙলুববনি, অদুগা অহুমলকসু হৌগৎলুববনি 'তৌই গুম্লসু' মহাক তূমথবা য়াবমদে, কবি মবমগীনো খঙদে। নুংদাং তূম্বগী ফীজোন সেৎলদুনা হংদোক্লবা থোঙনাওদুগী মনাক্ত ফম্লদুনা সেবো কুদা যেংদুনা লৈবম্মী। মসাদা হৈনাংদবা থৱায নুঙাইফম খঙদবা অমসুং খোয়বাং খোয়সাওনবা পোক্লম্মি য়াম্লমক খোয়সাওনৈ, কপ্লা ফাওবা কপ্লীংক্লম্মী, মদুসু কবম্না পোক্লক্লিবনো হায়ফম খঙদে। মাগী থবাক মনুংদা মতূম অমা মবী মবী কাখৎলকপগুম ফাউবম্মি অমসুং মদুনা চবম ফুনগৎলকপগুম তৌবম্মি। মহাক্লা লৈবিবা মফমদুদগী

মতুংলোমদা ঈবাপ লাপ্লদনা মাগী নূপা চেনৌমোর্দিক ফক্লাং ময়াদা মখোঙ কোসিল্লদুনা নাখোক্লুনা নুঙাইনা তুন্নি। চবাম্নববা হুয়বি অমনা মাগী নাখাঙদা চীক্লুনা ঈচুপ্লি অদুবু মদু মহাক খঙলমদে, অদুগা মহাক তসেংনমক মোমোন নোক্লুনা তুন্নি মবমদি মহাক নুঙাইনা মঙ অমা মঙলি— শহবদুগী মীপুম খুদিংমক লোক খুংদুনা নাবদুনা 'কিং ওফ দেনমার্ক' হাযবা লোক্কী হীদাক্তু মাগী দুকান্দগী মীয়াম্না হীদাক লৈনবি। য়েক্তুম্না থিনবা, নক্তুগা নোংমৈ তোপ কাপ্পা নক্তুগা কনাগুম্বনা নুংসিনা মাবু নাননবিবা কোনবিবনা মাবু মীকপ থেকহনবা য়াগদৌবা নত্তে।

হীদাক যোনফম দুকান্দু শহবগী খমথেংবা চিদাই অমদা লৈবনি, অদুনা কম্পাউন্দবগী নূপাদুনা লবূক লমহাংদগী অবাপ্পা মফম ফাওবা উবা ঙম্মি। নোংপোকখংবা আতিয়াগী চিদাইদু তপ্না তপ্না মঙাল ফাউবকপা অমসুং মৈজাও অম হৌবগী ঙাংসঙ ঙাঙবা মঙাল ফাউবকপগুম তৌবদু মহাক্লা উবম্মি। অথাপ্পদা মোংসোংগী মকমদগী লাংথোবক্লগা মকোয় মান্ননা পাক্লবা থান মুনা মুনা থাজদনা য়েংলক্লম্মি। থাগী মচুদু গ্রাওলৈনৈ (মহৌসানা থানা মোংসোং মকমদগী লাংথোক্লকপসি ঈকাইবগী মতৌ ওইনা উবনি।)

খঙহৌদনা খুদক্তা অহাংগী অচাকপদুগী মবক্লুদা মী চৎপগী খোঙথাং মখোল অমসুং স্পবগী (সগোল তোংবা মীগী খোঙউপ্তা তেপ্পা য়োংকী পতুম) জিং জিং লাউবা মখোল তাবক্লম্মি। মীগী ৱাবী সাবগী খোজেলসু মহাক্লা তাবকখি। কম্পাউন্দবগী নূপাদুনা হন্দখি, ''পুলিস কেপ্তেইনগী মনা ক্তগী কেম্প তাপ্পা হনখিবা ঙাফসবাসং ওইবমগানি।''

কুইদনা ঙান্থা ক্লং লৈবগা ওাফসবগী অস্তৌবা ফূবীংকোৎ লাংপা মীওই অনীগী সঙম থিবকাখি, অমনা বাং চাওই, অদুগা অমানা খবা মসা পাবগা নেমতক তৌই..। মখোয় অনীদু সম্বনগী পবীং মতুং ইন্না তূপীদু মম হুরেম্মদ নেপ্পা চিংথনা উপ্পগা, মখোঙদু স্রো স্রো চিংলদুনা অমসুং ৱাবী হৌনা হৌনা সাবদুনা চৎলম্মি। হীদাক যোনবা দুকন্দু লাপ্লোবকপা মতমদুদা মখোঙগী খেঙথাং খব তপথখি অমসুং মথক্লোমদা খোঙনাও তম্না য়েংখৎলম্মি.

মসা পাবা নূপাদুনা হায়বকখি, ''হীদাক যোনফম মনমগুম্বা অমা নাম্মি। মান্নিনহৈ! এঃ ঐ নীংসিংলক্লে... মমাঙগী চয়োলদুদা মসিদগী ঐ কেগে

থাও খবা লৈবা লাকখি। মসিদা হীদাক যোনবা, মসক্তু যাম্না হাউতবা, নূপা অমা লৈবনি, মাগী চায়কং সন্দদুদি গাধাগী চাযকং মানবনি। মন্দপ, মাগী চাযকং সন্দদুদি মতা অমনি। সামসম্না ফিলিস্তিন মীযাম অমা হাৎপদা খৃৎলাই ওইনা পাযখিবা চায়কং সন্দদু মাগীদুদুম ওইবমগনি।"

খবা নোয়বা নূপা অমদুনা খোঞ্জেল গোবো গোবো লাউনা খুম্লকখি, "উম, ওইবম্নি। কম্পাউন্দবদুসু মাগী নূপীদুসু তৃন্নিমাল্লে। মাগী নূপীদুদি মসক মতৌ ফনা ফজবনিদা, ওবত্যোসোভ?"

"ঐসু মাবু উখ্রে। ঐদি মাবু যাম্না পাম্মিবু ... হায়যুনে দোক্তব, গাধাগী চাযকং মানবা মন্নাদুবু মানা পান্নমগদ্রা? পান্নগদ্রনে?"

কম্পাউন্দবদুগীদমক্তা ব্লাবিবা ওইনা নুংসাসোব মপী অমা চাউনা হোল্লদুনা দোক্তবদুনা হাযবকখি, "পান্নম্মোয়বু, মাগী নূপীদুনা মাবু নুংসিবমদবা যানা লৈ। ওবত্যোসোভ, মদুগী মৌ নাহাদু থোঙনাউসিগী হেক মনীংমক্তদা তৃম্বনিকো, কবি হাযগে? ঈবাংনা মস'দু খাঙতমদ্রদুনা মযাদু খবা কাপ্পৎলপ তৌনা লৈবমগনিকো... অদুগা মখোঙ মচা নাম্মনা ফমুং নাকন্দা থবাক থবাক যাম্নদুনা লৈবমগনি। মসিমদি ঐ তসেংনা ব্লাসক্তুনা হাযবা ওমগনি, মদুগী কম্পাউন্দব অপঙদু মহাকসি কযাদা মবাইবক ফম্ববা মীনো হায়বদুসু খঙজবম্লোই... নূপী অমগা কার্বোলিক লীক্লি অমগা কবি খেন্নবগে হাযবদু মহাক খঙজবম্মোই হাযবদা চিংনর্নীংঙাই লৈতে।

ওফিসবদু চৎলম্নদগী লেপ্তুনা হাযবকই, "দোক্তব, ঐ ব্লা অমা হায়গে, ঐখোয দুকান অসিদগী পোৎ অমা লৈকসি। ঐখোয নূপীদু উবা ফংবা য়াই।"

"ওম্ভোকপা ব্লানিদা নুদাংসিদবু!"

"অদুবু কৈদৌঐ হাযবগে? মখোয়দি অচীংদা ফাওবা মীগী সেবা তৌজবদা য়াম্না হবাওজবনি। মন্দপ নুংসিবী, লাওসে, চঙদুনা যেংলুসি!"

"নঙনা পান্নবনিনা...।"

কম্পাউন্দবগী নূপীদুনা বেল মখোল হৌদনা খীংলকখিবদু পর্দাগী মকমদগী লোন্না তাই। হায়গুম্না মোমোন তৌদুনা নুঙাইনা নাখোক্তুনা লৈবিবা মপুবোইবদা হন্না যেংলম্নগা মাগী মসাদা ফি অমা সেৎচাল্লি, মোজা উপ্তুবা

মখোঙদুগ' ফেনাং অমা তোংসিল্লি অমসুং দুকানলোমদা চেঙ্খোবক্লম্মি।

মিংসেল পানবা থোঙনাওদুগী অসোম ঋাংমদা মী অনী লৈবা মমি সামি উবম্মি। নুপীদুনা থাউমৈদু লৈখৎলগা খূৎলৈ থূনা থোঙ হাংদোক্লবা চঙসিনখি, অদুদগী মসাদা মিহুন তীং তীং লাওনা চোংবা ফাওবগুম মহাক খোয়সাওনবা নত্তগা হৈনীংদবা নত্তগা কপ্লিংবা অমত্তা পোকখিদ্রে। মসা চ'ওবা দো'ক্তব অমসুং মসা পাবা ওবত্যোসোভ অনীদু চলকখি। মতমদুদদি মহাক্লা মখেয় অনী'বু মস্ক নীংথিনা উ'বে। দো'ক্তবদুনা মসা মউ চাওই অমসুং কুচু মুই, মকোই থাকই অমসুং চৎপা খোৎপা মসা লেঙ ওৎপদা তহা তহাদে। মসা খজিঙ্গং কয়া লেঙ হাযকবদা মাগী ফুবীৎকোত্তু সেগা'যখিগদবগী মতাসিন, অমসুং মমাযদাদি হুমাং মবীক মবীক কাবি। ওফিসব অদুনা কুচু তঙাং তঙাংই মকোই সাঁৎ নম্না কোকই, নুপী সক্তা চঙই অমসুং বিলায়তি যা'ইবীগুম মসাদু তনপ তনাপ্পী।

মথবাক মপাদা মফীদু মখৃৎনা প'র্যাসিল্লদুনা কম্পা'উন্দবগী নুপীদুন হংলকই, "কবি লৌবিগদবনো?"

"ম্রা .. কেনে'... পেস্কমেঁস্ত লেজ্ঞেঞ্জদু সিকি অমত্তগী।"

তহা তহাব তৌদনা নুপীদুনা লীক্লি অচৌবা অমা উপুদগী পুথোক্লক্লুন লো'ঙ্কেপ খবা সেব ফালাদা হপ্পুনা ওল্লি। পোৎ লৈবনা মী অনীদুনা মাগী মনঙ্কন্দুদা মীৎফম তোংদনা যেংলি, মবুক থন্না চাববা হৌদোং অমগী মহৌগুম্ন দো'ক্তব অদুনা মমী'ত্তু মথক্লোমদা ঙোবোং ঙোবোং ওনখত্তুনা যেংলি, অদুগা লেফটনেন্ট অদুদি যাম্ন চাংলেম্ন লৈবম্মি।

দো'ক্তবনা ঋাতা অমা তৌবকই, "হাঁদাক যো'নফম দুকান্দা নুপীন হাঁদ'ক যোনবা উবসি পুন্সীদ' মসিনা অহানবর্বান।"

মখজাই তঙাংবা ওফিসাবদুদা মীৎচিনা হাযফেৎ যেংলদুনা কম্পাউন্দবগী নুপীনা খুন্নকখি, "মদু তৌবদা থো'ইনা অকাযবা নত্তেদা, মীনা তৌনদবা পোৎ নত্তে। ঐখোয় নুপা'দি মীগা থম্বা ঙমজদে, অদুনা ঐনা মতম পুম্নমক্তা মাগী মতেং পাংসিল্লি।

"অবোইমক্লি... নখোযগী দুকান্সিদি পীক্তক্লা যাম্না নীংথিজন ফম্মবু' লীক্লিগাসিনা মখল মখল জাৎ জাৎ লৈবিবা হু মযাম থম্লিবসিগী মবক্তা ঙাহাক

লৈতনা কোয়চৎ চৎলিবদুবু কিদ্রো? উস... ঐদি কৈজৈবো!"

নুপীদুনা পোত্তু য়োমসিল্লগা দোক্তবদুদা পী। ওবত্যোসোভনা পৈসা পী। মিনিট মখায়মুক তুমিন তুমিন লৈনৈ... নুপা অনীদু মমীৎ য়েংনখি, থোঙজাওরোমদা খোঙথাং অমা অনী থাংদোক্লগা ওক্লিন্নদুনা অমুক য়েংনখি।

দোক্তবনা হায়রকই, "সোদাদু মখায় অমখক্তগীগা পীবিরকখো।" কম্পাউন্দবগী নুপীদুনা তপ্না অমসুং তল্লি তল্লি মখূৎ থাঙ্গত্তুনা উপুদগী হীদাক লৌথে।

মখূৎ খূৎসাসিংদু কোইরেঙ লেঙদুনা ওবত্যোসোভনা সোম্বাংননা হায়বকই, "নখোয়গী দুকানসিদা সিগুম্বা পোত্তি য়াউদ্রা... পোৎ হায়বদি ... পোৎনা অমা ওইবা মমীংনা অমা ওইবা... হেরা পাঙ্গলগাস্ কনখৎহনবদো... হায়বদি খূদম ওইনা, সেল্টজর ব্রাটবগুম্বা। নহোয়গী সেল্টজব ব্রাটব যাওদ্রো?"

"হোয় যাওজৈ।"

"নুঙাইজবেদ! নঙসিদি অচম্বা মী নত্তে হৈ, লাইমচাগুর্ম্বনি! লীক্লি অহুমখক্তা পীবিবকউ!"

নুপীদুনা সোদা ময়োমদু থুনা যোমসিল্লন্নগা থোঙলোমদা চঙখিদুনা অমম্বদা মসক উখিদ্রে।

মমীৎ হায়ফেত্তং খৎলগা দোক্তবনা হায়বকই, "চুম্ব্রে মাল্লিহৈ! মিদৈবা ঈশ্বৎঙা হৌরিবা কিহোমশিংদুগী মবক্তা মামুক ফজবা অমত্তবু য়াওরম্লেইনে, হা কবি হায়গে? ঐনা হায়রিসে চুমদ্রনে? অদুবু নঙ নাখোকপগী মখোল অর্মাদি তাদ্রা? মসি নুপীসিনা পূজা তৌজরিবা মাগী কম্পাউন্দবদুনা নুঙাইনা তৃম্বগী মখোল ওইবমগনি।"

মিনিট অমগী মতুংদা নুপীদু থোক্লক্তুনা লীক্লি মঙখক কাউন্তব মথক্ত থম্লবে। মহাক মখা থংবদা লৈবা কাদুদা চংলুবগী মসাদু হাইফেৎ ব্রাকবগুম মমায়দু তঙাং তঙাংখৎলকই।

নুপীদুনা লীক্লিসিংদু হাংদোক্লগা হাংদোক্লবা খূৎলাইদু পোপ লাওনা থাদবদা ওবত্যোসোভনা হায়বকই, "তপ্না তৌনে, মখোল থোকহনগনে! অদুক কন্না তৌরবদি নঙগী নুপা হৌগৎলক্তুনা তোক্লবনি।"

"মা হৌগৎলক্লগা কৈদৌরেইগে?"

"মহাক য়াম্না নুঙাইনা তৃমজনি হায়বা... মমঙদা নঙগাসু উরমগনি... নঙগী বাদা খন্দুনা লৈজরমগনি।"

সেন্টজব বাটর থকচল্লুবগী থগেরদুনা হায়রকই দোক্তরনা, "অদুগী বাদুদি ঙাইখোদা, নুপা লৈবা হায়বা থবকসি কয়া নুঙাইবদি ওইদবনিদা, মাদি তৃমদুনা লৈস্লগদা নুঙাইগদবনি। মসিগী বাটরসিদা য়ূদু মরীক মচা অমত্তং থাধরগা থক্লবদি কয়া নুঙাইগদবনোসে!"

নোক্লদুনা খুম্নকই কম্পাউন্দরগী নৃপীনা, "বাখল ফাওদি জাং জাংনি।"

"মদু য়াম্না নুঙাইনি হায়বৈ বানি। হীদাক য়োনফম দুকান্দা য়ু ফংদবসিদংদি নুঙাইতে হে! হীদাক ওইনা য়ু সিদি নখোয় য়েনফম থোকপনি। নখোয়গীসিদা ভিনম গেল্লিকম কয়ম গুম্নগদি লৈরা?"

"হোয় য়াউই।"

"ফরে, অদুদি, খরা পীবকউ! মদু পুবকউ কদায়, কবিবু তৌনেইগে মদুনবু!"

"কয়া যাম্না পীজরকউগে?"

"রোক্লিফ ও লৌগদৌবিবনি... ঈসিংদা আউক্ল অমা য়াম্লিন্নবগা পীবকউ, অদুদগী মদুনা য়ারব্রা হায়দুনা য়েংসি ওবত্যোসোভ, কবি হায়গে? অহানবদদি ঈসিং খরা যাল্লগা থর্কখিসি, অদুগী মতুংদা মত্রা য়েংদুনা তৌরসি...।"

দোক্তরগা ওবত্যোসোভকা কাউন্তবদুদা ফমথরম্মি, মখোয়না উপ্লিবা টুপিশিংদু লৌথোক্লম্মি অমসুং থকপা তৌবক্লম্মি।

"য়ু হাযবসি যাম্না ফত্তবা এথোঙচাদবা পোৎনি হায়বসিদি মী খৃদিংনা যাগদবনি। তৃক্লচনিঙাই পোৎসক্লি। আং অদুবু মাগী আ কৈনোদগী মমাঙদা থকপা ওইববদি মসিদি অমৃতমুক থুম্মি। ঈবেম্ম, নঙগী নসক্লিদি হাইফেৎ সাথিনা ফজৈবু! ঐনা ভাবনা অদুম নতাক্লী মখৃৎ চূপচরি।"

"ঐদি ভাবনা নত্তবা তশেংনমক্লী মদু য়াম্না হেক্তা তৌজনীংলবনি, ঐদি বাসক্লুনা হায়রিবসিনি, ঐদি থব্রায় ফাওবা খাবা ঙমগনি," হাযরকই ওবত্যোসোভনা।

মেদাম চের্নোমোর্দিকনা খুন্নকখি, ঈকাইবদুনা অমসুং সকফম হঞ্জিন্না, "য়াবে হায়বিবদু হেনমল্লে।"

মবৌলৈনা লোম্না য়েংলদুনা দোক্তবনা হাফেৎ নোক্লুনা মেঙনা হায়বকই, "অদু ওইবসু, নঙসিদি চাকথেকইকো। নঙগী মীৎয়্রাসিদি তেঞ্জেগুম্মীকো, ফৎ ফৎ কাপথোক্লকইকো। নঙবু ঐনা থাগৎচবি নঙগী লাংদা ঐখোয় থুবে, ঐখোয় নঙগী নফমদা মাযথীবো"

নৃপা অনীদুগী ঙাঙখৎলক্লবা মমায়সিংদুদা নৃপীদুনা য়েংদুনা লৈবম্মি, মখোযনা চোয়ঙাঙ ঙাঙলিবদুদা পুক্নীংচঙনা তাবম্মি অমসুং মহাকসু খবা থরায় য়াওসিল্লকপা মতৌ তৌবম্মি। মাসু রাবীদুদা যাউসিলক্লম্মি, নোকসু নোক্লম্মি, মমীৎ য়াম্না নৃপীগী সাজৎ উৎলক্লম্মি অমসুং পোৎ লৈবা লাক্লিবা মী অনীদুনা ফনা যাম্না তৌনু হায়ববা ফাওবদা মহাক্না যদু য়াউম অনীদি থর্কচিনম্লে।

নৃপীদুনা হায়বকখি, "নখোয় ওফিসর্বাসিংসিদি নখোযগী কেম্পওগী মফমসিদা খবা ভোয়না যৌবকপা ফর্বনি, ঐখোযগী মফর্মসিদি ওষ্লোক্লা সাধীনা লৈবদা নুঙাইখিদ্রবা মফম্ম। ঐদি মফমসিদা লৈনীংদবনা সিদৌববনে নখোযবু লাকহন্নীংবসিনা।"

দোক্তবনা খব তৃক্কচবপ তৌনা হায়, "এসু অদুম্না খাল্লনে। চেখোভ মানবী, ঈশ্বরগী মীংথিববা হৃৎসেমসিবু, সাউল অবেম্না লৈবাং অর্নিচা ওইদুনা তোক্লেদো। গ্রিবোয়েদোবনা কযাদা মবীক চুম্না সৈথবম্ননেদো "সাবতেভকী মীতাদ্রবা চাক্লবা লমহাংসিদা। অদুবু ঐখোয চৎনবগী। মতম্দি ওইবক্লে নহাক্কা ঙাহাক সকখঙনকবা নুঙাইজ যাম্নমক নুঙাইজৈ ঐখোয় নঙগী লমন তোল্লনা, কাউঙমদে, নক্লনে।"

কম্পাউন্দবগী নপাদু মর্মাক্তু সিলীং মথক্লেমদা য়েংখক্লনা মচানবান্দু পোথাফম খঙদনা লৈবম্মি। অদুগা হাযবকই, "কবল ভর্নানিথোইদ" কোপেক নীফুনীপাল ভাবে।"

ওবত্রোসোভনা ফৃবীৎখাওদাগী অথাবা পোকেৎ বুক অমা লৌথোবক্লগা ফাক্লুনা ঙাহাক কোইথি থিকবগা অতাবা পৈসাদু পীথোকখ্রে। সোম্বাংননা হায়বকখি, "নঙগী নৃপাদি নুঙাইনা ভূম্লদো... মাদি মমঙ ঙাৎ ঙাৎ মঙলগনি।" অসি হাযগা কাযনবগী মতমদুদা নৃপীদুগী মখূত্তা কন্না নমথখি।

"নঙগী অদুগুম্বা কান্নদবা ৱাঙাঙদু তানীংদে ...।"

"কান্নদবা ৱা হায়বদি? অমবোমদা হায়রুবগদি মদু কান্নদবা ৱা সুকনৎ নত্তে. সেক্সপিয়র ফাওবনা হায়বম্মি, "পাখং ওইবিঙে মতমদুদা যৌবনগী মচাও চুপ্পবা মীদু নুঙাইববা মীসক্নি।"

"সে খৃৎসি থাদোকউসে।"

ৱাবী কয়া সানববা মতুংদা অমসুং কায়নবমদাইগী বিদায় পীবা ওইনা নৃপাদুগী মখুত্তু চুপ্পগা পোৎ লৈবা নৃপা অনীদু দুকান নুংদগী তৌফম খঙদনা থোক্লকখি, অদুগা মখোয় অনী কবিগুম্বা পোৎ চীথ নাম্বুবা য়াওহৌদ্রবা হায়না হনবগী মওংদা ওপ্পা তপ্পা চৎলম্মী।

নপাদুনা মাগী ভুস্ফম কাদা থুনা চেক্সিন্নগা মাগী হান্নগী ফম্ফমদুদা চঙদুনা ফমখ্রে। ওফিসার অমসুং লেক্টর অনাদুনা দুকান্দগী থোরক্লগা হৈনাংদনা চন্দে মান্দে কোংকাপ কুনলোম থাংদনা চৎপদু মহাক্না উখ, অদুদগী মখোয় অনীদ সেপ্পুনা কবিগুম্বা থবা ভুম্মিন্ন ঙাঙনবদু উখি। কবি ৱাবীবু ওইবিগবা মাগী থম্মোয় মিঙ্গল তাং তাং চোংখি, মমাযদা য়াঙ্ক হঙ লাওবা অমা ফাউবকখি, অমসুং কৈদৌনম অদম্মা তৌবাক্লনানা হায়ফম খঙদে। মাগী থম্মোয় মিঙ্গল [illegible] চাংলক্লি ৱাবা সান্নবা মী অনাদু মপান্দা মাগী মবাইবক অমা লেপ্পীবগদবগী মতাংগুম।

'মানচ মঙাঙগী মতুংদা দোঙবদু ওবত্তোসো ফক কায়নখ্রে, অমসুং মাগী চৎকদৌবা ম[illegible] অদগী ওবত্তোসোংগী অমুক হল্লক্লম্মি। মহাক্ল দকান্দগী মমাঙ ফাওদুনা অমুক হন্ন লাক্ল.. । দুকানগী থোঙ মমাঙদা লেপ্পরে অদনা অমুক [illegible] অনী অহুম হা[illegible]দকই। কাইনথ হুন্দি যাম্মা [illegible]

"কা[illegible] তৌবাক্লদিরে? কনা লাকপভাং[illegible]" মাগী নৃপানা হায়বকপদু [illegible] নপাদুনা। "[illegible] অসি খীংলাক্ল[illegible]. নঙবু মসিবু তাদ্রে? অদুম্মা লৈথোকপা হৌনব্রে?" সাউনা ঙাওলবই নৃপাদু। কম্পাউন্দবদু হৌগত্তুনা মফাম মবোল সেৎচিল্লগা, উইকম উইকম তৌবদুনা মাগী ফেনাঙ্গু মচেংদা সৎ থিংজিন্দুনা তুবোই ভাম্লোই চৎলকই দুকানলোমদা। মহাক্না হংলুই ওবত্তোসোংও, "কবি পান্নবগে?"

"লৌজগে— আ, ঐঙোন্দা পেম্নর্মেন্ট লোজেঙ্গদু পেন্নি মবীখক্তংগী পীবিবকউ।"

মনাতোন্দি লেপ্পা লৈতনা সুৎ সুৎ চিংখলগা, হাকাম ৰাবা চন্দুনা চৎনা চৎনা উইকদুনা, কাউন্তর্দুদা মখৃকউনা গোঙ গোঙ থেংলদুনা কম্পাউন্দবদুনা উপু মনাক্তা চঙসিন্দুনা হীদাক হাপ্পা লীক্লিদু লৌথকবে।

মিনিট অনীগী মতুংদা ওবত্যোসোভনা দুকান্দগী থোক্লকপদু কম্পাউন্দবগী নৃপীদুনা উখি, অমসুং মহাক্তা খোঙথাং খবা চৎলবগী মতুংদা পেম্নর্মেন্ত ময়োমদু শবক্কী উফুল মবক্তুদা লংসেকখিবা উখি। নৃপাদুগী মতুংলোমদগী কোনা অমবোমদগী দোক্তদুনা মাবু উনবা লাকখি...। মখোয় অনী উন্নখ্রে, মখৃৎ মসাগী ইঙ্গীৎ কয়া তৌনববা মতুং অযৃক্কী লৈচিন মবক্তা মসক উবা ফংখিদ্রে মাঙখ্রে।

মফী মবোল থুনা লৌথোক্তনা কম্পাউন্দবদুনা ফমুংদা অমুক তম্বা চঙগে তৌবা কান্দুনা মাগী নৃপীনা মঙোন্দা সাওবপ্পা য়েংলগা হায়বকই, "ঐসে কয়াদা লাইবক থীত্রবনো।" মমীত্তা মপি তাবদুনা অমুকসু হায়বর্কখি, "ঐসে থৱায় কয়াদা নুঙাইত্রবনোনেসে, ওম্বোক্তা লাইবক থীখ্রে।" অদুবু কনানসু মসি খঙবিপোৎ নত্তে। কনানসু খঙবিদে...।"

কান্থদু চিংখৎলগা কম্পাউন্দবনা সোম্থাংননা হায়, "এ, ঐদি কাউন্তবদা পেন্নি মবীদু অদুম হুন্দোক্লল্লে। চৎলো মদু ঙপু বাক্সি মনুংদা অমুক্ত হাপচিল্লুচো, হৌগৎলো...।"

অদুদগী মহাক (নৃপাদু) অমুক হপ্না তুমথখ্রে।





ভবেন্দ্র লোংজাম্বা—

ৱাংখৈ কোংবদা খৃঃ কুম ১৯৪০দা পোকই। লাইরিক্তি বি.এ. ফাওদমক তমহৌই। হায় স্কুলগী ওজা ওইদুনা লৈরমখি। পুন্সীগী মরুওইবা মতমগী অয়াম্বা সরুক য়াইরিপোক্তা লেনখিবা মরম্না লমদম অসিগা মাগা তংন-থানবা ওন্নরোইদৌবা মরী অমা লৈব্রে। ফিজ্জেরান্দগী 'রুবাইয়াৎ ওফ ওমর খায়াম' মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা ২০০৩দা লাইরিক ওইনা ফোঙব্রে।